# কোরৌহনবনা ঈরোন্নুংদগী খোঙদোইরকপা লমদমদুদা





ডাঃ যামিনী দেবী

# কোরৌহনবনা ইরোম্মুংদগী খোঙদোইরকপা লমদমদুদা

**অইবী, ডা ঃ যামিনী দেবী**








| | | |
|---|---|---|
| *অহানবা ফোঙবা* | ঃ | ১৯৯৮ এপ্রিল |
| *ফোঙবা* | ঃ | রাই, প্রবীনা ব্রদস |
| | | সগোলবন্দ, তেরা বাজার |
| | | পুখ্রম্বম লৈরক, ইম্ফাল |
| *কোপী মশীং* | ঃ | ৫০০ |
| *মমল* | ঃ | ৫০/- |
| *নমফম* | ঃ | সারস্বতী প্রিন্টিং ৱার্ক্স (কম্প্যুটরাইজ) |
| | | সেগা রোদ, থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল |

# ৱাহৈ খরদং

ঐনা লমদম খর কোয়রুবদা থেংনখিবা, উরুবা খরা হৌজিক্তা হেন্না হেন্না ময়েক লারক্লি, ময়ামদা লীথোকনীংবা ফাওরক্লি। পুক্রিংদা নীংশিংদুনা লৈরিবা হৌদোক খরা মতং মতং লেংশিনজবনি। কল্পনাদগী থোরকপা নত্তে। ময়ামদা পাউদমনিংজদুনা লাইরিক ওইনা ফোংদোকচবনি।

—অইবী—

# য়ৌরুবা লমদমশিং

# পণ্ডিচেরী আশ্রমদা

## ১

সন্ধ্যা মমলি মমলি তৌরকপদুদা বঙ্গোপসাগরগী ইথকতু কন্না হৌরকই। সমুদ্র মপান্দা লৈরিবা মীথুং শঙ অদুগী ফকলাংদু শোকনিং শোকমাং তৌনা স্থারগী ঈশিংদু হায়গৎলকই ইরাওখোলগা লোয়ননা। ময়াম্না চা থকলি। ব্বারী শারি । এদ্রেশ পীনরি। হরাও-নুংঙাই মীনোক, নিলখোংবদুবু শীংনদুনা সমুদ্রগী ইথকুনা নমথৎনবা হেন্না কন্না শাফু পীরক্লি।

তানজা অদুদা মনিপুরদগী ডিলিগেট ঐখোয় মঙাদি জগোয়গী রিহারসেল তৌদুনা লৈ। মদু ঙহাক্কী মনুংদা সেমিনার লোয়শিনবগী ময়াম বিদায় তৌনবমদাই মাগী মাগী লমগী সংস্কৃতি কলা উৎথোক্লবদা শরুক য়ান্নবগীদমকনি।

সেমিনার হৌবা নুমিৎতুদগী ঐখোয়বু উবা খুদিং মনিপুরী জগোয় শাউ হেক্তা হায়। ঐখোয়না হায় "মনিপুরী জগোয়দি পুং যৈবা, ঈশৈ শকপা মী য়াওদনা শাবা য়ারোই। অদুগা ঐখোয়দি জগোয় শাবা হৈবা মীসু নত্তে"।

অরোইবা নুমিৎতুদদি ঐখোয় নানথোকপা য়াখিদ্রে। ডিলিগেটশিংনা মাগী মাগী মরমদমগী জগোয়-ঈশৈ উৎনগনি হায়বদুদা আর: কে: মুখরা দেবীনা মনিপুরগীসু জগোয় শাগনি হায়দোকলম্বনা ইজৎ ঙাকপা তাখিবনি।

য়াম্না সিরিয়স ওইনা ঐনা - "ঐখোয়গী জগোয়বু পাক হেক শাবা য়াব্রনে ? করম্না, কনানা শাদোয়নো ?"

"বিমোলা নখোয়নীদি দিল্লীদা য়ুথ ফেষ্টিভেলগীদা জগোয় শারুবা নত্রা ? নখোয় অনীনা শাদৌনি", সনাইবেমনা।

অদুদগীদি ঐনা কোরিওগ্রাফরগী চার্জ্জ ইদোম লৌজরে। ঐগী কাদুগী ফমুংদু ইনথোকলে রিহারসেলগীদমক। মুখরা, সরোজু, বিমলা, বিনোদিনি মরীনা লাই হরাওবগী জগোয় শাবা তারে। অদুগা ঐনা ওজা।

মৈতৈ নুপীদি পীকলিঁঙেদগী জগোয় শাবা অদুম হৈনৈ। লাই হরাওবদা লৈকায়গী লৈশাবী, মৌ লোইনা জগোয় শাবা য়াওরিবনি। মদুগী খুদোংচাবদু লৌদুননি ঐখোয়না জগোয় শানি হায়দুনা থৌনা ফুদোক্কদৌরিদো।

অচম্বা খুথেক খরা শীজিন্নদুনা, মথক অমুক কাখৎ, অমুক কুমথ, অমুক মাংওন অমুক তুঙ ওনশিন তৌরগা লাই হরাওবগী জগোয় মতেক অমা খুদক্তা ডাইরেক্তর ফম লৌরিবা ঐনা কমপোজ তৌরে।

মনিপুরগী জগোয় হায়রগদি লাই-হরাওবা জগোয় উৎপতনদি য়ারোই। মনিপুরদা ট্রাইব ২৯ লৈরীবনি। ট্রাইববকীসু জগোয় অমদি উৎপা তাবনি। ঐখোয়না খন্নে।

"যামিনী নংনা কবুই নাগা দান্সকী মচেৎ অমা শারো। ঐগী অরাংবা হাওফি অমা য়াওরি", ইচেমমা সরোজুনা হায়।

জগোয় শান্নবা শেম-শারে। অতৈ লমগী কলাকারশিংনা শীজিন্নখিবা লৈ পরেংদুনা মতৎ মতৎ থৎতুনা কজেংলৈ ওইরে, ঙককী লৈতেং লীকসু ওইরে।

ভারত নাট্যম জগোয় শাখিবদা পুং য়ৈবা নুপাদু ন্বিংসতা কৌথোক্তুনা হায়জরে ঐখোয়গী জগোয়দা পুং য়ৈবীনবা।

মাগা ঐগা পুংলোন ওরায়নরে। মানা ধন তাং তাং ধন তাং তাং হায়বসিদং মাগী তবলানা মখোল থোকহনবীবা হায়না য়ানরে।

ভাবোকনা মনিপুরী জগোয় য়েংগদৌরবনি হায়না খৌরাংনা ঙায়নরবা তানজানি। থবক্তু পাঙথোক্লবা ঐনা সর্ব্বা সর্ব্বীনি।

ঐখোয়গী কলাকার মরিনা খুৎ লোন্নদুনা কুপ্থদুনা লৈরে। ঐনা ঈশৈ হৌরে –

"নহালে ইয়া তাইবং মালংপান  
শনরীক মপাল থারিবা, নোংথ্রৈ মউ  
লিংলিবা, অৱাং কৌব্রু অশুপ্পা,  
লোয়মনায় খুন্দা অহানবা,  
গুরু নংবু, হন্না হন্না খুরুমজরিয়ে।"

গুরুবু পুনেমজখরে কলাকারশিংদুনা, অদুগা পুংদি য়ৈরক্তে। কৈদৌরবনো য়েংথোকলুবদা পুং য়ৈবীগদবা মীদু লৈরমদ্রে। পাখৎতুনা চেনখ্রে হায়বা খঙলে। কৈদৌবা তাই খল্লি। পাইরককী লৌশিং লাক্তুনা ঐনা পুংলোন থিরে।

ধা-ঘ্রধিন তেনতা খিত্ত, ধা-ঘ্রধিন তেনতা খিত্ত,
তাং-ঘ্রে ধেনতা খিত্ত। তা খিন তেনতা খিত্ত . . . . .তা।

কলাকারশিংদু হকচাং থেক খোয় তৌদুনা হৌগংলে। মখাদি চীন্না অদুম পুং য়েরে ধনতাং তাং ধনতাং তাং ধনত্রক ধনত্রক ধনতাং তাং . . . . . .।

ঙহাক শারগা চীনবুংনা জগোয় খায়রে। "মথক্তা কাখৎলু, কাখৎলী", "লৈরো"-লৈ, "কুমথরো"-কুমথৈ।

চুমশা শারিংঙৈদা অমুক ঐনা ঈশৈ শকই।
" হৈরাংখোয়নিদা, চান্নবা হৈনিদা
সিবু থোয়না হাওবা হৈদি চিনদম্বা হৈনিদা"

খুজেং লৈরে। খুরু লে। জগোয় লোয়শিল্লে। ভাবকতগী মী অমা অনী চেনশিল্লকতুনা ঐঙোন্দা খুৎ শোকই। থাগৎলকই। "নংগী মুখবোলদুদি ওনথোক্লা ফজখ্রেদা।"

ঐখোয়না তৌরীন্দু মনিপুরী জগোয় খঙবা, মৈতৈ লোন খঙবা মী য়াওরমদবগী ফবনি। নত্রবদি বেরা কারমগনি।

মথংগী কবুই নাগা ডান্সতুগীদি পুখমদা চৈ অমনা থিল্লে। অতৈনা খুবাক খুরগা ঐনা মমাংঙৈ ছাত্রী ওইরিংঙৈদা তমখিবা বিদ্যাদু পুথোক্লুনা শাখি। জগোয় হৌবদা ঐনা ঈশৈ শকচৈ-ঙক হাইনা হাইনা।

"ফৈগৌ লাসৈ লুনা মৈ
ফৈগৌ লাসৈ লমশাং চতুর
লয়ুম ফৈগৌ শুনা নিজে
ব্রাং শমলাং শমলাং মৈগ্যাং
শমলাং লে।
লুনায় লুনায় লুনায় তোল্লুম
চকফায় গৌরো শমলাংলে
ফৈগৌ লাসৈ লুনা মৈ।।"

জগোয় শাবা লোয়রবদা ইরমদমগী, নাৎকী থৌরম অমা পাঙথোকলম্বা ঙমলে হায়দুনা ঐখোয় খরদি নুংঙাইরে।

ঐখোয়না জগোয় থৌরম পাঙথোকখিবদু খৃ: ১৯৭৫ দা পণ্ডিচেরী আশ্রমদা নেম্নেল উইমেন্স সেমীনার য়াওবা চৎপদনি। মদু শ্রী অরবিন্দ সোসাইটিগী উইমেন্স কমিসন্না শীন্দুনা পাঙথোকপনি । সেমিনারদুগী মমিংনা উইমেন এন্দ ইউনিটি। মদু পাঙথোকখিবদু আগষ্টকী তাং ১০ দগী ১৫ ফাওবনি।

পণ্ডিচেরীগী সেমিনারদু কৃষ্ণ ভিলা, কুরুটিকুপমদা পাঙথোকই । সেমিনারদু হৌদোকপগী থৌরমদি শ্রীমাগী ৱাহৈশিং টেপ রেকোর্দতগী থাদোকলগা পুং ১ চুপ্পা মেদিটেসন তৌহন্দুনা থমই। ৱা অমতা ঙাংনদে। সেমিনার হৌদোকপা মদুনা লোয়রে।

পুং ১ তাবদা আশ্রমগী দাইনিং হোলদা ঐখোয় ময়ামবু বসনা পুই। মদুদা মী লিশিং অনীরোমগী চাকলেন চান্নবা শিল্লমই। টেবলদা অথোংবা চাক ইনশাংদু পরেং শাংনা খিন্দুনা থমই। অশাবা ঈশিংনা চামথোক্লবা ষ্টিলগী অরংবা পুখম পৈদুনা থমখ্রিবদুদগী কিউদা লেংবা মীশিংদুনা অমমম পায়দুনা চাক ইনশাং হাপই। তল চানিংবনা তল, চাক চানিংবনা চাক চাবা য়াই। শা ঙা য়াওদবা অচম্বা ইনশাং ঙাকনি। হৱাই-মনা-মশিং কয়াগী মথেলনি। নেমনা থারিবা চাকচা ফালদা পুখম থমলগা ফমথদুনা ধ্যান ঙাইহাক তৌই। চাবা লোয়রগা পাত্রশিংদু পুদুনা কোল ফেংফমদা থমলুই।

কোল ফেংলিবদু নুপাসু নুপীসু য়াওই । কোল অফেংবদু ঈশিং অশাবনা অমুকসু চামই। য়াম্না নাপ্লি, মচু তাই।

আশ্রমদদি থবক তৌবদা নুপাগা নুপীগা মান্ননা থৌদাং য়াম্মিন্নে। নুপা-নুপীগী খেন্নবা থমদে থবক থৌরম পাঙথোকপদা, শেৎপা চাবদা, মেদিটেসন তৌবদা। মী পুম্নমককী আত্মা অমত্তনি হায়বা ৱাখল খন্নদুনা আশ্রমদদি নুপাসু নুপীসু মান্নবা মওংদা তিন্নে।

অসুম্না তৌরিবা অসি শ্রীমানা তাকপীরম্বা মাগী ৱাখল্লোন্দু থবক্তা ওনথোকপনি হায়। শ্রীমা না হায়রম্বদি – "মমাংঙৈদগী হৌনা মীওইবনা ঈশ্বরবু নুপাগী শক্তমদা খুরুমদুনা লাৎনৈ। অসিমক্তনা নুপানা নুপীদগী অহেনবনি হায়না লৌনরকই। নুপানা খনজৈ মদুদি মখোয়না নুপীশিংদগী হেল্লি। অদুগা নুপীনা খনজৈ মখোয়বু হনথনা য়েংবীরে, তুহৎপীরে। অসুম্না নুপাগা নুপীগা মরাল শিন্নবসি তোককদবনি। অমনা হেনবসু নত্তে অদুগা অমনা তাবসু নত্তে। নুপা নুপী অনীমক্কা সাধনা তৌদুনা অৱাংবা থাক্তা ৱাখল খনবা ঙম্নবদি খেন্নবা লৈ খনবদু শোয়দনা মাংখিগনি।" পণ্ডিচেরী আশ্রমদা তৌরীবা, চৎথরিবদু শ্রীমানা তাকপীরম্বদুগী চাংয়েং তৌরিবনি হায়।

## ২

নুমিৎতুগী নুংথিলদা ফোরমেল ওইবা মওংদা পণ্ডিচেরীগী লেফটনেন্ট গর্ভনরনা অথোইবা অতিথি ওইনা সেমিনারদু হৌদোকই। সেমিনারদুদা খন্নখিবা হিরমশিংদি (১) ইউনিটি এট দি লেভেল অফ দি ইন্দিভিজুয়েল (২) ইউনিটি এট দি কম্যু নিটি লেভেল (৩) ইউনিটি এট দি ইন্টরনেসনেল লেভেল অসিনি। হিরমশিং অসিদা পেপর পাথোকই। ডিলিগেটশিংনা মদু অমুক নৈনৈ। সেমিনারদুগা মরী লৈননা ষ্টেট সোসিয়েল ৱেলফ্যোর বোঁদ, পণ্ডিচেরীনা শীন্দুনা মেলা অমসু পাঙথোকই। খুঙ্গং গী পোৎথোক, সমুদ্রদগী ফংবা মোইবুং, থরোই, ঙা মকুমা শেম্বা লৈতেংগী পোৎলম কয়া মেলা অদুদা উবা ফংলকই।

তোঙান তোঙানবা ষ্টেটতগী লাকপা ডিলিগেটশিংদু তোৎন য়ান্ননা আশ্রমগী তোঙানবা তোঙানবা গেষ্ট হাওসতা লৈহল্লি। ৱালটেয়রদগী ডা: প্রভাবতী দেবীগা ঐগা সমুদ্র তোবর্বানগা তাইনবদা লৈবা গেষ্ট হাওসকী কা অমদা লৈমিন্নে। মহাক হোমিওপেথিককী দাক্তরনি। মহাক্তি শ্রীমা অমসুং শ্রী অরবিন্দগী ভক্তনি। মহাক কয়ারক হন্না আশ্রমদুদা লাকখ্রে হায়। নুমিৎ খর লৈমিন্নবদুদা ঐখোয়নীনা মখল কয়াদা ৱারী শাবগী তানজা ফংখি। মাগা ৱারী শাবদগী শ্রী অরবিন্দ শ্রী মা অমসুং আশ্রমগী মরমদা খরা হেন্না খঙবা থিজিনবা ঙমখি।



**আশ্রমদা লৈরিবা শ্রীঅরবিন্দগী সমাধি**

য়াম্না নুংঙাইবা এক্সপরিয়েন্স অমদি অয়ুক অঙনবদা সমুদ্র মপান্দা কোয়বা অমসুং শ্রীমা শ্রীঅরবিন্দগী সমাধিদা লৈ কৎপা হেক হেক চৎমিন্নবদুনি। সমাধিগী ফম্বাকতু লৈশিংতনা ফজনা লৈতেংদুনা থমই। লৈতেংলিবা মওংদু নুমিৎ খুদিংগী হোংই। মফমদুদা লাক্লিবা খুদিংদা সেবারী লৈরিবশিংদুনা লৈ খরগা অগরবতী অমমমগা পী। ৱা অমতা ঙাংনদে। হান্না লৈতেংদুনা থমখ্রবা লৈগী মরক্তুদা হাপচিন্দুনা লৈতেং শেম্বদুদা শরুক য়াহল্লি। অগরবতীদু চমলগা যুংফমদুদা চুংশিল্লি।

নুংশিরবা ধুপ অমসুং লৈগী মনমনা মফম অদু শীনথুংই। ধুপ, লৈ কংলবা তুংদা ভক্তশিংনা চঙশিন্দুনা সমাধিদা লাইবক্লা শেক্লদুনা ধ্যান তৌদুনা লৈ। "সাইলেন্স মীন্স স্পীরিচুয়েল এক্তিভাইজেসন" নি হায়না সেমিনার হৌদোকপগী ভাসন্দা আশ্রমগী চেয়ারমেন্না হায়খিবদু নীংশিংহল্লি।

নুংথিলগী চাকলেন চাবা লোইরগা অমুক প্রভাবতি ঐখোয়নী ঐখোয়গী লৈফম তান্না খোঙনা হেক হেকে হনমিন্নরকই। নুংথিলগী সেসন হৌদ্রিফাও তোর্ববান্দা ফমদুনা সমুদ্রগী কুম্মে য়েংমিন্নে, ৱারী শামিন্নে।

সমুদ্রদি মতমচুপ্পদা পোৎথাবা লৈতে। মথৌ চিন্দুনতা লৈ। কারকলিবা ইথককী ঈশিংনা তোর্ববান্দু য়ৌরকই। অমুক চেনথখি। নুমিৎনা তাপ্রবদা থেংজিল্লক্লগা জ্বার কাবগী মখোল হেন্না কনখৎলকই। অথাপ্পদা জহাজগী থাউমৈ পরেং পরেংনা অমম্ববু নমথদুনা অসুম অসুম চংশিল্লকপদু য়েংবগী পেনবা নাইদে।

ঐনা প্রভাবতীদা "সমুদ্রগী শকলোনসি ওনথোক্লা য়ামখ্রেকো"

"উম ঐগী হসবেন্দদি ওসিনওগ্রাফরনি। সমুদ্রগী মরমদা মহাক্লা কন্না থিজিল্লি। সমুদ্রগী মগুণ, শক্তম মীওইবনা লোয়না খঙজিনবা ঙমদ্রি হায়"



ইরোম্নুংদগী কোরৌহনবনা খোংদোইরপগী দৃশ্য

অয়ুক অঙনবদা সমুদ্রদগী নুমিৎ থোরকপদগী দৃশ্রদুদি করম্না পাউদমদুনা ময়ামগী পুক্লিংদা ফাওহন্নবা ঐগী শক্তি লৈজদে।

পাক্লবা সমুদ্রগী ইরোম্নুংদুদগী কোরৌহনবনা খোঙদোইরক্লপদু কয়াগী মতিক নিংথিজবনো ! সনা অহিংবা মচুগী ফিজোল থোল্লদুনা তপ্পা তপ্পা ঈমায়দগী লীংখৎলকই। থুনমক লাইজ ঈপাককী ৱাংমা লানখিদুনা অতিয়া তম্না খোঙশানখি। দৃশ্যদু উরুবদা পুক্লিং শুমহৎ লোইদবা কনা লৈরিগদগে।

## ৩

সেমিনার অদুগী শরুক অমা ওইনা শ্রীমা শ্রীঅরবিন্দগী আশ্রমদা থুমফম ওইবা ড্রামা অমসুং কলচরেল প্রোগ্রামশিং ডিলিগেটশিংদা উহল্লি। শ্রীঅরবিন্দনা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্বা অমসুং মদুদগী সমাধি ফংদুনা অধ্যাত্মিক যুগ অমা পৃথীবীদা য়াকায়খিবা মাগী কাদু ডিলিগেটশিংদা উহল্লি। শ্রী মা অমসুং শ্রী অরবিন্দগী চাউরবা মুর্ত্তিশিংদুনা ঐখোয়বু তরাম্না ওকপীবগুম ফাওই।



**শ্রী মা অমসুং শ্রী অরবিন্দ**

সেমিনারগী শরুক অমা ওইনা আগষ্টকী তাং ১৪ গী অয়ুক্তা পণ্ডিচেরীগী তোঙান তোঙানবা মফমদা লৈরিবা আশ্রমগী বিভাগশিংদা দিলিগেটশিংবু পুদুনা য়েংহল্লি। আশ্রমনা চলাইবা ফিশাফম, ফি মচু শঙফম, ফি তুফম, অগরবত্তী শাফম, বেকরী, লৈশু থাফমনচিংবদু য়েংলুই। মদুদা মীশিংনা খুৎনা থবক শুবসি ঈশ্বরগী সেবানি হায়না খল্লা থল্লায় য়াওনা পাঙথোকই। মশাদা চাউথোকপসু লৈতে, তোনথবা ৱাখলসু পোক্তে। আশ্রমগী অশীন অরাং পুরিবী নুপী অহল অমা লৈ। মহাক্তা ময়ামবু তরাম তরাম্না তৌই।

মঙোন্দা হংলুই – "আশ্রম অসি শীললাঙবগী চলাইবগী শেনফম সি কদায়দগীনো ?"

মানা খুমলকই – "শ্রীমাগী থৌজান্দগী পুম্নমক পাঙথোকই" মহাক্তা চহি খুদিং আশ্রমগী ফন্দদা লুপা লীশিং তরা তরা কৎলি হায়বা ঐখোয়না তুংদা খঙলকই। মতৌ অসুম্না ইনজিনিয়ার, আরকিটেক কয়ানা থবকতগী পোৎথারগা মশাগী লৈজবা শেন-থুম য়াম্না আশ্রমদা কৎথোকলগা মশানা আশ্রমগী থৌদাং পুদুনা লৈবা মী কয়াসু লৈহৌই।

আশ্রমগী বেকরীদা শাবা দবলরুটিদি ঙাংতক তৌরগা কনতকসু তৌই। কৈথেলদা ফংবদুগা খেন্নে। "মসি করিগীনো অসুম্না তৌরিবসি" হংবদা। হাল্লা ইনজিনিয়র ওইরম্বনি হায়বা দবলরুটি শাবা অহলদুনা পাউখুম পীরকই – "মসিদি আশ্রমগী ফার্মদগী থোকপা গেহূ না আশ্রমগী মীলদা তকলগা শাবনি। টেমপরেচর খর হেন্না পীশিন্দুনা য়াইবনা খর কনতক তৌবনি। হকচাং ফহনবা মসিনা হেনগনি।"

আশ্রমগী ফার্মদুদা নুপাসু নুপীসু থবক মান্ননা শুই। মদুদগী লৈ মনাশিং, ষঙ্গোম মরাং কায়না ফংই।

আশ্রমগী ফিশুফম (লোন্ড্রী) দদি ঈশিং অশাবনা ফি শুই। মহিক মনায় শিননবা হিদাক হাপতুনা ফি শুই। মেচিন্না ফি ইস্ত্রি তকই। ওনথোকনা ফজনা ফিশু ফিজাম তৌহৌবদু ঐখোয়না উরকই। হেন্দিক্রাফট সেন্টর, অগরবত্তী শাফমদগী লৈতেংগী পোৎচৈ, মনম নুংশিবা ধুপ ঐখোয়না লৈরগা হল্লকই।

আশ্রমগী নিউ স্কুল হায়না মিংথোনবা আশ্রমনা লিংবা নুপীমচাশিংগী তমফম শং অমা লৈ। ওজাদুগা ৱারী শান্নবদগী খঙই মদুদি নিংথিনা তাকপী তম্বীদুনা নুপীমচাশিংবু মখোয়গী পুক্লিং হকচাং অধ্যাত্মিককী শক্তি হেনগৎহন্নবা মফম অদুদা শিল্লীবানি। ঐখোয়না হংই – "স্কুল অসিদা লাইরিক তম্লিবা নুপীমচাশিংগী চহিসি কয়ানো" ?

চহি ১৫ দগী ২২ ফাওবনি। "মিং চন্নবগীদমক করি ক্বালিফিকেসন ওইবগে ?"

"অককনবা ক্বালিফিকেসন লৈতে"

"কোর্স অসিগী মতম কয়ানো"।

"চয়োল ১২ দগীনা ১৫ ফাওবগীনি"।

" করি করি তাকপী তম্বীবগে ?"

"হোম সাইন্স, হেলথ এডুকেশন, ক্রাফট, ফাইন আর্টস, ফিজিকেল এডুকেশন, লেংগুয়েজ অমসুং অখন্নবা সবজেক্ট খরা"।

"অখন্নবা সবজেক্টশিংদুদি করি করিনো ?"

."মদুদি লীদরসিপ ট্রেনিং, রুরেল ডিভলপমেন্ট, টিচরস ট্রেনীংনি। মসিদি চহি ১ দগীনা ২ ফাওবগীনি।"

আশ্রমগী খর হেন্না মমিং লৈবা তমফম অমদি ইন্টরনেসনেল সেন্টর অফ এদুকেশন হায়বসিনি। মসিদা ওজা ১৫০ না ছাত্র ৫০০ রোম তম্বী। ক্লাসতা ছাত্র মশীং য়ামদে। ঐখোয়না সেন্টরদু য়েংবা চংলুবদুদা মহৈরোইশিংদুনা থোরক্কুনা ঐখোয়বু ওকই। ঐখোয়না তোংলকপা খোংউপশিংদু লৌশিন্দুনা মফমচানা থমজিল্লি। মখোয়না ঐখোয়বু পুদুনা সেন্টরদুগী লাই য়েকফম, দ্রামা তৌফম, ঈশৈ তমফমদা পুদুনা য়েংহল্লি।

ফ্রান্স, ইংলণ্ডদগী অঙাং খরসু তমফমশংদুদা মানা মানা পাম্বা বিষয়গী ছাত্র ওইরমই। সেন্টর অদুগী ওজা অমনা ঐখোয়দা সেন্টরদুগী চংথরিবা শিক্ষা পথাপকী মতাংদা অসুম্না হায়রকই – "সেন্টর অসিদা চংথরিবসি ফ্রি প্রোগেস এদুকেশন সিসটেমনি। অককনবা পুংজাগী মনুংদা তম্বা নত্তে। ছাত্রদুনা মশানা হৈনিংবা পোকলিবা মখৈ ক্লাসতু চংথৈ। কোর্স লোয়বগীসু অককনবা মতম লৈতে। সারটিফিকেৎ পীবা নত্তে।"

ঐখোয়না য়েংবা চংলুবা মফমশিংদুগী মনুংদা হেন্দোক থোইদোক্লা ঐখোয়গী পুক্নিং চিংশিনখিবা মফমদি ওরোভিলনি। মদু পণ্ডিচেরীগী মতাইদা লৈবা সক্কার মাইল ১৫ রোম পাকচাওবা সহর মচা অমনি। রেসীদেনসিয়েল, ইন্দসত্রিয়েল, কলচরেল অমসুং ইন্টরনেসনেল জোন হায়না জোন মরী থোকনা খাইদোক্কুনা লৈ। ঐখোয়বু লমজিংবদুনা ঐখোয়গা ৱারী শাবদা মহাক্না হায় "ওরোভিল হায়বদি সিটি ওফ দোন হায়বনি। ফ্রেন্সকী ৱাহৈ ওরোরী হায়বদি নোং ঙাল্লকপা হায়বা ৱাহৈ অসিদগী লৌদুনা সহর অসিগী মীং থোনখিবনি।"

"মসি মতৌ করম্না শেমগৎখিবনো ?" "য়াম্না মরু ওইবা থৌদোক অমগা মরী লৈননা সহর সি শেমগৎখিবনি – মদুদি খা ভারতকী লমশিংদা নমদুনা হিন্দিলোল ঙাংহন্নবগী, তমহন্নবগী মতাংদা অকনবা ইরাং অমা মফমসিদা থোকখি। মীওই খরনা পণ্ডিচেরী আশ্রমগী বিলদিং পুম্নমক থুগায়দুনা তেকহন কায়হনখি। মদুদা লৈফম চাফম লৈতদুনা মী য়াম্না অৱা

অনা নংখি। অদুদগী শ্রী মানা জাৎ বিজাৎ খাইদনা মীওই খুদিংনা ইংনা শান্তি ওইনা লৈবা মফম ওরোভিলসি শেমগৎখিবনি।"



ওরোভিলদা মাতৃ মন্দিরগী শেমগৎহৌবা শক্তম



ওরোভিল্লগী মাতৃ মন্দিরদা মীয়াম্না মেদিটেসন তৌবা

"করম্বা চহিদা করম্না মসি লিংখৎখিবগে ?"

"খৃ: ১৯৬৮ গী ফেব্রুৱারী ২৮ দা সঙ্গাখি। পৃথীবীগী জাতি ১২৪ অমসুং ভারতকী ষ্টেট ২০ গী মীহুৎ শিংনা মাগী লমগী লৈবাক খুবাম অমমম পুরক্লুনা ওরোভিলদা থম্বা চফুদা হাপ্লগা মফমদুগী অঙাং চা কয়াগা লোয়ননা যাত্রা হুনবগী থৌরমদু পাঙথোকখিবনি।"

ওরোভিলগী থৱায় মিরেল ওইরিবা মাতৃ মন্দিরগী মেদিটেসন হোলদুদা চংদুনা চৎলিবা ঐখোয় পুন্নমক ঙহাক পোথাদুনা লৈরকই। ইন্টরনেসনেল জোন্দা চংদুনা নোংচুপকী লম অতৈদগী লাক্লুনা লৈরবা মী খরগা উন্নকরই। মখোয়না থেংনরকপা অব্বা নুংঙাইগী মরমদা ঐখোয়দা লীরকই – "অহৌবদা ঐখোয়না অৱাবা য়াম্না থেংনখি। পণ্ডিচেরীগী ঈশিং মনিল চেনবা ক্লাইমেৎ, ওরোভিল সিদা ঈশিং ফংদবা, এলেকত্রিক ফংদবা অদু ঐখোয়না ময়োক্লবা তাখি।"

অৱাবশিংদু ময়োক্লদুনসু মখোয়না নিংহন্নবা তৌদনা মফম অদু শেমগৎপদা থৌদাং লৌদুনা লৈহৌই। ফ্রেঞ্চকী আরকিটেকশিং খরনা কলচরেল জোনগী বিলদিং কয়া শাগৎহৌই।

আগষ্টকী তাং ১৫ নুমিৎকী নুবিদাংৱাইরমদনি ঐখোয়না পণ্ডিচেরী থাদোরকপদু। নুমিৎ অদু আশ্রমদা শ্রী অরবিন্দগী মপোক নুমিৎ পালন পাঙথোকই। অয়ুক অঙনবদা মী ময়াম্না আশ্রমগী সমাধিদা লৈ কৎপা, খুরুম্বা লাকই। পুন্নমক ফমিন্নদুনা পুং অমা চুপ্না মেদিটেসন তৌমিন্নে।

সেমিনারগী ৱা ঙাঙবদা শ্রীমাধব পণ্ডিতনা হায়খিবদু ঐনা নীংশিংলকই। মানা হায়খি – "নোংমা দাকু খরনা আশ্রমগী থোঙ্গাল মনাকমক্তদা নুপী মচা খরবু ওৎপী নৈবীখি। পাউ অদু শ্রী মাগী নাকোঙ য়ৌখি। অদুদগীদি নুপীমচাশিংনা মশাবু মশানা ঙাকথোকচবা ঙম্নবা, মদুগীদমক মশাবু ফিট ওইনা থম্নবা, শান্নখোৎনবা অমসুং শাজেল তম্বীনবা শ্রীমানা আশ্রমদা ফিজিকেল এদুকেশন দিপার্টমেন্ট লিংখৎখিবনি।"

ফিজিকেল এদুকেশন বিষয়বু পামজবা ঐনা আশ্রমগী দিপার্টমেন্ট অদুগী মরমদা খরা হেন্না খঙনিংবা পোকখি। চৎকদবদি কুইদ্রবনি অদুবু দিপার্টমেন্ট অদুদা ইথন্তা চৎতুনা ফিজিকেল এডুকেশন দিপার্টমেন্টকী ডাইরেক্তর শ্রী প্রনব মুখর্জি উন্নরুই। মানা খঙহল্লকই –"শ্রী মানা লৈরিঙেদদি নুপীমচাশিংনা শান্নখোৎনবসি মশামক্না সুপরভাইজ তৌবীরম্বনি"। "হৌজিক্তি করম্না চৎথবিরিবগে ?" "স্পোর্টস অমসুং জিমনাষ্টিকতি কেপটেন অমমমগী মখাদা প্রাকটিস তৌহল্লি" "ফিজিকেল এদুকেসনগী করম করম্বা ডিসিপ্লীনবু আশ্রমদা তম্বীবগে ?"

"ফিজিকেল এদুকেশনদি আশ্রমগী মী খুদিংগী কমপলসরীনি। এথলেটিক, ঈরোইবা, জিমনাষ্টিক, গেমস ড্রিল, যোগঅসননচিংবসিনা মরু ওইনা চংথে। পুম্নমক অসিগী পান্দমদি মীপুম খুদিংনা মশাবু ফিট ওইনা থমদুনা অধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা চঙশিনবদা অপনবা পীদনবনি।"

দিপার্টমেন্টনা ফোংবা চে-চাং লাইরিক, সিলেবসনচিংবা পুদুনা ঐহাক থুনা হল্লকই ঐখোয়গী লৈফমদা। ফিরোল য়োমশিন্দুনা হন্নবা শেম শাই। সেমিনার শিল্লি লাংলিবশিংনা মনিপুরদগী লাকপা ঐখোয় মঙাবু মাদ্রাজগী রেলৱে ষ্টেসন ফাওবা জীপ অমদা থিল্লকই।

মাদ্রাজগী রেলৱে ষ্টেসনদি সাউদরন রেলৱে পুম্বগী হৌফমনি। রেলৱে দুগী ওনথোকনা চাওখ্রবা রিজারভেসন তৌফম বিলদিং লৈ। মদুদা মী লিশিং অমা হেনবা কার্ম্মচারীশিংনা থবক শুদুনা লৈ। শিলিংদা ফেন ময়াম্না উরু উরু লৈরিবদু উবদা কোক ঙাওবজাৎনি। মনিপুরদগী লাকপা ঐখোয়দি মফম অদুগী ক্লাইমেৎ অদু ওনথোক্লা শানা থোকই।

মতমদু রেলৱে গী প্লেটফোর্মদা ঐখোয়না ট্রেন লাকপা ঙাইদুনা লৈরিঙেনি। প্লেটফোর্ম অদু থুংনা পোৎ ময়োম ময়োম য়াম্না লৈবা উই। মফমদুগী মী অমদা ঐনা হংই –

"করিনো ময়োমশিংসিদি ?"

"লৈহাউ, মাল্লিকানচিংবা মখল কয়াগী লৈনি।" "কৈদৌনবনো ?" "ট্রেনদা পুরগা সহর সহরদা য়োল্লুনবনি।"

নীংশিংলকই – পণ্ডিচেরীগী গভর্নরনা মহাককী নিংথিজনা লৈশু শাংলবা কমপাউণ্ডুদা ডিলিগেৎশিংবু চা পীথকপগী যৌরম পাঙথোকখিবদো। ফম্নবা ফম্বাক্তু লৈপরেংতনা কয়াদা ফজনা লৈতেংখ্রবা। নুপীশিংনা শমজিদা লৈ পরেং থেৎলদুনা পার্টিদু য়াওবা লাকখিবদো।

লৈতেংগীদমক লৈ য়াম্না মফম অদুদা দরকার লৈ হায়বসি ঐহাক ঙান তাবগুম তৌরকই। মনিপুরদসু লৈ শীজিন্নদবা নত্তে। লাইদা কৎনবা অমসুং নাপদা পীকতক তৌবা অমকা চিন্নবা। অদুক য়াম্বা লৈদি অহানবা ওইনা ঐনা রেলৱে গী প্লেটফোর্ম দুদা উবা ফংখি। ঐনা খনবা হৌই-কলচর হায়বসিদি লম অমগা অমগীগা খৈন্নেকো। কলচরগা ললোল ইতিককা মরী লৈনবনা মী কয়ানা লৈ থাদুনা, মদু য়োন্দুনা পুন্সি হিংনরিনিকো।

অসুম্না খন্দুনা লৈরিঙেদা লাও খোংদুনা ট্রেনদু ষ্টেসন তম্না চেনশিল্লকই। ময়াম মরাং মরাং তৌনে। ঐখোয়সু ট্রেনদা কাখৎলে। কুচু অমুবী মশা মউ ফব্রবী, কানজীভরমগী সংত্রিকশংবা মচুগী শারী শেৎপী লৈশাবী অমা মাগী বেনীদা শাংখ্রবা মাল্লিকা পরেং অমা থেৎতুনা ঐখোয়না তোংলিবা কমপার্টমেন্ট অদুদা কাখৎলকই। মঙোন্দা পণ্ডিচেরীগী সংস্কৃতিনা লেঙ্গোন্নখিবগুম ঐঙোন্দা ফাওই। অদুদগীদি ঐখোয় পণ্ডিচেরীগী সংস্কৃতিগা লোয়ননা অদুম চৎমিন্নরে।



# পৌনর আশ্রমদা

## ১

ঐখোয়না পৌনর আশ্রম য়ৌবদা নুমিদাংগী পুং ১০ তারে। বসনা অমুক চৎ, ট্রেন্না অমুক চৎ তৌবা খোঙচৎনি। খৃষ্টগী কুমজা ১৯৭৯ গী ডিসেম্বরগী তাং ২৬ কী অয়ুক্তগী বসনা ইম্ফালদগী খোঙ শানবনি।

থেক খোই তৌবা, খঙম্বা চীংলম্বেলদা বসনা চৎতুনা ডিমাপুর য়ৌই। কামরুপ এক্সপ্রেসনা গৌহাটী, বোঙ্গায়গাও য়ৌরগা ট্রেন অমা অমুক শিল্লি। মদুনা হাওরা য়ৌবদা তাং ২৭ কী নুমিদাং পুং তাই। হাওরাদগী অহমেদাবাদ এক্সপ্রেসনা ৱার্দ্ধা য়ৌবদদি নুমিৎ মরীনি হৌজিনখি। বসতা অমুক, ট্রেনদা অমুক, তুমফম চাফম খঙদমখে নুমিৎ মরীনি শুজিল্লকপদুদদি ঐখোয় পুম্নমক ৱাবনা হায়নিংঙাই লৈত্রে। ইশাসি পুমচোক চোকথরে। কোকসু ঙাওরি ঙাওরি তৌবে।

কনফরেন্স শিললাংবশিংনা ঐখোয়বু বসনা ওকলমই ৱার্দ্ধাগী রেলৱে ষ্টেসন্দা। অদুমক নৎলমদ্রবদি নিংথমথাগী অহিংদুদা ঐখোয়না কনফরেন্স পাঙথোককদবা জানকী নগর হায়বা মফমদু য়ৌবদা ওনথোকনা ৱারমগনি।



**কনফরেন্স মফম জানকী নগর**

জানকী নগর য়ৌরগা হৌনবী মতুং ইন্না রেজিষ্ট্রেসন তৌরে। চে-চাং, বেজনচিংবা লৌরগা ঐখোয়না লৈগদৌরিবা মফমদা চংলে।

ডিলিগেট লৈফমদু আশ্রমদা লৈবগী মওংদা শেম্বনি। পাকথ্রবা লম্পাকতুদা দম্বুরনা টেন্ট মচা মচা ময়াম খল্লি। লৈতঙ্গায় মথক্তুদা চরুনা শন্দোকলগা মথক্তা দরী অমা পাকনা থায়।

তেরা মোমপাক্তা হিপ্পা, শেল য়াম্না চংনা শাবা ফজবা কাংখল শীজিন্নবা, ফমুং কেবা পামজবা মনিপুরদগী লাকপা ঐখোয়দি মদুদা হিপ্পদা অহিংদু কনা অমতা তূম্বা য়ানদে। ময়ামদু ৱারী শাদুনা লৈ। করি নুংগী লাকচরম্নবনো হায়না পেন্দবা ফোঙদোকপসু ময়াওনৈ।

ভারত্তা মী লীশিং কয়ানা চাবা শেংপা নিংথি নুংঙাইনা ফংদ্রিবনি। ময়ুম লৈতবা মী ময়ামনা রেলগী তালিদা উখোং ৱাখোংদা নুমিদাং লেকলিবনি। অদুগুম্বা পুন্সিদু ময়ামদা খঙহন্নবা আশ্রমগী য়ুমলৈ মওং অদুদা ডিলিগেটশিংবু টেন্টতা লৈহনব্রা হায়নসু খল্লি।

ঐখোয়না চংলিবদু বিনোবা ভাবেগী পৌনর আশ্রামদা ইন্টরনেসনেল উইমেন্স কনফরেন্স য়াওবনি। কনফরেন্স অদুগী মমিংনা "উইমেন্স পিলগ্রীমেজ টু স্পীরীচুয়েল ফ্রিদম" হায়বসিনি। মদু ইন্দিয়ান স্ত্রী শক্তি জাগরননা শীন্দুনা খৃ: ১৯৭৯ গী দিসেম্বর তাং ৩০ দগী ১৯৮০ গী জানুৱারী তাং ১ ফাওবা পাঙথোকপনি। কনফরেন্স য়াওবা চংলিবশিংদু হিমালয়া সেবা সঙঘনা চংনিংবা মীশিং কৌদুনা মনিপুরদগী নুপী ১৭ অমসুং সঙঘগী সেক্রেটরী ডা: বিনোদ কুমার অমসুং অতোপ্পা মেম্বর অমগনি। ঐসু চংনবা বার্ত্তন ফংবদগী মনিপুর কনটিনজেন্টকী লিদর ওইনা চংপনি। কনফরেন্স অদুদা থোইদোক্না য়াওনিংলুবগী মরম দি পৌনর আশ্রমগী সন্ন্যাসী, ভুদানগী লমজিংপুরেন বীনোবা ভাবেবু উজনিংবদগীনি।

মহাত্মা গান্ধীজীগী মথংদা ওক্না য়েংনরিবা মহাত্মা অমদি বীনোবা ভাবেনি। মহাক্লনি লম লৈজদবা লৌমীশিংদা লেমনা লম য়েনথোকই হায়বদু।

ঐনা লাইরিকতা পাখি সর্বোদয়গী, ভুদান যঞ্জগী, ব্রহ্মবিদ্যা মন্দির অমসুং স্ত্রীজাগৃতিগী ৱাফমশিং। অদুদগী ঐনা খনখি – হৌজিক্কী মতমদা লম মচেৎ অমগীদমক কোককাই লুকাইনরী। অদুগা লমবোইৎদুনা কদায়দগী করম্না লম লৈজদবা মীশিংদা লম লেমনা য়েনথোকলিবনো ? মহাক্লা মতৌ করম্না নুপীগী শক্তিগী ঈহৌদা ঈনোৎ হাপলিবনো ?

ঐগী ৱাহংগী পরাউখুম ফংনবসু নি ঐনা অদুক ৱাবা খোঙচৎ অদুদা য়াওরুবদো।

কনফরেন্স অদুদা লৈবাক ২০দগী ফোরেন ডিলিগেট ১০০ রোমনা শরুক য়াই। ভারতকী তোঙান তোঙানবা ষ্টেটতগী লাকপা ডিলিগেট অমসুং অবজারভর, ভিজিটর য়াওনা নুপী লীশিং ২ রোম কনফরেন্সতু য়াওই। স্পেসিয়েল গেষ্ট ওইনা নুপা খরসু য়াওই।

# পৌনর আশ্রমদা

## ১

ঐখোয়না পৌনর আশ্রম য়ৌবদা নুমিদাংগী পুং ১০ তারে। বসনা অমুক চৎ, ট্রেন্না অমুক চৎ তৌবা খোঙচৎনি। খৃষ্টগী কুমজা ১৯৭৯ গী ডিসেম্বরগী তাং ২৬ কী অয়ুক্তগী বসনা ইম্ফালদগী খোঙ শানবনি।

থেক খোই তৌবা, স্ঙম্বা চীংলম্বেলদা বসনা চৎতুনা ডিমাপুর য়ৌই। কামরুপ এক্সপ্রেসনা গৌহাটী, বোঙ্গায়গাও য়ৌরগা ট্রেন অমা অমুক শিল্লি। মদুনা হাওরা য়ৌবদা তাং ২৭ কী নুমিদাং পুং   তাই। হাওরাদগী অহমেদাবাদ এক্সপ্রেসনা ৱার্দ্ধা য়ৌবদদি নুমিৎ মরীনি হৌজিনখি। বসতা অমুক, ট্রেনদা অমুক, তুমফম চাফম খঙদমখৈ নুমিৎ মরীনি শুজিল্লকপদুদদি ঐখোয় পুম্নমক ৱাবনা হায়নিংঙাই লৈত্রে। ইশাসি পুমচোক চোকথরে। কোকসু ঙাওরি ঙাওরি তৌরে।

কনফরেন্স শিললাংবশিংনা ঐখোয়বু বসনা ওকলমই ৱার্দ্ধাগী রেলৱে ষ্টেসন্দা। অদুমক নৎলমদ্রবদি নিংথমথাগী অহিংদুদা ঐখোয়না কনফরেন্স পাঙথোককদবা জানকী নগর হায়বা মফমদু য়ৌবদা ওনথোকনা ৱারমগনি।



**কনফরেন্স মফম জানকী নগর**

জানকী নগর য়ৌরগা হৌনবী মতুং ইন্না রেজিষ্ট্রেসন তৌরে। চে-চাং, বেজনচিংবা লৌরগা ঐখোয়না লৈগদৌরিবা মফমদা চংলে।

ডিলিগেট লৈফমদু আশ্রমদা লৈবগী মওংদা শেম্লনি। পাকশ্লবা লম্পাকতুদা দম্বুরনা টেন্ট মচা মচা ময়াম খল্লি। লৈতঙ্গায় মথক্তুদা চরুনা শন্দোকলগা মথক্তা দরী অমা পাকনা থায়।

তেরা মোমপাক্তা হিপ্পা, শেল য়াম্লা চংনা শাবা ফজবা কাংখল শীজিন্নবা, ফমুং কেবা পামজবা মনিপুরদগী লাকপা ঐখোয়দি মদুদা হিপ্পদা অহিংদু কনা অমতা তৃন্বা য়ানদে। ময়ামদু ৱারী শাদুনা লৈ। করি নুংগী লাকচরম্লবনো হায়না পেন্দবা ফোঙদোকপসু ময়াওনৈ।

ভারত্তা মী লীশিং কয়ানা চাবা শেংপা নিংথি নুংঙাইনা ফংদ্রিবনি। ময়ুম লৈতবা মী ময়ামনা রেলগী তালিদা উখোং ৱাখোংদা নুমিদাং লেকলিবনি। অদুগুম্লা পুন্সিদু ময়ামদা খঙহন্নবা আশ্রমগী য়ুমলৈ মওং অদুদা ডিলিগেটশিংবু টেন্টতা লৈহনব্রা হায়নসু খল্লি।

ঐখোয়না চংলিবদু বিনোবা ভাবেগী পৌনর আশ্রামদা ইন্টরনেসনেল উইমেন্স কনফরেন্স য়াওবনি। কনফরেন্স অদুগী মমিংনা "উইমেন্স পিলগ্রীমেজ টু স্পীরীচুয়েল ফ্রিদম" হায়বসিনি। মদু ইন্দিয়ান স্ত্রী শক্তি জাগরননা শীন্দুনা খৃ: ১৯৭৯ গী দিসেম্বর তাং ৩০ দগী ১৯৮০ গী জানুৱারী তাং ১ ফাওবা পাঙথোকপনি। কনফরেন্স য়াওবা চংলিবশিংদু হিমালয়া সেবা সঙঘনা চংনিংবা মীশিং কৌদুনা মনিপুরদগী নুপী ১৭ অমসুং সঙঘগী সেক্রেটরী ডা: বিনোদ কুমার অমসুং অতোপ্পা মেম্বর অমগনি। ঐসু চংনবা বার্ত্তন ফংবদগী মনিপুর কনটিনজেন্টকী লিদর ওইনা চংপনি। কনফরেন্স অদুদা থোইদোক্লা য়াওনিংলুবগী মরম দি পৌনর অশ্রেমগী সন্ন্যাসী, ভুদানগী লমজিংপুরেন বীনোবা ভাবেবু উজনিংবদগীনি।

মহাত্মা গান্ধীজীগী মথংদা ঙক্লা য়েংনরিবা মহাত্মা অমদি বীনোবা ভাবেনি। মহাক্লনি লম লৈজদবা লৌমীশিংদা লেমনা লম য়েনথোকই হায়বদু।

ঐনা লাইরিকতা পাখি সর্ব্বোদয়গী, ভুদান যজ্ঞগী, ব্রহ্মবিদ্যা মন্দির অমসুং স্ত্রীজাগৃতিগী ৱাফমশিং। অদুদগী ঐনা খনখি — হৌজিক্কী মতমদা লম মচেৎ অমগীদমক কোককাই লুকাইনরী। অদুগা লমবোইংদুনা কদায়দগী করম্লা লম লৈজদবা মীশিংদা লম লেমনা য়েনথোকলিবনো ? মহাক্লা মতৌ করম্লা নুপীগী শক্তিগী ঈহৌদা ঈনোৎ হাপলিবনো ?

ঐগী ৱাহংগী পরাউখুম ফংনবসু নি ঐনা অদুক ৱাবা খোঙচৎ অদুদা য়াওরুবদো।

কনফরেন্স অদুদা লৈবাক ২০দগী ফোরেন ডিলিগেট ১০০ রোমনা শরুক য়াই। ভারতকী তোঙান তোঙানবা ষ্টেটতগী লাকপা ডিলিগেট অমসুং অবজারভর, ভিজিটর য়াওনা নুপী লীশিং ২ রোম কনফরেন্সতু য়াওই। স্পেসিয়েল গেষ্ট ওইনা নুপা খরসু য়াওই।

কনফরেন্স অদু পাঙথোকপগী মরমদি নুপী ৪না খোঙনা খুঙ্গংদা চৎতুনা শান্তিগী, পুন্না হিংমিন্নবগী, ইমোসনেল ইন্টিগ্রেসন পুরক্নবা হোৎনবগী চহী ১০ মপুঙ ফারকপাগী ওকপা থৌরমগা লোয়ন্না নুপীশিংগী মশাগী নুংগী শক্তম য়াকায়হন্নবগীদমক্তনি।

কনফরেন্সতা ওকখিবা নুপী লোকযাত্রিক মরীদুদি, লক্ষ্মী ফুকন, হেমাভারালি, নিরমল বেদ, দেবী রিজৱানীনি। মখোয়না ভারত নেপাল অমসুং শ্রী লঙকাগী খুঙ্গংদা চংদুনা খোঙনা মাইল ৩০,০০০ হেন্না চংখিবনি। খোঙচৎ অদুদা মখোয়না মনিপুরদা য়ৌরকখি। মখোয়গা লোয়ন্না খোঙনা মনিপুরগী নফম খর চৎপা ঐসু য়াওখি অমসুং গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা মখোয়বু ওকপগী থৌরম অমা পাঙথোকদসু ঐহাক শরুক য়াখি।






**কনফেরেন্সকী শক্তম অমা**

মখোয়দু বীনোবাজীনা আশীবাদ পীদুনা, থৌনা হাপ্পীদুনা ব্রহ্মবিদ্যা মন্দিরদগী খোঙশানখিবনি।

ব্রহ্মবিদ্যা মন্দিরসি খৃ: ১৯৫৯ দা বীনোবাজীনা পৌনর আশ্রমদা নুপীশিংগী অধ্যাত্মিক শক্তি চাওখৎহন্নবা লিংখৎখিবনি। অপুনবগী লাইশোল পাঙথোকফমনি ব্রহ্মবিদ্যা মন্দির। মসিদা মফম কয়াদগী নুপীশিংনা লাকতুনা লৈরে। লৈরবা খুদিংনা নিয়ম মঙাদি ঙাক্তুনা চৎপা তাই। নিয়মশিং অদুদি সতীত্ব ঙাকপা, ঈশানা য়ানা লাইরনা হিংবা, খুৎনা থবক নোমদুনা ইখোঙনা লেপ্পা ঙম্বা, ভক্তি অমসুং অপুনবা লাইশোল পাঙথোকপা।

মফম অসিদগী নুপীগী শক্তি উৎথোকনবগী, য়াকায়হন্নবগী থবক থৌরম কয়া লৌখৎখি। বীনোবানা নুপীগী শক্তি ফুদোক্লবগীদমক হোৎনবীরম্বগী মরমদি ঙসিগী সমাজদা নুপীশিংবু মীওই কয়াগী অপাম নুংঙাই থুংহন্নবগী পোৎশক ওইনা শীজিন্নবা উরকপদগীনি। মদুগী প্রমানবু সিনেমাদা, পোষ্টরদা নুপীবু শক্তম ফজদনা উৎলিবসিনি। অদুগা লোয়ননা মীশিংগী লমচৎ ব্যবহার শিথরক্লি।

বীনোবাজীদি নূপীবু অখাঙকনবগী, কৎথোকপগী, মীনুংশিগী শায়ননি হায়না লৌই। নুপীগী অধ্যাত্মিক, অহিংসাগী শক্তিবু হেনগৎহনবতনা সমাজদা মাংথরক্লিবসি কনবা ঙমগনি হায়না থাজবদগী বীনোবাজীনা নুপীগী শক্তিবু য়াকায়বগী (স্ত্রী জাগৃতি) গী ইহৌবু হৌদোকপীবনি। খৃ: ১৯৭৩ গী সর্ব্বোদয় নুপীগী কনফরেন্সতা নুপীগী অধ্যাত্মিক শক্তি হেনগৎহনবগী মতাংদা ৱারেপ লৌখি। মদুগী মখা তারকপা ওইনা মিটিং তৌখি। নুপী ৫০,০০০ রোম হেনবনা পদযাত্রা চৎতুনা নুপীগী পরদা লৌথোক্লবা, অউনপোৎ পীবা থিংনবা, থাক হনথবা ফিলম, পোষ্টর অমসুং য়ুনচিংবা নিশা থিংনবা পাউজেল শন্দোকপা হৌখি। ইহৌ অসি নুপা শিংগী ময়োক্তা নত্তে। মহাত্মা গান্ধীজিনা হায়বীরম্বা নুপীশিংনা মীকপ থোক্লবদি জাতি অসি পুন্না মীকপ থোক্কনি হায়বদুগী মখা শমথরকপনি বীনোবা ভাবেনা হোৎনবীরম্বসি। মীওইবা জাতিগী য়াইফনবগীদমক নুপা নুপী চুংশিন্নদুনা চংশিনবা ইহৌনি স্ত্রীজাগৃতিগী। বীনোবা ভাবেনা য়াকায়বীরম্বা নুপীগী গুনদি লক্ষ্মী হায়বদি থবক তৌবগী, পোৎ থোকহনবগী, সরস্বতী হায়বনা লৌশিং, মহৈ, কলা, সংস্কৃতি, ৱাংঙাং ৱাতা হৈবা, দুর্গানা থৌনাগী ঙাকথোকপা ঙম্বগী শক্তি অদুনি। হায়রিবশিং অসি মপানথোংগী ওইবদু নত্তে, থম্মোয়গী, নুংগী ওইবা শক্তিদুবুনি।

শক্তি লাইরেম্বী অহুম সরস্বতী, লক্ষ্মী অমসুং দুগাগী মুর্ত্তি আশ্রমদুদা লাৎলি। শক্তি অহুমসিবু উৎথোক্তুনা বীনোবাজীনা য়েকপা চিত্র অমনা কনফরেন্সকী সিমবোল ওইনা থেৎলি কনফরেন্সকী মফমদুদা।

ডিসেম্বর ৩০ গী অয়ুক পুং ৮.৩০ তাবদা বৈদিক লাইশোলগা লোয়ননা কনফরেন্স অদু হৌদোকই। কনফরেন্সকী চেয়ারমেন, সর্ব্বোদয়গী লুচিংবী আসামদগী শ্রীমতি অমলপ্রভাদাসনা ময়ামবু ওকপগী ৱারোল, মথংদা সেক্রেটরী সোভনা রানাদেনা ৱাহৌদোক, মতুংদা সুসিলা দিদিনা ব্রহ্মবিদ্যা মন্দিরগী ৱারোল পীরবা তুংদা থৌরম অতৈ পাঙথোকই।



# विश्व महिला-सम्मेलन

पवनार

30, 31 दिसंबर '79, 1 जनवरी '80

*

## (কনফরেন্সকী সিম্বোল)

মরু ওইবা থৌরমদি পদযাত্রী সিষ্টর মরীবু, ফেলিসিটেসন পীবনি। মখোয় মরীবু ষ্টেজদা কৌখৎলে। ফজরবা পোথ্রায়গী চফুদা লৈ অমসুং ইনফি অমমম হাপতুনা মিজ মারজোরী সাইকসনা ময়ামগী মহুৎ শিন্দুনা মখোয়দা খুদোল তৌই, মখোয়গী লাইবক্তা চন্দন নমই। অদুগা মানা ৱাহৈনা ফোঙদোকই – "মখোয় মরীনা নুপীগী শক্তি হেনগৎহন্নবগীদমক থংথোকলিবা, লৌরিবা থৈদাং অসিগীদমক ঐখোয়না মখোয়বু মতিকচাবা সনমান করম্না লৌগদগে খঙদে। ভারত অমসুং পৃথীবীগী মফম অতৈদা নুপীশিংনা মশাগী মগুণ, শক্তিবু থোক খঙজবা ঙমহনবীয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজরি।"

লোক যাত্রীকশিংগী মায়কৈদগী শ্রীমতি হেমা ভারালিনা পাউখুম ওইনা হায়খি – "ঐখোয় খুদিংমক শান্তিগী সেনা ওইসি। নুপাশিংনা নুপীশিংনা তৌবা থবক্তা অথিংবা পীরবসু ঐখোয়না মাদুবু থৌনা ফনা মায়োক য়াবা তাই। নুপীগী শক্তিনা সমাজদা অকনবা শাফু অমা থাদবনি। অদুগীদমক নুপীশিংনা অমতা ওইনা খুৎশম্নদুনা চংশিনবা তাই। অদু ওইরবদি পৃথীবী অসিদা শান্তি পুরকপা ঙমগনি।"

ফেলিসিটেসনগী থৌরম লোয়রবদা বীনোবাজীনা কনফরেন্স অদুদা ৱা ঙাঙই। মহাক্না হায়খিবা খরদি —

"১। অহিংসাদা থাজবা থম্মু।

২। অকিবা লৈগনু।

৩। অচান মীরায় তৌগনু।

৪। লাল তৌববু শৌগৎকনু।

৫। অচুম্বা চৎলু।

৬। মীনুংশি লৈয়ু।

৭। থৌজাল হৈয়ু।

মসি ধর্ম্ম খুদিংনা পীবা পাউতাকনি। নখোয়না পাউতাকসি ইন্দুনা চৎলু।"

মতমদু বীনোবাজীদি অহল ওইরবনি। মহাককী মশাদু য়াম্না শোল্লে। মশাদা ফুরিৎ লিৎতে। লংহিং খুদৈ অমতং শেৎলি। কুচুদি ইরং লংই। অঙাং মচা অমগুম চম্না নোকই। মহাক্তি পুন্সিচুপ্পা ব্রহ্মচারী ওইবা, অধ্যাত্মিকী লম্বীদা, চৎপা মীনি। লোল য়াম্না খঙবা পণ্ডিতনি। মহাক্না বেদ, গীতা, কোরান নৈনখি।

মহাককী পোকফমদি বোম্বেনি। গান্ধীজীগী য়াথং মতুং ইন্না ৱার্ধাদা লৈখিবনি। মহাক্না কন্না হোৎনদুনা মফম অদুদা খাদি অমসুং খুঙ্গংগী ইন্দস্ট্রি চাওখৎহনবা ঙমখি। লোয়ননা মীশিংগী শেনথুমগী অমসুং অধ্যাত্মিকী ফিভম ফগৎহনখি।

খৃ: ১৯৩৮ দা মহাক ৱার্ধাদগী পৌনরদা লাকখিবনি। মদু জমনালাল বজাজনা মঙোন্দা লম কখোকলগা মদুদা শেমগৎপীনবা হায়জবদগী মফমদুনা লৈখিবনি। মতুংদা আশ্রম ওইনা মফম অদু অধ্যাত্তীক জ্ঞান তান্নবগী অশেংবা মফম অমা ওইনা শেমগৎখি। মফম অসিদগীনি ভুদানগী ৱাখল শন্দোকখিবদু। মহাক্না ভারত, শ্রীলঙকা অমসুং নেপালগী খুঙ্গংশিংদা চৎতুনা অহিংসাগী, মরুপ-মপাং, মচিন মনাও ওইনা হিংমিন্নবগী নুংশিনবা, ধর্ম্ম পুন্নমক্কী অপুনবা পাউজেল সত্য, প্রেম, করুনা হায়বসিগী মরমদা পাউজেল শন্দোকখি।

মহাক্না জমিনদার কয়াগী থম্মোয়বু পেৎহন্দুনা মখোয়দগী লেম্না লম ফংবা ঙমখি। মদু লমলৈজদবা লৌমীশিংদা অমুক য়েনথোকই। লেম্না লম য়েনথোকপা সন্ন্যাসী অদুনি ঐখোয়গী মাংদা ফমদুনা কনফরেন্স অদু হৌদোকপীখিবা অমসুং নুপীশিংদা থৌনা হাপ্পীখিবদো।

নুমিৎ হুমনি চংনা কনফরেন্স অদুদা নৈনখিবা ব্রাফমশিংদি (১) সাইন্স এন্দ স্পীরীচুয়েলীটি (২) উইমেন এন্দ ব্রালদ পীস (৩) এভিন্যুজ অফ ব্রালদ রীকনস্ট্রকসন (৪) এদুকেসন ফোর এ নিয়ু ব্রার্লদ অসিনি।

মমিং লৈরবা এদুকেসনিষ্ট, সর্ব্বোদয় লিদরশিংনা ব্রা ঙাংলবা তুংদা ডিলিগেটশিংদু গ্রুপ ১০ থোক্লা খাইদোক্লগা খন্ন নৈনবদু চৎথৈ। ফোরেন ডিলিগেটশিংগীনা ইংরাজীদা খন্ন-নৈনবা পাঙথোকই অদুগা অতৈনা হিন্দি লোন্দা।

মনিপুরদগী চৎপা ডিলীগেট অয়াম্বদি নহানি। লোল খঙদবনে খন্ননৈনবদা শরুক ইয়া য়াদে। তল চাবসু হৈতবনা ময়ামদু ইতন তন্নে। য়াম্না নুংঙাইবা অমদি মনিপুরগী টিমনা কলচরেল প্রোগ্রামদা শরুক য়াবগী মতাংদুনি। কনফরেন্স মফমদুদা নুমিৎ খুদিং সন্ধাদা আশ্রমগী লাইশোল শকই। অদুগা নুমিদাংগী চাকলেন ঙনতানা চায়। মদু লোয়রগা ভেরাইটি কলচরেল প্রোগ্রাম হেক হেক পাঙথোকই। নিনি চনবগী নুমিদাং অদুদা মনিপুরগীসু শরুক য়াগদবনি হায়না লেপ্পরে।

"ঐখোয় ময়াম খন্নরে কনানা পুং য়ৈগনি ?"

"কনানা জগোয় শাগনি ?"

অমনা হায়রকই– "ওঝা বীরমনিদি পুং য়ৈবা হৈবনি"

"ফরে ! পুংদি কদায়রদগী লৌরুনি" ?

কোয়থি থিবদা লাইবক ফবদগী ধুলোক অমদি উচিন্না থিবা ফংলে। জগোয় শান্নবা নুপীমচা মরী খনদোকলে। টেন্ট মনুংদা লাইহরাওবা জগোয় রিহারসেল তৌরে। কনফরেন্স তৌফমগী গেট মনাক্তা চুপ্পাক কবোক অঙৌবা য়োল্লিবদু লৈদুনা পরেং লেংলে। মদুনা কোকতা হাপতুনা কজেংলৈসু ওইদৌরিবনি, ঙক্তসু লৈপরেং ওইনা শিগদৌরিবনি। ঐখোয় ময়াম চংদুনা কোয়চেন চেপ্পুনা মদুগীদমক হোৎনরে।

নুমিদাং অদুদা কদায়দগী লাক্লিবনো খঙদে মনিপুরী জগোয় য়েংনি হায়দুনা মীচা কয়ানা গেংতা থোমজিল্লকলে। অদুগদি প্রোগ্রাম শিল্লিবা নুপী খরনা করি খল্লবনো খঙদে ঐখোয়গী জগোয় প্রোগ্রামদু ককথৎলে। মী অমতা গেৎতা চংহন্দ্রে জগোয় শারনি হায়দুনা ফিজেৎ লৈতেং তৌদুনা তৈয়ারীদা লৈরবা তাঞ্জদুদা। থৌদৌ অদুদা ঐখোয় পুম্নমক ইকায় নুংশি য়ান্নখি। শাওবনা মৈ হৌনরে। কনফরেন্সতু মখা তানা য়াওদনা ঐখোয় পুম্নমক হল্লসি হায়না লেপ্পরে।

নোংঙানবা ঙাইঙমদনা পোৎ য়োমদুনা টেন্টতগী থোরকলে। ব্রেকফাষ্ট য়াওদ্রে। ঐখোয়গী নুংঙাইতবগী মরম, কনফরেন্স লোয়দনা হন্নবগী তৌরিবদু চেয়ারমেন অমল প্রভাদাস য়ৌখ্রে। মহাক্লা চেল্লক্তুনা ময়ামবু থেমজিলখি। অদুবু নহা অয়াম্বদু য়ানিংদ্রে, চৎপা হৌখ্রে। অদুদগীদি অহল ওইরবী নুপীদুনা ঐঙোন্দা লাক্তুনা শিল্লি লাংলিবগী মায়কৈদগী অশোয়বা লৈখিবদু ঙাকপীয়ু হায়না মখুৎ লোন্নদুনা মমিৎতা মপীতানা হায়জরে।

অমলপ্রভা দাস লাইরিক য়াম্না হৈবী, ইনাক খুনবী নুপীনি। আসামগী মমিং লৈবা এডুকেসননিষ্ট অমগী মমোমনি, সর্ব্বোদয় লুচিংবীনি। সোসিয়েল ব্র্যাকরনি। ময়ামগী সেবাদা মপুন্সি কৎথোকতুনা মপুন্সিচুপ্পা ময়ুম পানদ্রবনি। মপা ইবুংঙোনা মহাককীদমক পীথোকপা লম অদু কস্তুরবা এষ্টতা কৎথোকলগা সরনিয়া আশ্রম লিংখৎপনি গৌহাটীগী উল্লুবাড়ীদা।

মহাককা ঐখোয়গা য়েংনরুরবদি ঐখোয়সি য়াম্না মগুন লৈতবনি খল্লি ঐদি। মহাক্লা হায়জবদুদা য়াদনা চাওখৎতবা উৎতুনা চৎপা হায়বসি য়াম্না ফজদবা, লুজদবা অমা ওইনি খল্লি। খনখৈ খল্লুরগা মহাক্লা হায়বা অদু য়াবা তাখি। নুমিদাংদা জগোয়দু অমুক শাবা তাখি। শাওবদু খর ইংথনরে। টেন্টতা চংদুনা ফম্নরে। রিহারসেল অমুক তৌরগা নুমিদাংদা জগোয়দু শাখি।

নুংথিলদুদা বীনোবাজীনা ডিলিগেটশিংগা গ্রুপ গ্রুপ ওইনা উন্নবগী তানজাপী। মনিপুরগী পালি য়ৌরকপদা ঐনা ব্রাহং অমা হংই। মতম অদু বীনোবাজীদি না তাদ্রবনি। হংগদবা ব্রাহংদু চেজেৎ অমদা ইরগা লানশিল্লি। ঐনা হংবা ব্রাহংদু নুপীগা মরী লৈনবা নত্তে। ঐনা হংই —

"মনিপুরদা নহারোলশিংনা মনিং থুংদবদগী হিংসাগী লমদা চংশিনবা হৌরে মখোয়গী সমস্যাসি করম্না কোকহনগদগে ?"

বীনোবাজীনা পাউখুম পীরকই "সত্য, প্রেম, করুনা"।

মনিপুরদদি নহারোলগী সমস্যা কোকহন্নবনি হায়দুনা আর্মি ফোরসেস স্পেসিয়েল পাৱার এক্ট থমজিন্দুনা ফাবা, ফুবা, ওৎনৈবা তৌরিবসিদি অহিংসাগী মুর্ত্তি ওইরবা সন্ন্যাসী অদুগী পাউতাক অদুগদি ওন্ন তৈনবনিকো খল্লি।

নুমিৎ অদু কনফরেন্সকী লোয়শিনবা নুমিৎনি। খন্ন-নৈনবা লোইরদুনা রিকমেনদেসনশিং ময়াম মমাংদা পাথোকলে। মতুংদা লম লমগী ওইনা ডিলিগেটকী মীহুৎ অমনা মিনিট মঙা মঙা ব্রা ঙাংনবগী খুদোংচাবা পী। মনিপুরগী মায়কৈদগী ব্রা ঙাংনবা ডা: বিনোদকুমারনা ঙরাং ঐগী মীং পিশিল্লমই হায়। শাওবদগী ঐখোয় হল্লনি

তৌরুবনা ব্রা ঙাংবদু তোকলসি হায়দুনা লৈরুরবনি। ইবেনীনা হায় – "ইচেম্মা মসিগী খুদোংচাবসি লৌহৌদবা য়াদে। মনিপুরদগী ঐখোয় অসুক য়াম্না লাক্লগা করি অমতসু শক তাকলমদনা তোককদ্রা ? মখোয়না ব্রা ঙাংবা য়াদে হায়রবসু নমদুনা ঙাংগদবনি।" তানজা অদুদা কৌথোরকই – "মনিপুর"। ঐহাক পরপ পরপ চেনশিল্লি। ঐনা ইশাবু মনিপুরদগী লাকপনি হায়না শক তাকলবা তুংদা মনিপুরগী মফম, অমসুং সংস্কৃতিগী মতাংদা ব্রা খরদং ঙাংই। অদুদগীদি শাওনিংবা অমা য়াওরক্লুনা হায়রে – "কনফরেন্স অসিনা ঙসি লৌরিবা রিকমেনদেসন "স্কুলস সুদ গো টু দা ভিলেজেস" হায়বসি ঐদি য়ানিংদে"। মখা চৎথৈ – "য়েসটারদে থাউজনস অফ পিপল ফ্রোম দি ভিলেজেস কেম হিয়ার টু লর্নি হৱাট ব্রাজ গোইং ওন হিয়ার। দিস ইজ এ স্কুল বাই ইটসেলফ। বট ইউ দিৎ নোৎ এলাউ দেম টু এন্টর হিয়ার এন্দ লর্নি সমথিং। ইউ সে সমথিং এন্দ দু সমথিং এলস। এন্দ হৱাট ৱিল বী দি ভেলিদিতি অফ দিস ইউজ লেস রিকমেন্দসন ?"

মখাদা ফম্লিবশিংনা খুবাক প্রোক প্রোক খুরকই। ব্রা ঙাংবা লোয়রম-ফাৎত্রিঙৈদা বেল খিংলে। অতোপ্পা ষ্টেট অমা কৌথোকখ্রে।

নুমিৎ অদুগী চেয়ারপারসনদু হান্নগী এম: পি: লক্ষ্মী মেননিনি। মানা ঐবু কৌশিন্দুনা নঙ্গন্দা পোপ পোপ ফুরকই। ঐনা ষ্টেজদগী কুমথরকপদা নুপী খরনা খুৎ শোকই। য়ামদ্রবদা মনিপুর মশক তাকলমলে হায়দুনা ময়ামদু খর ইংথনৈ।

নুংথিলদুদা ডিলিগেটশিংবু পুদুনা সেবাগ্রাম অমসুং অতৈ মফম খর য়েংহল্লি – মাহাত্মা গান্ধীনা লৈরম্বা সেবা গ্রামদা চৎলি, মদু পৌনরদগী মাইল মরী চৎলগা লৈ। খৃ: ১৯৩৪ দগী হৌনা মফম অদুদা গান্ধীজীনা লৈরগা পৃথিবী পুম্বগী মীৎয়েং চিংশিনখিবা মফমদুনি। ভারতকী নীংতম আন্দোলন্দা অহিংসাগী মৈঙাল শন্দোকহনখিবা মফমনি। অন্তরজাতিগী ওইনা অশেংবা মফম ওইরবনি সেবা গ্রামদি। গান্ধী কুটিরগী শুমাংদা হৌরিবা উজাওদুনা মশা-মরেংনা হাই শুন্নদুনা ঐখোয়বু তরাম্না ওক্লমই। উজাওসিগী মখোংদনি গান্ধীজীনা ভারত নিংতম্নবগী মতাংদা মীওই কয়াগা ফমিন্নদুনা ৱারী ৱাতায় শান্নখিবদো।

গান্ধীজিনা লৈরম্বা খাঙবোকশঙদুদা ময়ামনা চংদুনা য়েংই। লৈবাককী ফকলাংদা হন্দুনা শেম্বা কাখল মচা অমা লৈ। মদুদা গান্ধীজিনা শীজিননরম্বা খুরুম অমা লৈহৌই। মমাংগী কাদুদা তলহৌফম ফুঙ্গা অমা লৈ। মদুদা ফাল অমনে, য়াম তাক্লবা চক্রি অমনে লৈ। মদুনা লোয়রে।

ব্রাং চাউখ্রবী ঙৌরোক ঙৌবী ফোরেনগী ডিলিগেট অমগা ঐগা উজাও মখোঙদুদা লেপতুনা ঙহাক ৱারী শাই। মানা হায় – "হাউ গ্রেট ইজ দি মাহাত্মা ?"

অদু হায়রগা মহাকক্কী মমিৎতগী মপী তৈথোকই। ঐহাক ভাব তারমদে। মহাকতু গান্ধীগী নিতী নীয়মদা থাজবী, গান্ধীগী ভক্ত অমনি হায়বা ৱারী শাবদগী খঙলে। মানা হায় –

"ঐখোয় পূম্নমক অপাম্বনা পীক থল্লি। ফি অমগী মথক্তা অতোপ্পা ফি অমা, পোৎ অমগী মথক্তা পোৎ অমা লৈনবা হোৎনৈ। ইনাকখুনবা মী কয়ানা মাগী মরল মথুম হেনগৎনবা নিয়ম চুমদনা থবক কয়া তৌই। অদুগা গান্ধীজীনদি মহাক্কীনি হায়বা করি অমতা খাকতনা মীয়ামগীদমক লোয়না কৎথোকই। করি অমতা য়াওদনা লৈবা ঙম্বসিনা ওইবা তাই মহাকপু মহাত্মা কৌরিবসি।"

লৈবাক অসিদা লৈবা ঐদি গান্ধীগী মরমদা অদুক য়ৌনা খনথরুদে।

জানকী নগরগী মনাক অদুদা কনফরেন্সকা মরী লৈননা উৎপা মেলাদু য়েংলুই মথংদা। মদু খাদি অমসুং ভিলেজ ইন্দস্ট্রিগী পোৎথোক উৎপা মেলানি। খাদিগী লং, ফি-রোল, চফু, হেন্দিক্রাফট কী পোৎ-চৈ উৎলি।

নুপীগী শক্তি উৎথোকপা, নুপী লাইপোকশিংগী চিত্র কয়া মফম কয়াদগী পুরকতুনা উৎপা ষ্টোল অমসু য়াওই। য়াম্না পুক্লিং চিংশিনখিবদি মৌরা ৱীল বোলজনা মদোম য়েক্তুনা পুথোকপা লাইশিংদুনি। মহাক রুসিয়াদা পোকপনি। সুইস মচা অমদা লুহোংলগা সুইজরলেণ্ডদা লৈবনি। মহাকনা তৌবা থবকনা নিউক্লিয়র এক্সপ্লোসনগা মরী লৈনবনি। অদুগা মশামক্তি গান্ধী, বীনোবাগী শিষ্যনি। মহাক্না উৎলিবা লাইনা নিউক্লিয়ার খুৎলাইনা করম্না মাঙ তাকহনবগে হায়বসিনি।

কনফরেন্স লোইদুনা কায়নবগী মতম য়ৌরে। মাইকতা নুমিদাংৱাই লাওথোকখি – "হয়েং বীনোবাজীনা কেম্পরশিংবু অয়ুক পুং ৪ দা উন্নরনি"।

নুমিৎ অদুগী অয়ুকতু য়াম্না ঈংই। লৈচিন অমুক থাগৎলকতুনা মমলি মমলি তৌশিল্লকলে। অদুগুম্বা ফিভম অদুদা হনুবদুনা কেম্প এরিয়াদুদা লাককনি থাজরমদে। অদুবু হায়খিবা পুংফম অদুমক্তদা কেমপকী মতায় অমদগী লাউরকপা তায়। জয় জগৎ, জয় জগৎ।

জয় জগৎ হায়বসি বীনোবাজীগী ওকপগী, খুরুমবগী খোল্লাওনি। জয় হিন্দ হায়বা অসিদগী খর হেন্না পাকথোকপা, জগৎ পূম্বগী য়াইফবা পূরক্লবা মঙ্গলগী খোনথোকনি জয় জগৎ।

তৌরুবনা ব্রা ঙাংবদু তোকলসি হায়দুনা লৈরুরবনি। ইবেনীনা হায় – "ইচেম্মা মসিগী খুদোংচাবসি লৌহোঁদবা য়াদে। মনিপুরদগী ঐখোয় অসুক য়াম্না লাক্লগা করি অমতসু শক তাকলমদনা তোককদ্রা ? মখোয়না ব্রা ঙাংবা য়াদে হায়রবসু নমদুনা ঙাংগদবনি।" তানজা অদুদা কৌথোরকই – "মনিপুর"। ঐহাক পরপ পরপ চেনশিল্লি। ঐনা ইশাবু মনিপুরদগী লাকপনি হায়না শক তাকলবা তুংদা মনিপুরগী মফম, অমসুং সংস্কৃতিগী মতাংদা ব্রা খরদং ঙাংই। অদুদগীদি শাওনিংবা অমা য়াওরক্লুনা হায়রে – "কনফরেন্স অসিনা ঙসি লৌরিবা রিকমেনদেসন "স্কুলস সুদ গো টু দা ভিলেজেস" হায়বসি ঐদি য়ানিংদে"। মখা চৎথৈ – "য়েসটারদে থাউজনস অফ পিপল ফ্রোম দি ভিলেজেস কেম হিয়ার টু লর্নি হবাট ব্রাজ গোইং ওন হিয়ার। দিস ইজ এ স্কুল বাই ইটসেলফ। বট ইউ দিৎ নোৎ এলাউ দেম টু এন্টর হিয়ার এন্দ লর্নি সমথিং। ইউ সে সমথিং এন্দ দু সমথিং এলস। এন্দ হবাট ব্রিল বী দি ভেলিদিতি অফ দিস ইউজ লেস রিকমেন্দসন ?"

মখাদা ফম্লিবশিংনা খুবাক প্রোক প্রোক খুরকই। ব্রা ঙাংবা লোয়রম-ফাৎত্রিঙৈদা বেল খিংলে। অতোপ্পা ষ্টেট অমা কৌথোকখ্রে।

নুমিৎ অদুগী চেয়ারপারসনদু হান্নগী এম: পি: লক্ষ্মী মেননি। মানা ঐবু কৌশিন্দুনা নঙ্গন্দা পোপ পোপ ফুরকই। ঐনা ষ্টেজদগী কুমথরকপদা নুপী খরনা খুৎ শোকই। য়ামদ্রবদা মনিপুর মশক তাকলমলে হায়দুনা ময়ামদু খর ইংথনৈ।

নুংথিলদুদা ডিলিগেটশিংবু পুদুনা সেবাগ্রাম অমসুং অতৈ মফম খর য়েংহল্লি – মাহাত্মা গান্ধীনা লৈরম্বা সেবা গ্রামদা চৎলি, মদু পৌনরদগী মাইল মরী চৎলগা লৈ। খৃ: ১৯৩৪ দগী হৌনা মফম অদুদা গান্ধীজীনা লৈরগা পৃথিবী পুম্বগী মীৎয়েং চিংশিনখিবা মফমদুনি। ভারতকী নীংতম আন্দোলন্দা অহিংসাগী মৈঙাল শন্দোকহনখিবা মফমনি। অন্তরজাতিগী ওইনা অশেংবা মফম ওইরবনি সেবা গ্রামদি। গান্ধী কুটিরগী শুমাংদা হৌরিবা উজাওদুনা মশা-মরেংনা হাই হুম্নদুনা ঐখোয়বু তরাম্না ওক্লমই। উজাওসিগী মখোংদনি গান্ধীজীনা ভারত নিংতম্নবগী মতাংদা মীওই কয়াগা ফমিন্নদুনা ব্রারী ব্রাতায় শান্নখিবদো।

গান্ধীজিনা লৈরম্বা খাঙবোকশঙদুদা ময়ামনা চংদুনা য়েংই। লৈবাককী ফকলাংদা হন্দুনা শেম্বা কাখল মচা অমা লৈ। মদুদা গান্ধীজিনা শীজিননরম্বা খুরুম অমা লৈহৌই। মমাংগী কাদুদা তলহৌফম ফুঙ্গা অমা লৈ। মদুদা ফাল অমনে, য়াম তাক্লবা চক্রি অমনে লৈ। মদুনা লোয়রে।

ব্রাং চাউখ্রবী ভৌরোক ভৌবী ফোরেনগী ডিলিগেট অমগা ঐগা উজাও মখোঙদুদা লেপতুনা ঙহাক ব্রারী শাই। মানা হায় – "হাউ গ্রেট ইজ দি মাহাত্মা ?"

অদু হায়রগা মহাককী মমিৎতগী মপী তৈথোকই। ঐহাক ভাব তারমদে। মহাকতু গান্ধীগী নিতী নীয়মদা থাজবী, গান্ধীগী ভক্ত অমনি হায়বা ৱারী শাবদগী খঙলে। মানা হায় –

"ঐখোয় পুম্নমক অপাম্বনা পীক থল্লি। ফি অমগী মথক্তা অতোপ্পা ফি অমা, পোৎ অমগী মথক্তা পোৎ অমা লৈনবা হোৎনৈ। ইনাকখুনবা মী কয়ানা মাগী মরল মথুম হেনগৎনবা নিয়ম চুমদনা থবক কয়া তৌই। অদুগা গান্ধীজীনদি মহাক্কীনি হায়বা করি অমতা থাকতনা মীয়ামগীদমক লোয়না কৎথোকই। করি অমতা য়াওদনা লৈবা ঙম্বসিনা ওইবা তাই মহাকপু মহাত্মা কৌরিবসি।"

লৈবাক অসিদা লৈবা ঐদি গান্ধীগী মরমদা অদুক য়ৌনা খনথরুদে।

জানকী নগরগী মনাক অদুদা কনফরেন্সকা মরী লৈননা উৎপা মেলাদু য়েংলুই মথংদা। মদু খাদি অমসুং ভিলেজ ইন্দষ্ট্রিগী পোৎথোক উৎপা মেলানি। খাদিগী লং, ফি-রোল, চফু, হেন্দিক্রাফট কী পোৎ-চৈ উৎলি।

নুপীগী শক্তি উৎথোকপা, নুপী লাইপোকশিংগী চিত্র কয়া মফম কয়াদগী পুরকতুনা উৎপা ষ্টোল অমসু য়াওই। য়াম্না পুক্লিং চিংশিনখিবদি মৌরা ৱীল বোলজনা মদোম য়েক্তুনা পুথোকপা লাইশিংদুনি। মহাক রুসিয়াদা পোকপনি। সুইস মচা অমদা লুহোংলগা সুইজরলেণ্ডদা লৈবনি। মহাকনা তৌবা থবকনা নিউক্লিয়র এক্সপ্লোসনগা মরী লৈনবনি। অদুগা মশামক্তি গান্ধী, বীনোবাগী শিষ্যনি। মহাক্না উৎলিবা লাইনা নিউক্লিয়ার খুৎলাইনা করম্না মাঙ তাকহনবগে হায়বসিনি।

কনফরেন্স লোইদুনা কায়নবগী মতম য়ৌরে। মাইকতা নুমিদাংৱাই লাওথোকখি – "হয়েং বীনোবাজীনা কেম্পরশিংবু অয়ুক পুং ৪ দা উন্নরনি"।

নুমিৎ অদুগী অয়ুকতু য়াম্না ঈংই। লৈচিন অমুক থাগৎলকতুনা মমলি মমলি তৌশিল্লকলে। অদুগুম্বা ফিভম অদুদা হনুবদুনা কেম্প এরিয়াদুদা লাককনি থাজরমদে। অদুবু হায়খিবা পুংফম অদুমক্তদা কেমপকী মতায় অমদগী লাউরকপা তায়। জয় জগৎ, জয় জগৎ।

জয় জগৎ হায়বসি বীনোবাজীগী ওকপগী, খুরুমবগী খোল্লাওনি। জয় হিন্দ হায়বা অসিদগী খর হেন্না পাকথোকপা, জগৎ পুম্বগী য়াইফবা পূরক্লবা মঙ্গলগী খোনথোকনি জয় জগৎ।

জয় জগৎ খোনজেল তাবদা বীনোবাজী য়ৌরক্লে হায়ৰা খঙলে। টেন্টকী অকোয়বদা কার অমা থৌজিল্লকই। কার মনুংদা বীনোবাজী ফমলি। ময়াম্না ওকপদু মখুৎ লোম্নদুনা ওকই। ওটোগ্রাফ লৌনবা মী খরনা চেনশিল্লি। শেন্নরিবশিংদুনা – "অহলসি শোল্লে, অদুম্না তৌরনু" হায়। অদুবু মানা মখুৎ তিংথোকই, চে কলম পীযু হায়না। ওটোগ্রাফ পীরমই।

ময়াম্না পোৎচৈ য়োমশিন্নরবা মতমদা ঐখোয়গী মরক্তগী অমনা "অসি য়ৌরক্লবনিনা ঐখোয় বোম্বে য়ৌরসিরা ?" "এ ! অদুদি য়াম্না ফবা ৱানিনা" অমনা ৱাপাংশল্লকই। ঙহাক খন্নরে : করম্না চৎপা, কদায়দা লৈবা, করি করি য়েংবা।

ঐনা নীংশিংলকই – মীস ভি: এল: বসৱানী। মহাক বোম্বেদগী লাকপা ডিলিগেটনি। মহাকসুনি পান্দালদগী চোংথোরক্তুনা ঐনা ৱা ঙাংবা লোয়বদা খুৎ শোকলকপদু। কনফরেন্স অদুনা লৌরবা রিকমেনদেসন অমবু ক্রিটিসাইজ তৌবা ঙমই, থৌনা ফৈ হায়না মানা থাগৎলকখিবনি।

মহাক বোম্বেগী খাদি কমিসন্দা থবক তৌই হায়বনি। মহাক উন্নবা চৎলে।

"মিস বসৱানী। ঐখোয় ময়াম নংগা লোয়ননা বোম্বেদা চৎপা তারে" ঐনা হায়।

"বোম্বেদা কৈদৌবনো ?"

"বোম্বে ডিসকভরী তৌবনীদনা" মহাক নোকলকই – অদুগা হায়রকই "

"বোম্বেদি সিটি ইন হরী ওইরবনি। বোম্বে য়েংলগা কৈদৌরুনি। ওনথোকনা লাংখ্রবা, মী চিনখ্রবা, অমনা অমবু হন্না য়েংনদবা মফমনি। শান্তি ফংনিংবদগী আশ্রমসিদা লাক্লিবনি ঐখোয়।"

"ললোন ইতিক, জগোয় ঈশৈ, ফিলম ইন্দস্ত্রি বোম্বেদা য়াম্না চাওখৎলি হায়বা ঐখোয় খঙই। চীং, উমংলক্তা লৈবা ঐখোয়না খুৎশেমনা ফজহনবা বোম্বেবু য়েংনিংবা হায়বসি মশানা তাবনি।"

"ঐদি অমিতাভাবচনগী ময়ুম য়েংনিংই" অমনা হায়রকই।

ময়ামদু ৱা নোকই।

"ইতিহাসকী রেকোর্দতগী খঙবদি বোম্বেসি অশংবা থাংতুপ পাম্বী, মঙ্গেগী হৈকোল, বুলবুল পাম্বীনা মরাং কায়না হৌবা লৈহাও চেনখ্রবা, ফজখ্রবা ইথৎ তরেৎনা পুনশিন্দুনা শেম্বনি হায়বদায়।"

"মদু হৌজিক্তি তোঙান তোঙানখ্রে"।

"বোম্বেবু মুম্বাই কৌনি হায়রিবসিনা করিগীনো ?

"বোম্বে হায়বসিদি ইংলিসমেনশিংনা থোল্লম্বনি।" মুম্বা লাইরেম্বীগী মীং লৌদুনা লম অসিগী চুন্ননা মুম্বাই থোনগনি হায়নরি"—

মখা চখ্থরকই —

"বোম্বেদা কয়াম কুইনা লৈগদবনো ? কদায়দা লৈগদবনো ?"

"ঐখোয়দি শেলসু য়াম্না য়াওরকপা নত্তে। বোম্বেদা লৈবদি শেল য়াম্না চংগনি। নহাক্ন মতেং খর পাংবীয়ুদনা।"

ঙহাক ব্রারী শান্নরে। নুমিদাংদু মক্তা ট্রেন্না মহাক্না লোয়ননা বোম্বেরোমদা চৎপা লেপ্লরে মানা থবক তৌরিবা খাদি কমিসনগী গেষ্ট হাউস, এরলী রোড তা লৈরিবদুদা লৈনবা মহাক্ন শিনগনি হায়রে।



## ২

নিংবু নিংলবদি লাইনা তম্বা অমা লাকই হায়বদুনি। ১৯৮০ গী জানুৱারীগী তাং ১ গী নুমিদাংদনি ঐখোয়না বোম্বেগীদমক খোঙশানবদু।

বসৱানীগা ঐখোয়গা ট্রেন মনুংদা ৱারী শাদুনা চৎলি। বোম্বে য়ৌরমদাইদা বসৱানীনা

"নংগী খুজিসি সনারা" ? ঐঙোন্দা।

"অং মানি"।

"অদুদি লোৎশিল্লু"।

"করিগী ?"

"থোংনাও মনাক্তু অসিদা নখুৎ ঙহাক লৈতনা তিংথোকলিবসি কিদ্রা ? নখুৎ ককথৎচখিনি"।

"ঐনা হায় – অদুগুম্বা তাকু তারাংগী থবক্তুদি মনিপুরদদি লৈতে। ঐখোয়গীদি নুপীশিংনা মনাদা লৈ মচা অমা, মখুত্তা খুজি, ঙক্তা লীক অমা হায়বসি শোয়দনা শীজিন্নে। ময়ুম পাল্লবা নুপীশিংনা লিক্লী খুজি শিবা চৎনদে। সনাগী ঙমদ্রবসু সনা মান্নবা লুপ্লগা খুজি শিন্নরীবনি। মনা মখা তারকই– "অদুবুদি ফৈ। অদুবু বোম্বেদদি চলাকগী থবক য়াম্না কল্লি। ট্রেনদা, বসতা চৎপদা নুপীগী মঙক্তগী লীক থৎলি, খুজি, খুদোপকীদমক মখুৎ ককপা তোয়না থোকই। অদুনা ঐখোয়দি চৎথোকপদা লীককোল অমতা শীজিন্নদে।"

অওইবমকনি ভারতকী লম অমগা অমগসি হিরম কয়াদা খৈন্নে। বোম্বে য়ৌরকপদদি পৌনর আশ্রমদা, সেবাগ্রামদা উরকপদুগা য়াম্না খেন্ননা উরক্লে।

পৌনর আশ্রমগী মফমদুদি ভারতকী খুঙ্গং হায়বদুনি। মফম অদুদদি খুঙ্গংগী মীশিংনা অশংবা লবুকতা খুৎনা থবক শুই। নুপীশিংনা ঈশিং মাইশিং শোকপা, শা-ষণ মচিনজাক পীজবনচিংবা য়ুমগী থবক ইনখাং নোম্বা উরকই। অঙাংশিংনা মফি মরোল নীংথি-নুংঙাইনা শেৎতনা কোইচেন চেন্না শান্নদুনা লৈ। অদুগা মখোয়গী মায়থোংদা নুংঙাইবা অপেনবদি উবা ফংই।

বোম্বেদদি য়ৌফাৎত্রিঙৈদা পাখৎপা হৌরে। তাকু তারাং তৌরককনি হায়বগী নুংশা থিবা হৌরে। মতম অদুমক মনিপুরদা য়াম্না নিংথমহৌই। অদুনা অরুম্বা ফিরোল য়াম্না পুদুনা লাকপনি। অদুগা বোম্বে য়ৌরকপদনা শাবনা অমুক্তোইবা লোইরে।

মফমদুদা মীশিংনা অপাবা ফি শেৎন্নৈ। থুনা য়াংনা চৎপদা খুদোংচানবা ওইরমান্লে নুপীশিংনা অপাবা ফেনাৎ তোংনৈ। বোম্বেদা হান্না হৌদোকলগা মনিপুরদা থেংনা য়োরকপা খুনিং ব্রাংবী খোংউপ তোংদুনা অয়াম্বা লাকই ঐখোয়দি। অদুগী মহৈনা ট্রেন কাখৎপদা ঐখোয়গী মরক্তা অমদি নানথদুনা তাহৌখি। য়ামনা ব্রানা হোৎনদুনা কুইনা ঙাইরনরগা ট্রেনদগী তাহৌবদু লাকতুনা ঐখোয় অমুক পূন্না চৎমিন্নৈ।

মদু ঐখোয়না খাদি কমিসনগী গেষ্ট হাউসতগী খর চৎলগা লৈবা সোপীং সেন্টর অমদা ট্রেন্না চৎপদনি।

মী য়াম্না পুল্লপ চৎমিন্নবগী নুংঙাইবসু লৈ অব্রাবসু থেংনৈ। ঐখোয় কুনমুকতু বোম্বেগী এলেকত্রিকনা চেনবা ট্রেন অদুদা পুল্লপ কমপার্টমেন্ট অমদা কাখৎপা ওইথোক্তে। মীনিট মঙাদং ষ্টেসনদা খাম্বা ট্রেননি। মী কয়ানা কুমথরিবনি কয়ানা কাখৎনবা হোৎনরিবনি। য়াম্না থুনা হৈশিংনা ইশা লিৎশিনবা তাবনি। নিংঙাই মল্লাইদবা, থৌশা ব্রাশাদবা মনিপুরদগী লাকপা ঐখোয়দি য়াম্না থুনা য়াংনা চৎথরিবা বোম্বেগী পুন্সি মরেল অদুদা চূশিন্নবা ঙমখিদে।

বোম্বেদা ঐখোয়না ট্রেনদা লম কোয়বা ওইথোকপা নত্তে। নুমিৎ অদুদি বোম্বেগী ভেটিরীনরী কোলেজদা তম্বা মৈতৈ মচা এলাংবম কামেশ্বর সিংহগী মতেংনা চৎখিবনি। ঐখোয়না মাবু মাগীহোষ্টেলদা চৎতুনা উন্নরুরগা মহাকপু হৌরগা চৎপনি।

অদুগী তুংদগীদি ঐখোয়না শেল য়াম্না চংলবসু টেক্সীনা চৎপা তাখি। বোম্বেগী মরুওইবা মফম খর য়েংনবগীদমক তাং ৩গী অয়ুক্তা বসনা চৎলি। জুহু ডিভলপমেন্ট স্কীম: ভিলে পারলে ব্রেষ্টতা থবক তৌবা ডা: বিনোদকুমারগা হান্না খঙনবা সুবোধ শর্মানা ঐখোয়বু লমজিংদুনা নুমিৎতু চৎলি।

প্রিনস অফ ব্রেলস মিউজিয়ম য়েংলুবদা ঐখোয়গী গাইদতুনা তাকই— "মসি খৃ: ১৯০৪ দগীনা ১৯১৪ ফাওবদা শাখিবনি। নিংথৌ জর্জ্জ V না যাত্রা হুন্দুনা শাখি হায়দুনা মিউজিয়ম অসি মহাককী মিংদা থোনখিবনি। পৃথীবীগী অহানবা লানজাওগী মতমদা মসি হোসপীতাল ওইনা শীজিন্নবনি। ১৯২৩ খৃ: দগীদা মীয়াম্না য়েংবা য়াখিবনি।"



**প্রীন্স ওফ ৱেলস মীউজিয়ম**

মফম অমদুদা ফজ ফজরবা কলাগী, স্কলপচরগী অমসুং ইতিহাসকী ওইবা পোৎচৈ য়াম্না লৈ। মীউজিয়মগী মফম শুনা কোয়না চৎতুনা য়েংবদা নোংমদসু ওইগদবা নত্তে। পুংখায়মুক্তুদা চাওরাকপা খর য়েংলকপদনি।



**গেটৱে অফ ইন্দিয়া**

মথংদা চৎলি গেটরে অফ ইন্দিয়াদা। মসি বোম্বেগী খ্বাইদগী মমিং চৎপা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা শাবা গেটনি। ঐখোয়দা তাকই – "মসি খৃ: ১৯১১ দা জর্জ্জ ব্রিটেনা ডিজাইন তৌদুনা শাবনি। নিংথৌ জর্জ্জ V না মহারানী মেরীগা লোয়ননা দিল্লিদা দারবার য়াওবা লাকপদু ওক্নবা শাখিবনি।"

এপোল্লো বন্দরগী তোর্ব্বান নক্না শাবা গেট অদুগী থোংনাওদা অয়ুককী মেংলবা নুমিৎকি মঙাল ফাওজিল্লক্নুনা লৈমায়দা অমুক হন্না য়ৈরে।

গেট অদুগী মনাক্তা লমখুনু য়াম্না মচিনজাক খুন্দুনা লৈ। অরাকপশিংনা কবোক, চানা নচিংবা লৈদুনা মচিঞ্জাক হুল্লি। মী কয়ানি মফমদু য়েংবা লাক্লিবা। গেটতু য়েংলুরগা থোরকপদা পাখং মচা অমনা ঐহাক তম্না চংশিল্লকই। নকশিল্লক্নবদা মশাবু তাকই – "ঐগী মিং বাবল সিনহা কৌই। ঐহাক মৈতৈ মচানি।"

মখা চৎথরকই – "ইচে নংনা শেৎলিবা ফিজোল অসিনা নহাক মৈতৈ নুপীনি হায়বা খঙদুনা কৌজবনি।" ঐনা ইশাবু মশক তক্নবা তুংদা মহাকনা হায়রকই – "ইচে ঐসি মতম কুইনা ইমারোল লোনবা ফংদবনা মৈতৈলোল ঙাংবসি য়াম্না খোয়রে। ইংরাজীদা ব্রারী শাসি ব্রারৌনু।"

লম্বীগী মতাইদা থৈদোক্নুনা ঙহাক ব্রারী শান্নে। ব্রারীদগী খঙই মহাক কাছাড়দগী মৈতৈ মচানি। আরবকী আমনদা ইনজিনিয়ার ওইদুনা লৈবনি হায়বসু খঙলে। এদ্রেশ লৌনরে।



**কমলা পার্কতা লৈরিবা ওলদ উমেনস সু**

মানা হায়জরকপা মতুংইন্না য়ুম য়ৌবগা মনিপুরগী টুরিজম ডিপার্টমেন্টনা ফোংবা কেলেন্দর অমসুং ফোটো খরগা চিঠি গা কোন্ননা থাবীখি। মহাক্না নুংশিনা চিঠি হল্লকই। লম কোয়বদুদগী আরব লৈবাককা মনিপুরগগী মরক্তা মচিন মপুরাগী নুংশিনবা মরী অমা চিংশিল্লকখি।

মথংদা য়েংলুই কমলা নেহরু পার্ক অমসুং হেঙ্গীং গারদেনস। কমলা নেহরু পার্কতুগী মচি মচিদা লৈকোল মচা মচা শেমদুনা লৈ। মখল মখলগী লৈ কয়া শাংলি। মফম খরদনা অঙাংশিংনা কৈরাক কাদুনা, নানথবী শান্নদুনা, অহাইবী শান্নদুনা লৈ। অশংবা লম্পাকতুদনা মমা মপাশিংনা মচাশিংনা শান্নবদু কুম্মে ওইনা য়েংদুনা ফমই। পার্ক অদুগী মতায় অমদনা "ওলদ উমেনস সু" হায়বা খোংউপ মান্না শাবা বিলদিং অমা লৈ। অঙাংশিংনা হরাওনা নুংঙাইনা মদুদা কাদুনা শান্নে।

পার্ককী মনাক্তুদা লম্বী মতাইদা মশা ফন্দোকলিবা উজাওশিংগী উরুমদুদা য়োল্লি বেলপুরী, চাট, লৈবাক হল্লায় অঙৌবা, উঁহে অমসুং লৈতেংগী পোৎলমশিং। মী তোংবা কার পরেং পরেং লাকই মফমদুদা, খরনা হনখি। মখোয়দু থুংলবনি বোম্বেদা মশাগী অনিংবা অপাম্বা থুংনবা ললোল ইতিক তৌদুনা, ফিলমগী, ঈশৈ নোংমাই কলাগী মরমদা থিজিন্নবা। থবক্তা নোমদুনা লৈবা য়াদবনিনা পুক্লিং হকচাং তেকখৎনবা লাক্লিবনি পোৎথানবা মফমদুদা।

কমলা নেহরু পার্ক অমসুং হেঙ্গীং গারদেন য়েংলুবদুদগী ব্রাখল অমা পোকলকখি মদুদি মনিপুরদসু হেঙ্গীং গারদেন য়াম্না লৈবা য়াবনি। চীংঙা, পীশুম, চৈরাওচীং নীংথিনা শেমগৎপা য়াবনি হৌরকলিবা নহারোলগী শান্নফম, হরাও তয়াম্না পোৎথাফম ওইনবা। অসিগুম্বা মফম লৈতবনিনা তৌনিংঙাই লৈতবা নহাশিংনা পানদুকান্দা ফমদুনা, উখোং ব্রাখোংদা তাস তোৎতুনা লৈবা হৌনশানি।

মেরীনড্রাইভকী চৌপটী বীচ মনাক্তা লৈবা এক্কারিয়ম য়েংলুবদুসু মনুংঙায় অমনি। পাৎ, তুরেল, সমুদ্রদা মনিংতম্না শান্নজদুনা লৈবা ঙাশিং ফারগা ঙায়োক লিকলি মনুংদা থমদুনা মীয়ামদা উৎলিবনি। ঙাক্রো, ঙমু, শারেং, উকাবী, মৃগল, কার্প, ঙমহাই, খজিং, ঙাপেম্মা, অমুবা, অঙাংবা, মমৈশাংবা, স্টারফিস শুরে এক্কারিয়মদুদা। মিংশেল চন্দুনা থম্বা উপু মনুংদা ওক্সিজেন থাজিন্দুনা থম্লিবনি ঙাশিংদু, সমুদ্রদা ফংবা পাম্বী মচা খরগা লোয়ননা। য়েংবদা মীৎ কুপনিংদে। অয়েংবা মীনা কৃক কৃক ইন্নে। মফম অমদা কুইনা লেপতুনা য়েংবা য়াবদি নত্তে।

জুহু বীচতা নুম্মিদাংব্রাইরমদা চৎলি। মদু সিটিদগী কিলোমিটর ৩০ মুক লাপ্পা লৈঙোইনা শাংনা শন্দোকতুনা লৈবা সমুদ্রগী তোর্ব্বাননি। তোর্ব্বানদুদা অঙাংশিংনা তোংদুনা শান্নবা

মেরী গো রাউন্দ, তোনিংবশিংনা তোংবা য়াবা উট অমসুং শগোলসু লৈ। মীনা অতৎ অথম লৈতনা কার তোংদুনা লাকই মফমদুদা। ষ্টোল মচা মচা লৈরিবদুদগী চানিংবা পোৎ বেলপুরী, পকৌরী, চা, কোফী, ব্রাদা, দোশা লৈদুনা চান্নে।

ঐখোয়না ঙহাক মফমদুদা কুম্মৈদু য়েংই। কোরৌহনবনা অঙাংবা মৈবুল অমগুম্না সমুদ্রদা তপ্না তপ্না লুপশিনখিবা উরকই। পুন্সিচুপ্না কাউররোইদবা নিংথিবা শক্তমদু জুহু বীচ তা উরকই।



জুহু বীচ

হায়নরীবনি আইদিয়া অমবু লৈরবদি বোম্বেদা হিংবা য়াই। মদু মক চুমই হায়বা তাই। সমুদ্রগী ঈশিংনা চেনখৎলকপা থরোয়গী মকু, মোইবুংমচা, ব্রাইখু কয়া খুনগৎলগা কুইক ফিক্সনা নপশিন্দুনা দিজাইন মখল কয়া পুথোকই দেকোরেসনগী পোৎচৈশিং। চৎলিবা ঐখোয়না অপাম অপাম্না লৈরকই।

জুহু বীচ তগী ঐখোয়না খোঙনা ইসকনগী হরে কৃষ্ণ মন্দির য়ৌনা লাকই। সন্ধ্যা গৌরী মতম চপ চান্নরে। মোইবুং খোংগৎলকই। মন্দিরগী থোঙ অহুম চপ মান্ননা হাংদোকলকই। খুদাংগী ঘড়ি থঙৎতুনা য়েংলগা চপ মান্নবা পুংফমদা আরাটি কৎপা হৌই মরু কোকপা, গেরুৱা শেৎপা নহা অহুম্না রাধা-কৃষ্ণ গী, রাম লক্ষ্মন সিতা, জগবন্ধ, সুভদ্রা, বলভদ্রগী। ভক্ত ময়ামনা হুমাং তানা চোংলদুনা নাম শোল্লি। মন্দিরগী অকোয়বদু মৈনা ইঙাল ঙাল্লি।

ফজথ্রেদা মন্দিরদো। স্বর্গ হায়দু অদুম তৌরমগদ্রা ? মহাভারতকী ৱারীদু মিংশেল চন্দুনা থম্লিবা নীংথিরবা মুর্ত্তিশিংদুনা মীয়ামদা লীরি। বেদগী, গীতাগী লাইশোলনা পুমনিল নিল্লি। মোর্দন যুগকী ওইবা থেটর, রেষ্টুরেন্ট, ফাইব ষ্টার হোটেল অমগা মান্নবা শেমদুনা মন্দিরদুদা লৈ। মন্দিরদগী লাপথোকক্লবসু ঐখোয়না তাবা ফংই মাইকতা ভক্তশিংনা শোলহৌবা — হরে-কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে, হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে।

অন্ধেরী ৱেষ্টত্তা লৈবা বসৱানীগী য়ুমদা ইবেনী ঐখোয়নি অয়ুক্তা চৎলুই। মহাককী য়ুমদু ঐখোয়না লৈরিবা মফমদুদগী ইরাপ লাপতনা লৈ। মহাক্না ঐখোয়নীবু তরান্না ওকই। মানা থবক তৌনা তৌনা ঐখোয়গা ৱারী শাই — বোম্বেগী, মানা থবক তৌবগী অমসুং অতৈ অতৈগী মতাংদা।

বসৱানীদি ঐগা চহী সেঙ্গানি। ময়ুম পান্দ্রে। মানা ফংবা তলবতগী তুংশিল্লগা মখোয় খর পুনশিন্নদুনা হরিদ্বাবদা আশ্রম অমা শেমগৎলি হায়। হয়েং মনা রিতার্য়াদ তৌরগা মফমদুদা লৈননবা।

মাগী য়ুমগী কাশিং ভাড়াদা শন্দোকই। মানা লৈরিবনা পীকথ্রবা কা অমদা। কা অদুদা ফমুং, চাকখুম, কোল ফেংফম, পোৎচৈ থমফম ওই। ফকলাংদা নপশিন্দুনা ফমুংদু থমই। মখাদা চাক থোংই। ফকলাংদা লৈরিবা সেলফতা কোললিক, পোৎচৈ নিংথিনা মওং চানা লোয়শিন্দুনা থমই। অমতা চাইথোকতে।

নীংশিংলকই — ঐখোয়না চাকখুমদা, তুমফমদা পোৎচৈ লাইরিক লাইশু ইচায় চাইথোক্নুনা থম্বদো। লমগী ভেল্যু খঙদবনা ওইবা য়াই নত্রগা য়ুমলৈ কৈরেগী মওংদা খেন্নবনসু ওইব্রসু খল্লি। মাগী ৱারীদগী খঙই মদুদি — মাগী মচে অমা জাপান্দা লৈ। মচেদুগী মচা অনী লৈ। অঙাংশিংদু অরিবা কোইন খোমজিনবগী হোবী লৈ। মখোয়দা থাবীনবনি হায়দুনা অরিবা শেল ময়েক খর পুথোরকই। ঐগী ইচাদা পীয়ু হায়দুনা কোইন খর-অমা পীরকই।

মাগা লোয়ননা ঐখোয় টেক্সী তোংদুনা কৈথেলদা চৎলে। পোৎচৈ খর লৈমিন্নরকই। গাড়ী মনুংদা মানা ৱারীলী — "বোম্বে সহর থুংনা কোয়বা ওইথোক্তে ঐখোয়না লাক্লিবা মওংদুদা। বোম্বেদি ফিলম ইন্দস্ত্রিগী য়াম্না মরুওইবা সেন্টরনি। ফিলম সুটিং মক্তা য়েংবদা নুমিৎ কয়ানি লৈবা য়ববনি। মতম খর শাংনা লৈরবদি অষ্ট ভিনায়াকম হায়না খঙনবা গনপতিগী মন্দির নিপাল, নাসিকতা লৈবা মন্দির ২০০০ রোম, জ্যোতি লিঙ্গ ৫, নাদেদনা

লৈবা সিখকী লাইখুরুমফম, সীরদীদা লৈবা সাইবাবাগী লাইনিংফম লোয়না য়ৌবা য়াবনি। লাইফমদা পরিক্রমা চৎনিংদ্রবসু ইতিহাসকী মমিং চৎপা মফম কয়া লৈরিবনি বোম্বেদা। চৎলুবা য়াই ঔরঙ্গবাদ, রাইগড় নচিংবা মফম।"

মহাক্কী ৱারী মখা চৈথে–

"অদু নত্রবসু মাথেরন, মহাবালেশরম, গরুগনী, খান্দালা, লোনা ভেলা নচিংবদা চীংগী এক্সকর্সন চৎপা য়াবনি। নত্রগনা সমুদ্র খোংবান কোয়বা য়াবনি। মহারাস্ত্রদদি লুনানথ্রবা কিলোমিটর ৭২০ শাংবা সমুদ্র খোংবান লৈবনি।"

অদুবু ঐখোয়না লাক্কিবা খোঙচৎ মতাদুনা বোম্বেদা কুইনা লৈথদুনা মুক্ষমশিং অদু কোইরুবগী খুদোংচাবদুদি ফংবা ঙমলকতরে।

তাং ৬/১/৮০ গী অহিংদা টেক্সী তোংদুনা য়ুমগীদমক যাত্রা তৌরকই। খরদং লম্বী চৎলকপদা অনকপদা সাইরেল খোঙবা অমা তাই। লানফমদা লৈবগুম মতম শাংনা হিংলক্লবা ঐখোয়নি। মখোলদু তাবদা পাখৎতুনা হংই টেক্সী ড্রাইভরদুদা – "করিগীনো অসিদি ?" "ফেক্তরীদা থবক শুবা মী শিন্নবগীনি।"

বোম্বেদদি নুমিদাং লৈতে। শিন্ন শিন্ননা অয়ুক, নুংথিল নুমিদাংদা থবক শুই হায় । নুমিদাংগী পুং ১১ তারবা মতমদুদসু মশিংথিবা ঙমদনা কার পরেং পরেং ফৎ ফৎ হায়গৎখি লম্বীদুদা। ঐখোয়গী লমদদি নুমিদাং পুং ৭ তা লম্বীদা মী চৎনদ্রবনি।

ভিক্তোরিয়া টারমিনস য়ৌরে। সেনট্রেল রেলৱে গী অরোইবা ষ্টেসননি। পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ফজবা চহি ২০০ শুরবা রেলৱে ষ্টেসননি মদু। ময়ামনা মদুবু ভিটি হায়না খঙনৈ।

চংফম গেট অদুদা নুংনা শাবা চাউরবা নোংশা অমা কৈ অমা লৈ। ময়ায়দুদা চোঙাবোন অমা মদুদা মৈরা পায়বা নুপীগী মুর্ত্তি অমা লৈ। মুম্বা দেবীগী মন্দিরদু মফম অদুদা হান্না লৈরমই হায়। পুক্লিংদা খুরুমজে মুম্বা দেবীবু ঐখোয়দা কৃপা পীবিনবা।



## ৩

বোম্বেগী পাউ তমলকপসিদা ঐনা অমুক হন্না মফমদুদা চৎলুবা খোঙচৎতু অমুক নীংশিংলকই। মদু খৃ: ১৯৮৬ দা ভক্তি বেদান্ত ইনষ্টিটিউটনা শীন্দুনা জানুৱারীগী তাং ৯-১২ ফাওবদা পাঙথোকখিবা ৱার্লদ কংগ্রেস ফোর দি সিনথেসিস অফ সাইন্স এন্দ রিলিজনদা শরুক য়াবা চৎলুবদুনি।

ৱার্লদ কংগ্রেস অদু ভক্তি বেদান্ত ইনষ্টিটিভট, ইসকননা শীনবনি। মদুগী চেয়ারমেন্না শ্রীভক্তি স্বরুপা দামুদর স্বামীনি। মহাক মনিপুরদা পোকপনি। কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দগী কেমিকেল ইঞ্জিনিয়ারিংদা মাষ্টর তৌরগা আমেরিকাগী কালিফোরনিয়া ইভনিভরসিতিদা পি ঐচ ডি তৌবনি। মতাং অদুদা মহাক গুরু এ সি ভক্তি বেদান্ত স্বামী প্রভুপাদগী শিষ্য ওইরকখি। কৃষ্ণ কনসসনেসকী ৱাখ ল্লালবু সাইটিফিক ওইবা মওংদা মীয়ামদা শন্দোক্লবা গুরুনা দামুদর স্বামীদা শিন্নরম্বনি। গুরুনা তাকপীরম্বদু পাঙথোক্লবগী মহাক্না ভক্তি বেদান্ত ইনষ্টিটিউটকী মখাদা প্রোগ্রাম প্রোজেক্ত কয়া লৌখৎলি। ৱার্লদ কংগ্রেস অদুসু মদুগী মনুং চনবনি। মদুদা পৃথিবী মফম কয়াদগী সাইন্টিষ্ট, ফিলোসোফর, ইউনিভরসিটি প্রোফেসর, এদুকেসনিষ্ট, সোসিয়েল ৱার্কর নচিংবা মীওই কয়ামরুমনা শরুক য়াই।

অহৌবা নুমিৎতা মনিপুরদগী চৎপা কলাকার শিংনা ঈশৈ শক্লুনা সভাদু হৌদোকই। হারভাদ ইউনিভরসিটিদা বাইওলোজিগী প্রোফেসর ওইরিবা নোভেল লোরেট জর্জ্জ ৱার্লদগী অহৌবা লেকচর অদু তাবদা সভাদু য়াওবা লাকপগী মহৈ য়াল্লে খনখি।




নোভেল লোরেট জর্জ্জ ৱার্ল্ডনা লেকচর পীবা

পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা ইউনিভরসিটিদগী লাকপা স্কোলার, একাদেমী সিয়ান শিংনা খন্ন নৈনবদুদা য়াওবা ফংবদু ওনথোকনা পুক্লিং লৌশিং ওইখি।

থোইদোক হেন্দোকনা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা ফাওখিবদি কিংস কোলেজ, লন্দনগী প্রোফেসর মোরিস এচ এফ ব্রিলকন্না দি নোবিলিটি ওফ দি সাইনটিফিক এন্টরপ্রাইজগী মরমদা ঙাংবা; হেলীন ইউনিভরসিটিগী প্রোফেসর হদসন স্মীথনা সাইন্স এন্দ রিলিজনগী মরমদা ঙাংবা; ইন্দিয়া গোভর্নমেন্টকী এদু কেসন মিনিষ্টর ওইরম্বা ডা: করনসিংহ না গীতাগী মতাংদা ঙাংবা; হারর্ভাদ ইউনিভরসিতিগী প্রেফেসর হারভে কোক্সনা " এ লভবস ক্যারেল : দি ষ্টোরী অফ রিলিজন এন্দ সাইন্স ইন দি ব্রেষ্ট" লেকচর খর অদুদি তশেংনা কাউঙমদে। অখঙ অহৈগী বুদ্ধিগী লাল অদুদা য়াওদুনা নুমিৎ মরিনিদু বোম্বেগী ভাইদাস হোলদা অয়াম্বা মতম লৈরে। অয়ুক্কী অমসুং নুমিদাংগী চাকলেনসু হোল মনাক অদুদা অদুম চারে।

অরোইবা নুমিৎ অদুদা এলিফেন্টা কেভ য়েংবা চৎলি ঐগা খোংবু ওইমিন্নরকপা ওজা মীনকেতন, ওজা নিলকান্ত, ওজা হরাইবম রনবীর লোয়ননা। কেভ অদু য়েংনবগীদমক ইন্দিয়া গেৎতগী মোটোরবোৎ তোংদুনা চৎলি। মী ময়াম তোংলবা হি মচাদুনা সমুদ্রগী ইথকপু নমথৎতুনা শাংখ্রবা ঈশিং লম্বীদু চৎপদা পুক্লিংদা অকিবা পোকই। পুং অমরোম চৎলবা তুংদা এলিফেন্টা কেভ যৌরে।

ইথৎ অদুদা চীং মচা অনীখক লৈ। সিড়িগী থাক থাকতু কাখৎলগা অহানবমক্তদা কেভগী মনুংদা ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরগী মুর্ত্তি অহুম পুনশিনবা শক্তম অমা চীংমায়দা হকতুনা লৈবদু থেংনৈ। থোংজিন্দা নুংনা হকতুনা শাবা শামুগী চাউরবা মুর্ত্তি অমা। গাইদ অদুনা ঐখোয়বু কেভকী তোঙান তোঙানবা মফমদা পুদুনা শিব পার্ব্বতীগী মুর্ত্তি অমসুং অতৈ অতৈ লাইগী মুর্ত্তি লৈরিবদু য়েংহল্লি।

গাইদ অদু মশক ফজখ্রবী, মশম শাংখ্রবী নুপী মচা অমনি। মহাকনা মখুৎতা পোইন্টর অমা পায়দুনা থিন থিন্দুনা তাকই। মহাক্না হায়বদি মদু ৮ শুবা সতাব্দীদা বুদ্ধিষ্ট পেরেদ লোয়শিল্লকপা মতম অদুরাইদা সাহেবশিংনা তৌথোক্তুনা য়েংবদা থেংনরকপা মন্দিরনি হায়।

মহৌশাগী খুৎশেমসি অঙকপনি। থুমহি চেনবা সমুদ্রগী ঈশিং মরক্তুদা লৈবা ইথৎ অদুগী ঈশিংদি থুমহি চেনদে। অদুনা মফমদুদা খুন্দাদুনা মী খরদি অদুম লৈ। নুমিৎ খুদিং মী

চা কয়ানা মফমদু য়েংবা লাকই। অদুনা মফম অদুদা পোৎথাশং, রেষ্টুরেন্ট, হোটেল, পোৎফম কয়া তোর্ব্বান নক্লা লৈ।

কেভ অদু য়েংলুরগা ঐখোয়না হোটেল অমদা চংদুনা চা থকতুনা ঙহাক পোৎথারে। কেভ অদুগী বেকগ্রাউন্দদা ফমদুনা ফেটো নমলে মফমদু নীংশিংনবা।




**এলিফেন্টা কেভতা : (১) শ্রী হৱাইবম রনবীর, (২) শ্রী অশাংবম মীনকেতন, (৩) শ্রীমতি যামিনী দেবী অমসুং (৪) শ্রী এলাংবম নিলকান্ত**

নুমিদাংৱাইরমদা অমুক হন্না মোটোরবোৎ তোংদুনা ইন্দিয়া গেৎ লোমদা মাইওল্লকই। সমুদ্রগী ইথক ইপোম মরক্তুদা হি মচা অদুনা লুফেৎ লুফেৎ হোল্লকই। মী পুবা ষ্টীমর অমসু অথাপ্পদগী এপোল্লো বন্দর তম্না হোজিল্লকই। সীগল হায়বা উচেকশিং খরসু সমুদ্র য়াইদা মচিঞ্জাক থিরুরবদগী মরানয়াই তম্না শাখপ তোয়রকই। নুমিৎ চুপ্পা অতিয়াদা শগোল খুরুপ থৌরুবদগী কোরৌহনবনা পোথারগে খন ময়াম্নু বিদায় পীরমগে মতানি। কোরৌহনবগী ঙঙ্গানবা মশেকনা সমুদ্র ইপাক ইয়ায়দুদা য়ৈররে। পুক্লিং শুমহৎলবা দৃশ্যদুদি পুন্সিসিদা কাউঙমদনা অদুম লৈরগনি।



# নবদ্বীপ ধামদা

অয়ুক অঙনবদা ঐখোয় নবদ্বীপ ধামদগী য়ুমলোমদা খোঙশানগদৌরিবনি। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবদা হৌগৎতুনা ঐখোয় পোৎচৈ য়োমশিল্লে। অহল অমনা হায়রকই –

"ঐখোয় পুন্নমক গঙ্গাস্নান তৌরগা চৎকদবনি।"

"অনু প্রভুগী ঘাটতি ঈশিংনা পুমথুম থুমগ্রে। ঈশিংনা খুল্লক য়ৌরে। অমোৎপা ঈশিংদা ইরুজদৌ শরুক গুহাগী ঈশিংনা অসিদা লুরসি" ঐনা হায়।

অমনা হৌদোরকই – "আদ্বৈত্য থোঙগী থোঙখাদদি গঙ্গাগী ঈচেল নীংথিনা চেল্লি। মদুদা নীংথিনা স্নান তৌবা য়াগনি।"

"অদুদি ফরে।"

ঐখোয়না লৈরিবা মফম অদুদগী মিটরমুক লাপ্পা চৎলগা আদ্বৈত্য থোঙদু লৈ। রিকসাদা মী অনী অনী তোংদুনা মফমদু য়ৌরে। গঙ্গাস্নান তৌনরি। গঙ্গা তুরেলগী ঈচেলদু য়াম্না কল্লি। ইরোইবা খর হৈবদগী ঐদি ঈচেল কল্লবসু খরখিৎ লুবা মফম ফাওবা চৎথদুনা ইরুজরে। ইপা ইপুগী তর্পন কৎলে। পাপ কোকলবোই নিংজরে।

ইরুজবা লোইদুনা মানা মানা পুরকপা পাত্রদা গঙ্গাজল শোক্তুনা য়ুমদা পুন্নবা তাঞ্জদুদা শেমশান্নরি অহল খরদি।

অহল অমনা-"যামিনী। নং ইরোইবা হৈবা নত্রা ? অদুনা খর লুনা কুমথরগা অরূবা ঈশিং শোকলকউ।" পাত্রদু পায়দুনা ঐনা থবাক য়ৌনা লুবা ঈশিংদা কুমথরে। ঈশিং শোককে তৌবমক্তদা ইনেমসি সনাতোম্বীনা লাউরকই – "নহাক জলগায়ত্রী মন্ত্র ফাবরনে ? জলগায়ত্রী মন্ত্র শোন্দনা শোকপা গঙ্গাজলদি করি কান্নগদগে ? পুজা লাংজাদা শীজিন্নবা য়ারোই।"

অহলশিংদু তান্নবা ঐনা লাওনা – "ওঁজলবিম্বায় বিদনহে বীষ্ণুরুপায় ধীমহী তনোজল প্রচোদয়াৎ" হায়রগা ঈশিংদু শোকই।

অহলশিংদুনা ঐঙোন্দা ওক্না য়েংলকই। ঐনা মন্ত্রদু শোল্লককনি হায়বা মখোয়না থাজরমদবা জাৎনি। ঐদি চৎলিবা খোঙবুদুগী মরক্তা খ্বাইদগী নহানি ! লাইগী মরমদা

মখোয়গুম্না য়ৌশিনবা মীসু নত্তে। মখোয়গী অশিন অরাং থৌদারোই ওইবদুনি ঐনা মরুওইনা তৌরিবদি।

অহল অমনা – "নংদনি হৈ ইবেম্মা শিনশুবসি।"

মদু থাগৎলিব্রা চৈরিব্রা হায়বা ঐ ভাব তাদে। মখোয়না ঐঙোন্দা চৈবা মতাংসু য়াম্না য়াওখ্রবনি।

ঐহাক মন্ত্রদুগী অর্থ খঙদে। অঙাং ওইরিঙৈদা ইমানা মন্ত্রদু তম্বীখিবনি। মন্ত্রদু থিরগা তুলশি চাইথনবগী ঈশিং হেক হেক শোকই ঐনা।

জলগায়ত্রীদা নত্তে রামতর্পন, গুরু মন্ত্রনচিংবা কয়াসু চিনফা পুই। অর্থ ইখং খঙবদি নত্তে। ঐনা খনখি মদুনা করিবু কান্নগবনো। অদুবু নুমিৎতুদা ঐগী মন্ত্রদু সিদ্ধা পাল্লে হায়না খনখি মরমদি ঐনা নুমিৎতুদা জলগায়ত্রী মন্ত্র ফারমদ্রবদবু ঐনা শোকলকপা গঙ্গাগী ঈশিংদু অরেম্বদা তারমগনি। অহলশিংদুনা ঐঙোন্দা কদায়দগী থাজবা থমলমগদগে।

থৌদোক অদু ঐখোয়না খৃ: ১৯৮৪ দা নবদ্বীপ ধামদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা থুপখিবগী চহি ১৮৬ শুবা নীংশিং থৌরম পাঙথোকপা চৎলুবদনি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী তিরোভাব পালন অসি চহী খুদিংগী মেরাগী হুমনি পানবদা রাসেশ্বরী পালা মরুপনা শীন্দুনা মফম হোংনা হোংনা হেক হেক পাঙথোকপনি। রাসেশ্বরী পালা মরুপনা থৌরম অদু পাঙথোকপগী মরমদি পালা অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মচাইবেম্মা লক্ষ্মীপ্যারীনা হৌদোকলম্বনি। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা শ্রী গোবিন্দ নিরুপন তৌরবা তুংদা রাসলীলা জগোয় নুমিৎ মঙানি কৎখিবনি। মদুদা মচাইবেম্মনা রাধিকাগী শক্তম লৌই হায়দুনা মহাকপু বীম্বাবতী মীংথোলখি। শ্রীগোবিন্দগী মফমদা শ্রদ্ধাভক্তি লৈজবী বীম্বাবতীনা তুংদা সিজ লাইরোইবী নত্রগা শজি লাইওংবী হায়না খঙনখি। মহাক্না মপাবুং মহারাজদা কাত্তো শাগৈগী নিংঙোলশিংগী ওইবা নুপী পালা অমা লিংখৎচগে হায়বদা য়াবীদুনা লিংখৎখিবনি। চহি খুদিংগী শ্রী গোবিন্দগী অভিষেক নুমিৎতা সিজ লাইরোইবীনা ঈশৈ হন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌরকই। মমাংঙৈদা পালা অসিগী থৌশিনদি নিংথৌগী মচা ইবেম্মশিংনা পুরম্বনি। হৌজিক্তি শ্রীশ্রী গোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা মরুপ হায়না মিংথোনবা রেজিষ্টর তৌরবা এসোসিয়েসন অমনা থৌশিল পুরে। খৃ: ১৯৭২ দগী হৌনা এসোসিয়েসন অসিনা শীন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক নীংশিং থৌরম অমসুং ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ লৈখিদবগী নীংশিং থৌরম পাঙথোক্তুনা লাকলি। অদুগা লোয়ন লোয়ননা এসোসিয়েসন অসিনা সেমিনার, কনফরেন্স তৌদুনা, জরনেল ফোঙদুনা মনিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিবু য়োকখৎনবা থৌরম কয়া পাঙথোকতুনা লাকপনি।

মনিপুরগী কলা সংস্কৃতিবু মনিপুরগী ৱাংমদা শন্দোকলুনবা পান্দমগী মখাদা সিজ লাইরোইবীনা সেবা চৎলম্বা অনুপ্রভুগী অগ্রদা ভাগ্যচন্দ্রগী ১৮৬ শুবা নীংশিং পালন পাঙথোকলুসি হায়না এসোসিয়েসন অসিগী মেম্বরশিংনা লেপ্পখি। অদুগী মতুংইন্না তাং ২৫/৯/৮৪ ইংদা মী ২০ না নবদ্বীপ ধামগীদমক এরোপ্লেন্না ইম্ফাল থাদোকই।

রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তনদা মমাংঙৈদদি নিংথৌনা পুঙ য়ৈদুনা পাঙথোকলম্বনি। নিংথৌ মচা মশু শিংতনা পুঙ য়ৈগদবনি হায়বসি লৈরীবনি। অদুনা পুঙ য়ৈবীনবা সনখ্যা রাজকুমার মনিস্না অমসুং রাজকুমার অচৌবীস্নাসু পুঙগা লোয়ননা চৎলীবনি।

ফনেক শেৎপী, চন্দন থিনবী মৈতৈলোন নত্তনা অতৈ লোল খঙদবী অহল ঙাকনি চৎলিবদু। মাংই শেংই, তৌহে তৌহেদে য়াম্না খায়বা লৈমশিজ ঙাকনি। ইনেমসি সনা তোম্বীনা অনুপ্রভুদা কৎনবা পুরকপা লৈ, তুলসি মনা, বর্ত্তিনচিংবা হাপ্পা পোলাংদু মীনা শোককনি হায়দুনা ৱাংনা থাঙৎলগা ফনেক-কৌনা তাখৎতুনা চৎলি। ঐনা লাউজে –

"ইনেমসি ! তৌরীদুবু"

ঐখোয়না চন্দনও চৱাও, পুঙ করতালও হাওরা ষ্টেসনগী মীগী সমুদ্র মরক্তুদা ট্রেনগী টিকেৎ ককলগা ট্রেন তোংনবা হোৎনৈ। মদুগীদমক ঐনা হুমাং জিরি জিরি চেন্না কোয়চেন চেন্দুনা তৌরিবদু অউবশিংনদি কুম্মৈ ওইরবজাৎনি। ট্রেনদা উচিন নাচিন্না কাদুনা ফম্লে। অদুগা মেম্বর অনী : ইচেবেম্মা ইবেতোম্বীগা, ইমাসি জানোম্মাগদি থিবা ফংদ্রে। ট্রেন থাগদৌরবা ঙহাক্তা ঙাইরবা মতমদুদা ঐহাক্না থৱায় ৱাখিবদো করম হায়না পাউদমলুনি ? থিমখৈ থিরগা মখোয়দি খা ভারতলোমদা চৎকদবা পোৎথাদুনা লৈবা ট্রেনদুগী কমপার্টমেন্ট অমদা নুংঙাইনা ফমদুনা লৈরমলে।



শ্রী অনুপ্রভুগী মান্দপতা রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন

ট্রেন থারে। মী চিনত্রবা মরক্তুদা পীকখ্রবা অঙাং অনী কাখৎলকই। অমনা নুংতেক অনীনা তান থারগা ঈশৈ শকই – "জাদুগর সৈয়া, ও মোরে ভৈয়া, হো গয়ী আন্ধী রাৎ, অব ঘড় জানেদো।" অমদুনা তালদুদা মশাদু নিকলদুনা জগোয় শাই। লোয়রগা মখুৎ তিংথোকই যাত্রীকশিংদুদা পৈশা পীযু হায়।

স্টেসনশিং মথং মথং য়ৌবদা চা, ক্কা, বিরি, মিঠাই য়োনবা, শান্নপোৎ, লীক, শমফাবী য়োনবশিং য়াম্না কারকই ট্রেনদুদা। য়াম্না নুংঙাইবা থৌদোক অমদি অগরবত্তী য়োনবা লাকপদুনি। মানা অগরবত্তী চবুন অমা মৈ চমদুনা মখুৎনা পয়। মদু ওনথোক্লা মনম নুংশিখ্রে। মানা লাউই পোৎতু শিৎনবা –

"অগরবত্তী সি লৈবীয়ু। মচৈ অমনা নুমিৎ চুপ্পা পুক্লিং মকা লামদুনা লৈহনগনি।" ঐখোয়গী পার্টিদু হুপচিন্দুনা মাগী পেকেৎ শিংদো লোইনা লৈহৌরে। য়ৌরগা লাই কৎনবা চুখৎপদদি মনম অমত্তসু য়াওরমদ্রে।



**নবদ্বীপ ধামদা লৈরিবা অনুপ্রভু মন্দির**

ঐখোয়না নবদ্বীপধাম য়ৌরগা শ্রী অনুপ্রভুগীদা থুংলে। মফমদু য়ৌবদা ময়ামদু য়াম্না হরাওনৈ। অপিকপা মনিপুর অমদা য়ৌবগুমলে হায়না ফোংদোকনৈ। শ্রীঅনুপ্রভুগী সেবাইট কমিটিগা মেম্বরশিংগা উন্নদুনা ভাগ্যচন্দ্রগী নীংশিং থৌরমদু পাঙথোক্লবা শিল্লে। মেরাগী হুমনি পানবা নুমিৎ তাং ২৪/৯/৮৪ ইংগী অয়ুক্তা গীতা পাঠ তৌদুনা সভাদু হৌদোকলবা তুংদা নুপা পালা সংকীর্ত্তন অমসুং রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন শরুই। অদুগী তুংদা মফম অদুগী অখণ্ড অহৈ কয়াগা লোয়ননা খন্ন নৈনবা সভা অমা পাঙথোকই। সিজলাইরোইবী বীম্বাবতীগী পুন্সি ৱারী, মানা হৌদোকপীরম্বা রাসেশ্বরী পালা, মহাক্না সেবা চৎলম্বা অনুপ্রভুগী ৱারী, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নবদ্বীপ ধামদা থমলম্বা খুদোল অসিনচিংবা ৱাফম কয়াবু খন্ন-নৈনখি।

খন্ন-নৈনবা সভা লোইরবা তুংদা ময়ামনা সংকীর্ত্তনগা লোয়ন্না গঙ্গাদা চৎতুনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী তর্পন কৎলুই। বার্ত্তন ফংদুনা লেংবীরকপশিং, খন্ন-নৈনবদা শরুক য়াবীবশিংগা লোয়ননা ঐখোয় পুন্নমক মহাপ্রসাদি ফংমিন্নে। ময়াম্না অসুম্না মোত ফোংদোকপীরকই – "শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নবদ্বীপতা থম্বীরম্বা কলা সংস্কৃতিগী মমি শানলকলবা মতম অসিদা রাসেশ্বরী পালা মরুপনা নৌনা ইনোৎ অমা হাপচিল্লে। অসিগুম্বা থৌরম অসি চহি খুদিংগী মফম অসিদা পাঙথোক্লবদি য়াম্না ফবা ওইগনি।"



# ২

খৃ: ১৯৮৬ তা অমুক ঐহাক শ্রীধাম নবদ্বীপতা চৎলি। মদু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী চহি ৫০০ শুবা মপোক কুমওন পালনগা মরী লৈননা চৎপনি। পালন্দুগীদমক মনিপুর ষ্টেট লেভেল কমিটিনা শীন্দুনা চহি অমা চুপ্পা প্রোগ্রাম পাঙথোকই। মরুওইবা প্রোগ্রামদি কনফরেন্স, সেমিনার তৌবা, লাইরিক ফোংবা, লাইরিক থিবা হায়বা ফাংনবা অসিনি। প্রোগ্রাম অসিগী শরুক অমা ওইনা নবদ্বীপতা শ্রী অনুপ্রভুগীদা চহি অদুগী মার্চকী তাং ১৭ অমসুং ১৮ দা কনফরেন্স অমা পাঙথোকনবা লেপনৈ। কনফরেন্স অদুদা শরুক য়ান্নবগীদমক মনিপুরদগী মী য়াম্না চৎলি। নট পালা, হোলি পালা, রাসলীলাগী গ্রুপ অমমম ষ্টেট লেভেল কমিটিনা থাই। ঐবু কনফরেন্স অদুগী মেনেজর ওইনা কমিটিনা থাবনি।

ঐহাক নোংমা ব্রাৎলিউঙেদা মফমদুদা থুংই। অনুপ্রভু সেবা কমিটিগী মেম্বরশিংগা মিটিং তৌরগা কনফরেন্স অদু প্রোগ্রাম অমা শেমদোকলগা নীংথিনা নুমিৎ নীনি চুপ্পা পাঙথোকই।

থৌরম পাঙথোক্কদবা নুমিৎকী অয়ুক্তা মনিপুরদগী টেলিগ্রাম অমা ফংই। মরোলদি— "থৌরমগী অথোইবা অতিথি ওইগদবা মনিপুরগী শিক্ষা মন্ত্রি শ্রী ইরেংবম তোমপোক সিংহ বিধান সভাগী মীফম লৈবনা য়ৌরকপা ঙম্নরোই"। মরু ওইবা অতিথি অমা য়াওদনা কনফরেন্স অদু করম্না পাঙথোকসিগে। মীচম অমনা শিক্ষা মন্ত্রিগী মহুৎ করম্না শিনগদগে হায়না থৌরমদু শিল্লিবা ঐঙোন্দদি ফন লুনা থোকখি।

পুক্লিংদা য়াম্না অৱাৎপা, নুংনাংবসু পোকই। করম্না কনাবু মরুওইবা মীথুং ওইহনবা তাবগে হায়না অনুপ্রভুগী সেবাইট ওইদুনা লৈরিবা সনখ্বা রাজকুমার টোকেন্দ্রজিৎ সিংহগা রা তান্নে। নুমিৎ অদুদা গৌরাঙ্গগী চহি ৫০০ শুবা পালনদু নবদ্বীপকী মফম খরদসু পাঙথোকপনিনা মরুওইবা মী অয়াম্বা মথৌ চিন্নে। ঐখোয়না পামলিবা মীওই অদুগুম্বা খুদক্তা ফংগদবা লৈত্রে হায়না সনখ্বানা ঐঙোন্দা তাকপীরকলে। ঐনা হংই –

"সনখ্বা ! নবদ্বীপ কনাষ্টিটুয়েনসীগী এম এল এ নত্রগা মন্ত্রি কদায়দা লৈবগে ?"

সনখ্বানা মফম তাকপীদুনা এম এল এ উন্নবা চৎলি। খুদক্তা বার্ত্তন তৌরগা করম্না মহাক্না য়ারক্কদগেসু খল্লি।

চৎলমদাইদা ঐনা অনুপ্রভুদা ওনশিন্দুনা খুরুমজরগা হায়জে –

"ইবুংঙো নংদি তৌগেদ ঙম্বনি। ননাই ঐখোয়না পাঙথোকচগে থৌরাংলিবসি মহৈ য়ালহনবীয়ু। করিগুম্বা এম এল এ না চিফ গেষ্ট ওইবীয়ু য়ারকত্রবদি – ইবুংঙো নংনা চিফ গেষ্ট নি হায়না ঐদি মীয়ামদা লাওথোকচগনি" অসুম্না ওইনজখি।

মতম অদু অয়ুক্কী ধুপ আরটি কৎপা মতমনি। অনুপ্রভুনা শংবান্নবা ফুরীৎ অচোনবা অমা, মুগাগী ফৈজোম অমা থোল্লগা, অমুবা শমলাংদুনা লেংপাক ফাওবা নীংথিনা থাদৈ। লেংজুমদা ফি অঙৌবা অমা য়াল্লি। দর্শন ফংবদা ওঙ্খোক্লা পুক্নিং শুমহৎপা নীংথিবা শক্তমনি। অনুপ্রভুদি নোংমদা ফিজোল অহুম মরীক হোংই। মনাই ভক্তশিংনা কৎচরবা ফিজোলশিংদু থোনবীদুনা ভক্তশিংগী অপাম্বা থুংহনবীবনি।

ঐখোয়গী খোংচৎ অদুদা য়াওরিবা ওজা শ্রী অশাংবম মীনিকেতন সিংহনা অসুম্না ৱারী লীবিখি –

"নখোয় খঙজিল্লু। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা নীরুপন তৌদুনা লাৎলিবা শ্রী গোবিন্দ, অসিদা লাৎলিবা শ্রী অনুপ্রভু দি জাগৃত ওইবা লাইনিনে।

শ্রী গোবিন্দনা বীম্বাবতী সিজ লাইরোইবীগী কাদা লেংশিন্দুনা লৈবা, মফম অদুদা চুরা বাঁশি হুন্দোকলম্বগী ৱাথোক, সেবা চৎলিবা ব্রাহ্মনশিংনা তোয়না থেংনবনি। অনুপ্রভুগী মমিং অমদি "বেঙ্গন চোর" কৌবনি। নোংমা মুসলমান নুপী অমনা মানা থাজবা খামেন পাম্বীদগী খামেন হেকলম্বা থেংনদুনা ফাগে হায়না তান্নরকখি। নুপা মচাদুনা মাগী ফৈজোম কুনজাদা খামেন অদু য়োমদুনা চেল্লকখি। মত্যকতু মন্দির মনুংদা চেনশিনখ্রে।

অহল ওইরবী নুপীদুনা ব্রাহ্মন সেবাবীদুদা ৱাকৎলে – "ঐগী খামেন হুরানবা নুপা মচা অমা মন্দির মনুংদা চেনশিনখ্রে। থোং হাংদোকউ য়েংগে।" সেবারীনা হায় –

" মদু করম্না ওইগদৌরিবনো" ? নুপীদুনা কন্না তকশিনবদুদা শাওনিংলদুনা সেবারীন লাইথোং হাংদোকলুই।

লাৎলিবা লাইগী ফৈজোম কুনজাদা হনুবীগী ইংখোলদগী হুরাল্লকপা খামেনশিংদু লৈরম্বা থেংনরে। সেবারীদু মিৎতগী পিরাং শিন্থনা দণ্ডবৎ কৎলে। হায়জে "অঙকপনি ইবুংঙো নংগী লিলাসে।"

ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা ওজানা নুংশিনা হায়বী –

"অদুননিনে ইবেমহল ! (ইমা পাবুংনা য়ুমদা ঐবু ইবেমহল্ল কৌই । ওজানসু ঐবু ইবেমহল কৌবী) অনুপ্রভুগী উসবগী মথেলদা নোংমগী শোয়দনা খামেন থোংবা অমা য়াওরিবসে ।"

ইকাই খুম্নফম ওইরবা মফমদুগী এম এল এ শ্রী দেবী প্রসাদ ধর্ম্ম কর্ম্মদা য়াম্না থাজবা অহল ওইরবা মীওইনি । ভক্তিগা লোয়ননা হায়জবদা বিধান সভাগী মীফম লৈদুনসু অচিনবা কায়থোকপীদুনা অয়ুক পুং ৯ তাবদা শ্রী অনুপ্রভুগী মান্দপতা য়ৌবীরকখি । মৈ চুখৎপীদুনা অমসুং ব্রা ঙাংবীদুনা কনফরেন্স অদু হৌদোকপীখি ।



**শ্রী দেবী প্রসাদ, নবদ্বিপকী এম এল এ না সভা হৌদোকপা**

অদুবু সভা হৌরমদাই অদুদদি অশিন অরাং ওইবা ঐহাক্তি ওনথোক্লা ব্রাবা নংখি । ঐনা শ্রীদেবীপ্রসাদ নবদ্বীপকী এম এল এ বু চিফ গেষ্ট ওইবীনবা হায়জরুরগা হল্লকপদা অনুপ্রভুগী গেষ্ট হাউসতা ঙরাং থুংলবা মীশিংদু অমত্তসু লৈরমদ্রে । মনিপুরদগী কনফরেন্স অদু য়াওনি হায়দুনা হব্রাগাড়ি মপোৎ তরুক লাকখিবনি । চীফ গেষ্ট থুংলগদবদি ঙহাক্তা ঙাইশিল্লক্রবনি । করম তৌনি অসিদি হায়দুনা ঐনা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনৈ। বস থাফমদুদা খোঙনা চৎলে । গেষ্ট হাউসকী কাশিংদা মথক্তা অমুক মখাদা অমুক চেনখৎ চেনথা তৌরে মী থিবা । হংলুবদা খঙলে-খরনা বাজারদা পোৎ লৈবা, খরনা কোয়বা, খরনা লাইখুরুম্বা, খরনা গঙ্গাস্নান মানা মানা অনিংবা মফমদা লোইনা চৎখিরমলে। কনানসু কনফরেন্সকী ব্রা খল্লমদ্রে ।

উচিন নাচিন্না অরেবা মী খর খোমজিন্নগা নবদ্বীপ ধামগী বার্ত্তন তৌখিবা মী খরগা খোমজিন্দুনা সভাদু হৌরে। তুংদা মথং মথং লাক্রদুনা অকোনবদদি সভাদু মপুং য়াম্না ফাখি।



**শ্রীমতি যামিনী দেবীনা ময়ামবু ওকপা**

ওজা মীনকেতননা সভাপতিনি কনফরেন্স অদুগী। মধু শর্ম্মা, সঙ্গীত বীসারতনা অমসুং মহাক্কী কাংবুগনা শৈহৌ ঈশৈ শকই। ঐনা ময়াম্বু তরাম্না ওকপগী ৱাহৈ খরদং সভাদা থম্লবা তুংদা ওজা শ্রী হৱাইবম রনবীর সিংহ – রিটায়ারদ আই এ এস, অমসুং ঐজ্ঞা শ্রী জি চন্দ্রকুমার শর্ম্মা, রিটায়ারদ আই এ এস অনীনা ভাষন পীদুনা শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎলি। হৌনবী মতুংইন্না প্রধান অতিথি, অমসুং সভাপতিনা ভাষন পীরবা তুংদা শ্রী ৱাহেংবম ইবোমচা সিংহ – অনুপ্রভু সেবা কমিটিগী মেম্বরনা থাগৎ ৱাহৈ ফোংদোকলে।

মথংদা রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন শকলগা, ময়াম পূন্না মহাপ্রসাদ ফংলে। নুংথিল পুং ৩ তাবদা অমুক প্রোগ্রাম মখা চৈথে। ঐজ্ঞা জাতিশ্বর শর্ম্মা ভাগবত আচর্য্য ব্যাকরন



**শ্রী জি চন্দ্রকুমার শর্ম্মানা ভাষন পীবা**

শাস্ত্রীনা শ্রীচৈতন্য লীলা ব্যাখান তৌদুনা প্রোগ্রামদু হৌই। শ্রীমধু শর্ম্মা, অমসুং মাগী কাংবুনা ভজন, কীর্ত্তন শকতুনা সভাদু লোয়শিল্লি।

মথংগী নুমিৎতা তাং ১৮/৩/৮৬ ইংগী অয়ুক পুং ৯ তাবদা অমুক শ্রীজাতিশ্বর শর্ম্মানা শ্রী চৈতন্য লীলা ব্যাখান তৌদুনা সভা হৌদোক্লগা শ্রীশ্রী বীজয় গোবিন্দগী পুঙৌ ফনেক শেৎপী সনা পালানা হোলি সংকীর্ত্তন শকই। নুংথিল পুং ৩ তাবদা শ্রী অশাংবম মীনকেতন সিংহনা সভাপতি ওইদুনা খন্নৈনবগী থৌরম অমা পাঙথোকই।



**শ্রী অশাংবম মীনকেতন সিংহনা সভাপতিগী ভাষন পীবা**

কনফরেন্সতা খন্ন নৈনখিবা বিষয়দি –

"রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মনিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিদা তমলম্বা খুদোল অমসুং শ্রীধাম নবদ্বীপ" অসিনি। খন্ন নৈনবদুদা শ্রী হুরাইবম রনবীর সিংহ শ্রী দয়াময় সিনহা – রিটায়াদ মেজর, শ্রী জি : চন্দ্রকুমার শর্ম্মা, শ্রী রাজকুমার টোকেন্দ্রজিৎ সিংহনা শরুক য়াই। শ্রী শ্যামচান্দ অমসুং মাগী কাংবুনা নুপা পালা সংকীর্ত্তন শক্লবা তুংদা শ্রীমতি থৌরানী শাবী অমসুং মাগী কাংবুনা জগোয় রাস কৎতুনা থৌরমদু লোয়শিল্লি।

নুমিৎ হুমনিদুদি অনুপ্রভুগী মন্দির, মান্দপ, মী থুংফম কাশিংদু মীনা পীক চোল্লি। ইরুজফম, লৈফমদু ওনথোকনা চিনখ্রে। মন্দিরগী ৱাংমদা লৈবা লম্পাক্কুদা অরাকপশিংগী য়েংনদুনা দুকান হোটেল য়াম্না ফমই মচি মচিদা। মেলা হায়দুমকনি। মীশিংদু মানা মানা

থোকপা চৎলি, লাকই, চৎলি। পোৎচৈ লৈনৈ। অনুপ্রভুগী সেবা কমিটিসু থৌ য়াম্না চিল্লি। মেম্বরশিংদুনা অরাকপশিং উন্নদুনা শেমগৎ শাগৎনবগীনি হায়দুনা তেংবাং লৌনবা কন্না হোৎনৈ।

ঐনা খল্লি-লাই খুরম্বা লাকপা মীদগী শেল লৌবা চৎনদবসি মনিপুরদতা ওইরমাল্লে। বস তোংদুনা লাকপা কাংবু খরদি বৃন্দাবন মথুরা, হরিদ্বার, জগন্নাথ ক্ষেত্র য়ৌনি হায়না চৎনখি। খরনা মফম অদুদা নোংমা নীনি চোম্বনা লৈহৌবসু য়াওই। ছুটি শাংনা ফংদবনা ঐহাকতি মদুদা শাংথনা লৈবগী খুদোংচাবা লৈখিদে। কনফরেন্স লোয়রগা মথংগী নুমিৎতা য়ুমদা হন্নবা ট্রেননা হাওরা ফাওবা লাকই। মথংগী নুমিৎতা এরোপ্লেননা য়ুম য়ৌরকখি।





খৃ: ১৯৮৯ দা অমুক ঐহাক নবদ্বীপধামদা য়ৌরকখি। মদু মুর্শীদাবাদকী জিয়াগনজদা লৈবা বড় গোবিন্দগী মন্দিরদা কলচরেল ফেষ্টিভেল অমা পাঙথোকপা চৎলুবা অদুগা মরী লৈননি। ফেষ্টিভেল অদু মনিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিদা চাউনা খুদোল তস্বীরম্বা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা লৈখিদবগী চহি ১৯১ শুবা নীংশিং কুমওনগা মরী লৈননা পাঙথোকপনি। মদু মনিপুরগী কলা সংস্কৃতিদু ওাকশেনবা অমসুং শন্দোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা রাসেশ্বরী পালা মরুপনা মনিপুরগী অর্টিস এন্দ কলচর বিভাগকা খুৎশম্নদুনা পাঙথোকপনি। ফেষ্টিভেল অদু পাঙথোকলুনবা মনিপুবদগী নুপী ৫০ অমসুং নুপা ১০ না শাবা টিম অমা তাং ২৭/৯/৮৯ ইংদা বসনা ইম্ফাল থাদোকই।

অশিন অরাং ওইগদবা রাসেশ্বরী পালাগী সেক্রেটরী ঐদি ছুটি শাংনা ফংদবনা এরোপ্লেননা অমসুং ট্রেননা মতেক মতেক চৎতুনা মফমদু য়ৌই। মদুগী খোঙচৎ অদু ঐঙোন্দা য়াম্না নিংশীংনিঙাই ওইখ্রে। মুর্শীদাবাদ হায়বা মফমদু ঐখোয় হান্না অমুক্তা চৎলুদ্রিবনি। চৎলমদাইদা ফন হংখোৎতুনা তৌরগা চৎপনি। ঐগা চৎমিন্নরিবনা রাজকুমারী মুখরা, এন. সরোজু, রাজকুমারী মাইপাকস্না অমসুং রাজকুমারী ইবেমপিশকস্নানি।

প্লেননা কলিকাতা য়ৌরে। সিয়ালদা ষ্টেসনদগী ট্রেন তোংদুনা চৎলে। মুর্শীদাবাদ হায়না থাবা ষ্টেসন অদুদা কুমথরে। রিকসানা টাউন মনুং ফাওবা চংশিল্লে। রিকসাৱালাদুদা ঐনা হায় – "খর থুনা থৌরো। জিয়াগনজদা লৈবা বড়গোবিন্দ মন্দির য়ৌগদবনি। থেংখ্রনি।"

"মফম অদুদি ঙসি য়ৌবা য়ারোই।" "করিগী?" "মফমদুদি য়াম্না লাপই। মদু য়ৌনা চৎনবা উপায় লৈরোই।"

ঐখোয় পাখৎনরে। নুমিৎ অদু মক্তদা ঐখোয়গা হান্না চৎখিবা কাংবুগা বড় গোবিন্দ মন্দিরদা উন্নবা লেপ্লখিবনি। উন্নবা ফংদ্রবদি ময়াম পুন্নমক মফম মরাং খঙনরোইদৌরিবনি।

রিকসাদু খামলে। ঐখোয় কুমথরে। চপচাবা অমা খঙনবা ট্রাফিক পুলিস অমদা চংশিন্দুনা হংলে। মানা হায়রকই –

"নখোয়না মফম অদুদা চৎকে হায়রবদি বেরহামপুর ষ্টেসন্দা কুমথরগা চংগদবনি। মফম অসি দি মাইল ৫০ হেন্দোরক্লে।"

"টেক্সী অমতং থৌরাং তৌবীয়ুদনা।"

"মফম অসিদা টেক্সী লৈতে।"

"বসতা চৎকে হায়রবদি করম্না কদাইদগী ওইবা য়াগনি ?"

বস অমা হোরেল নুমিদাংবাইরম পুং ৫ তাবদা মফমদু ফাওদুনা চৎকনি অদুসু মীনা পীক থন্না তোংলগা মফমসি য়ৌরককনি। নখোয়গী বেদীং, সুটকেশ ময়াম অসিগা মদুদা চৎপা য়ারোই।"

নুংশানা শারিবা, হুমাংনা শৌরিবা, ঐখোয় পুম্নমক তৌফম খঙদ্রে। ঐখোয়গী দশাদু খঙবিরবা রিকসাৱালা অমনা হৌদোরকই। "নখোয়বু রিক্সানা মফম অদু য়ৌনবা থিনবীগে ? লুপা ৫০। ৫০ পীয়ু"

"মদু করম্না ওইবা য়াগনি ?"

"ঐখোয় লম্বী অশন্বা খঙই। অশন্বা লম্বীদুদা রিকসানা চৎতুনা নখোয়বু নমিৎ তাদ্রিঙৈদা মফমদু য়ৌহনবা ঙমগনি।"

মদু নত্তনা অতৈ উপায় লৈতে খন্নরে। রিকসা অহুম নেকলে। অনীদনা মী ২। ২ অমদনা ঐগা পোৎময়ামগা। ঐগীদুনা মাং থাদুনা চৎলি।

ঐখোয়বু পুবা লম্বীদু হৌজিক নীংশিলুবদা শ্বায় শ্বায় লাওই। গঙ্গা তুরেলগী মপান্দা লৈবা খোঙ লম্বীনি। য়েৎ ওই নাকল অনীমক্তা মোংশোং ঙাক্তনি। মরক্তুদা রিক্সাদু চিংদুনা ফন শাংনা চৎলি। মরক্তুদা কনাগুম্বা অমনা পোৎচৈ মুনগে, হাৎকে, তুপকে থোরক্রবদা ঐখোয়বু কনবিনবা কনাসু লৈগদবা নত্রে। পুক্লিংদা মওল মওল খল্লি –

"রিকশাৱালাশিংদুনা নমথাক তৌদুনা ঐখোয়বু লম্বীসিদা পুরক্লিব্রা ? মখোয়বু বড় গোবিন্দ মন্দির হায়বদু খঙবজাৎলা ?"

ঈশ্বরনা কৃপা তৌবীদুনা ঐখোয়বু মফমদু য়ৌহনবীগনি হায়বসিদা থাজবা থমদুনা মখা চৎথরে। রিকসাৱালাদুবু থাগৎলদুনা ঐনা ৱারী মখল মখল লীদুনা চৎলি। রিকসাৱালাদুনা হিন্দি লোনবা হৈরম্বদু লাইবক ফবনি অতৈদি বাংলা লোল নত্তনা অতৈ খঙবা নত্তে। মানসু ৱারী য়াম্না লী।

ফন শাংনা ইনদুনা চৎলবা তুংদা রিকসাদু থৌদুনা চৎপা য়াবা মফম অমা য়ৌরে। খর শাফরে। লম্বী লমশাংদু চৎলকপদা ঐতিহাসিক ওইবা মফম কয়া থেংনৈ – নবাবশিংনা

মতম অমদা লৈরম্বা মহল্, দলাল, মুসলমানশিংগী দরগা, লোয়ননা হিন্দুগী লাইশং ফুরা দলাল খরসু। রিকসা ৱালাদুনা থিন থিন্দুনা তাকই – মসিনা অদুনি অসিনা অদুনি। পাক্লবা লম্পাক অমগী চিদায়দা নিংখায়রবা দলাল খরসু লৈহৌই। মতম অমদা মফম অদুদা মতিক মগুণ লৈরবা অঙম অথৌশিংনা লৈরম্বনি হায়না তেক কায়রবা দলালশিং অদুনা ঐখোয়দা পাউদমলকই। রিকসা ৱালাশিংগী মশাদু হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে। খর চৎলগা অচা অথক য়োনবা মফম অমা থেংনরে। ঙহাক পোৎথাসি হায়নরে। অচাপোৎ খর লৈদুনা চারে, ঈশিং থকলে। রিকসাৱালা শিংদুসু পিজরে। ঙহাক উরুমদা পোৎথানরে। মখা চৎথরে। ফন শাংনা চৎলে। নুমিৎসু তাশিল্লককদৌরে। মঙাল অদুসু মেংশিল্লকলে।

মথং মথং লান্দুনা লাক্লগা অখুবা লম্বী অমদা চংশিল্লক্লে। খল্লি কদায়দনোনে মখোয়না ঐখোয়বু পুরিসিবো ? অদুদগীদি খরদং চৎলগা কৈথেল মচা অমা য়ৌরে। কৈথেলদুগী মরক্তুদা ফনেক শেৎপী নুপী মরীমঙা লাপতকনা লিপৎ লিপৎ চৎপা উই। "কনা কনানোনেসিবো" হায়না খল্লুবনি। নকশিল্লকলগদি ওইরমলে মখোয়দু ঐখোয়গী হান্না চৎখৎখিবা কাংবু। ঐখোয়বু উবমক্তা ময়ামদুনা লাওরকই পুন্না "য়ৌরক্লে !, 'য়ৌরক্লে"। অতোপ্পা অহল অমনা "অসিনিনে ঈশ্বরগী কৃপা হায়বদো।"

জিয়াগনজগী কৈথেল মরক্তুদনি বড গোবিন্দ মন্দির লৈরিবদু। ঐখোয়না তারকখি – মনিপুরগী মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা পুন্সিগী অকোনবা শরুক্তা তীর্থ কোয়বা চৎখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী তত্ত্ব হেন্না খংনীংবদগী নরোত্তম ঠাকুরগী খোঙ্গুল লিখি। মদুগীদমক চৎপদা নবদ্বীপ, মুর্শীদাবাদ য়ৌখি। মফমদুদা নরোত্তম ঠাকুরগী শিষ্য গঙ্গনারায়ন চক্রবর্ত্তীদা দিক্ষা লৌই। গুরু প্রনামিকা ওইনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা গুরুগী লৈফমদুদা শ্রীরাধা গোবিন্দগী মন্দির, নাট্য মন্দিরনচিংবা কৎলমই। মহাক মশাসু শ্রীরাধাগোবিন্দগী সেবাদা য়াওখি। খৃ:১৭৯৮ গী কার্ত্তিকী (মেরাগী) পুর্ণিমা নুমিৎকী অহিংদা মুর্শীদাবাদকী গম্ভীলাপাট তা মনিপুরগী মহারাজ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা অরোইবা য়াহিপ তানখি। অসুম্না হায়নৈ –

"নরোত্তম ঠাকুরগী হকচাংনা গঙ্গাদা ষঙ্গোম ওন্দুনা তিনখি। মহাক্কীনি হায়দুনা শেম্বা চিতাদু মফম অদুদা গঙ্গা তোর্ব্বান্দা মতম কুইনা লৈহৌখি। চীতা অদুমক্তা ভাগ্যচন্দ্রগী হকচাংদু পোৎলোইখি।"

মফম অদুদনি রাসেশ্বরী পালা মরুপনা কলচরেল ফেষ্টিভেল পাঙথোক্লবা লাক্লিবদু। ভাগ্যচন্দ্রনা কৎলমই হায়রিবা লাইগী মন্দির, মান্দব, চেকপলদুদি লোয়না তেক কায়রে।

সেবা চৎলিবশিংদুনা মফমমদু নীংথিনা ঙাক শেন্দুনা থম্বা নত্রে। মৈ লৈতে, ঈশিং লৈতে, ঈরুমাইথজফম লৈবা নত্তে। নুমিদাং ওইশিল্লকলে। অদুক য়াম্বা মীশিংদু করম্না মফম অদুদা নুমিদাং লেকপা য়াগদগে খনবদা ঐহাক য়াম্না ৱাখি। কোয়চেল চেন, কোইহং হং তৌবদা অনকপদা দিগম্বর জৈন সমাজগী ধর্ম্মশালা অমা লৈ হায়বা খঙলে। দিগম্বর জৈন সমাজগী প্রেসিডেন্ট দিল্লীপ কুমার জৈনদি মতমদুদা জিয়াগনজদা লৈরমদে। মহাবীর প্রসাদ জৈন, সেক্রেটরীদু থিবদা নহা অমনা মতেং পাংবীরকখি। নহাদু মনিপুরদা মতম খর ফিগী কারবার তৌরমই হায়। মফম অদুদা মনিপুরবু খঙবীবা মী অমা থেংনবদু ওনথোকনা লাইবক ফবা ওইখি। মী অতে উন্নবদা মহাক্কী মতেংদু য়াম্না কান্নখি। সেক্রেটরীগী অয়াবা ফংদুনা ধর্ম্মশালা অদুদা লাক্লিবা নুপী ঐখোয় পুম্নমক নুমিদাংদুদা হোংজিল্লে। নুপা মখৈনা বড় গোবিন্দগী মফমদুদা লৈহৌরে।

ধর্ম্ম শালা অদু গঙ্গা তুরেলগী তোর্ব্বানদা শাবনি। কা ৩০ মুক লৈ। মায়কৈ অহুম চুথেক নাইনা কোয়শিল্লি। ময়ায়দুদনা অশংবা নাপী হৌবা লম্পাক লৈ। ঈশিং, এলেক্ট্রিক নীংথিনা লৈ। বাথরুম মরাং কায়না লৈ। ধর্ম্মশালাদু ঐখোয়গীদমক ঈশ্বরনা শেম্বীরম্বা স্বর্গ ওইরবোই খনখরে। পুক্লিংদা থাগৎলি জৈন সমাজবু, মখোয়না মীওইবগী কান্ননবা থবক লৌখৎপগীদমক। চৎলুবা মফম খুদিং থেংনৈ জৈন সমাজগী ধর্ম্মশালা।

মনিপুরীশিংগীসু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা খুমাং য়ানবীদুনা খোংদাফম অমা শেম্বীরমলবা বড় গোবিন্দ মন্দিরগী মফম অদুদা ৱেষ্ট বেঙ্গল সরকারগা হায়নদুনা গেষ্ট হাউস অমত্তংদসু সরকারনা শাবীবা য়াবনিকো খল্লকই।

কলচরেল ফেষ্টিভেলগী থৌরমদু পাওথোক্লবগীদমক লমদমদুগী মীওই কয়া উন্নে। মখোয়গা লোয়ননা ঐখোয়না লৈরিবা ধর্ম্মশালাদুদা মিটিং তৌদুনা খন্ননৈন্নরে। ঐখোয়না উন্নখিবা মরুওইবা মীওইশিংদি শ্রীপদসিং কোলেজগী প্রিনসিপাল শ্রীঅমৃত কুমার বিস্বাস, লেকচরর ডা: দেবীপ্রসাদ ভাটাচার্য্য, ডা: শ্রামল রায়, শ্রী অদিতি রঞ্জন দাস, অদিতি কুমার, জোটিরময় বেনর্জী, কংগ্রেস য়ুথ ফ্রন্টকী ধ্রব, হেদ মাষ্টর শ্রী অমীয় সিনহা রায়, ম্যুনিসিপালিটিগী চেয়ারমেন শ্রী প্রতাপ নারায়ন সিংহ, জিয়াগনজ কনষ্টিটুয়েনগী এম এল এ শ্রী বীরেন রায়, পোলিসকী অফিসার কম্যান্দিং শ্রীপ্রবীর রায়, বড় গোবিন্দ বাড়ীগী সেবাইট শ্রী গোবর্দ্ধন গোস্বামী, ছোট গোবিন্দ বাড়ীগী কুল পুরোহিত মহিমা রনজন গোস্বামীনি।



**শ্রীমতি ভক্তি ভট্টাচার্য্যনা শৈহৌ ঈশৈ শকপা**

ফেষ্টিভেলগী চৎথগদবা প্রোগ্রাম, শেমশাবা অমসুং চেকশিন থৌরাংনচীংবদু ময়ামদুগা খন্ন-নৈনরগা লেপলে। ...ং ২/১০/৮৯ ইংগী অয়ুক পুং ৯ তাবদা জিয়াগনজদা লৈবী ঈশৈগী কলাকার শ্রীমতি ভক্তি ভাট্টাচার্যানা শৈহৌ ঈশৈ শক্লুনা কনফরেন্স অদু হৌদোকই। জিয়াগনজগী এস.দি.ও. শ্রী কে পি দত্ত অমসুং শ্রী পদসিং কোলেজগী প্রোফেসর দেবী প্রসাদনা থৌরম অদুগী মথং শিংনা চিফগেষ্ট অমসুং প্রেসিদেন্ট ওইবীখি।

ঐখোয় চৎলিবা কাংবুদগী রাসেশ্বোরী পালা মরুপকী প্রেসিডেন্ট শ্রীমতি আর কে মুখরানা ময়াম্বু ওকপগী ৱারোল, সেক্রেটরী ওইরীবা ঐনা ফেষ্টিভেল অদুগী ৱাহৌদোক



**শ্রী কে পী দত্ত, এস দি ও, জিয়াগঞ্জনা ফেষ্টিভেলগী মৈ চুখৎপা**

পীরগা কনফরেন্সকী খন্ন-নৈনবদু চংথৈ। কলচরেল ইন্টিগ্রেসনগী তঙাইফদবা হায়বা হিরম অসিদা শ্রী অমৃত কুমার বিশ্বাস, প্রিনসিপালনা, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী পুন্সি অমসুং মানা কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা তমলম্বা খুদোল হায়বসিগী মতাংদা শ্রীরাজকুমার রতনম্না সিংহনা, মনিপুর অমসুং মুর্শীদাবাদ অনীগী মরক্তা লৈবা কলচরগী মরী হায়বসিগী মতাংদনা দেবীপুর হাইস্কুলগী হেদ মাষ্টর শ্রী অমিয় সিনহা রায়না মরিক চুন্বা ভাষন লীখি।



ডাঃ যামিনীনা ৱাহৌদোকপীবা

খন্ননৈনবা সভাদু লোইরবা তুংদা নুপা পালা সংকীর্ত্তন অমসুং রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন শকই। লোয়ননা শ্রী রাধা গেবিন্দদা, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র অমসুং মনিপুরগী নিংথৌরেল শিংগীদমক লুক ১০, পুজা অমসুং আরটিগা লোয়ন্না কৎলি। অদুগী তুংদা সভাদুদা শরুক য়াবীরবা পুন্নমককা লোয়ননা ঐখোয় পুন্নমক মহাপ্রসাদি ফংমিন্নখি। মতৌ অদুম্না রাসেশ্বরী পালা মরুপনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মফমদা শ্রদ্ধানজলি কৎলি।

কনফরেন্স অদুদা শরুক য়াবা লাকপা মীওই কয়ানা অসুম্না ফোংদোরকই —

"হৌজিককী মতমদা লৈবাককী তোঙান তোঙানবা মফমদা লৈবা মীশিংগী মরক্তা ভাব তান্নদবা নুংশিন্দবা, য়েংথিনবা য়াম্না হেনগৎলে। অসিগুম্বা মতম অসিদা রাসেশ্বরী পালা মরুপকী নুপীশিংনা মুর্শীদাবাদা লাক্লুনা ময়ামগা ৱারী ৱাতায় শান্নদুনা, খন্ন-নৈনদুনা,



**মুর্শীদাবাদকী বড় গোবিন্দ মন্দিরদা রাসেশ্বরী পালানা সংকীর্ত্তন শকপা**

সংস্কৃতিগী থৌরম পাঙথোক্লবা, চামিন থকমিন্না তৌরবা হায়বসি নেসনেল ইন্টিগ্রেসনগী চাউরবা থবক অমা পাঙথোকলবনি।"

ফেষ্টিভেল অদু পাঙথোক্লবগীদমক মফম অদুদা নুমিৎ হুমনি লৈ। লৈরিঙে মনুংদা লমতু শেংদোকই। মন্দিরগী সেবা তৌই। সন্ধার্তি সকই, ঐখোয়গা লোয়নরিবা ব্রাহ্মণনা লুক হৌদুনা লাইদা কৎলি। মফমদু ইরাং লাংই, ইনিল নিল্লি। য়াম্না পুক্লিং নুংশিরা মতাং



**রাসেশ্বরী পালাগী মেম্বরশিংনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী সমাধিদা লৈ কৎপা**

অমদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী সমাধি মফম অদু নাপী শিংনাংনা কুপশিন্দুনা ইমোৎ মোৎনা থেংনবদুনি। ঐখোয়না মফম অদু শেংদোকলগা ধুপ থাউমৈ লৈশু কৎলি। অঙকপা থৌদোক অমসু মফম অদুদা থেংনরকই। মদু ফেষ্টিভেল নুমিৎ তুদনি। চাও-শাংখ্রবা লীন অমা সমাধি মফম অদুদা থোরক্লগা ফৈদি কোন্দুনা লৈ। অহল খরদি ইবুধৌ পাখংবনা ঐখোয়বু আর্শীবাদ পীবিরবনি হায়দুনা পীবিগে হায়না লেংথোকপীরক্লবনি হায়দুনা চেং থোইদিং লৈ কৎশিল্লি, মমিৎতা মপী তানা খুরুমই। থৌরম হৌবদগী লৌইবা ফাওবা মফম অদুদা লেংদনা অদুম লৈ। নহা ওইবা ঐখোয় খরনা মদু মতা অমনি খনদুনা ফৌটো নম্লকই।

ফেষ্টিভেল অদু য়াওনি হায়দুনা কলিকাতাদগী দিল্লীপ কুমার গোষ কৌবা মীয়ায় ওইরবা নুপা অমা লাকই। মহাক্লা হায় "মনিপুরগা মুর্শীদাবাদকা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনৈ। মনিপুরগী অরোইবা নিংতম লান্দা য়াওখিবা, আন্দামান ইথৎতা জিলা খরচ থাবা, নিংথৌমচা খরদি মুর্শীদাবাদকী বেরামপুর জেলদা মতম খর লৈরমই। অদুনা মফম অসি মনিপুরীশিংগীদমক্তি তীর্থ মফম অমা ওইরবনি।"



**শ্রী রাজকুমার রতনস্নানা ভাষন পীবা**

মহাকনা "সর্পাসদ শ্রী গৌরাঙ্গ" কৌবা বাংলা লোন্দা রবীন রাহানা ইবা লাইরিক অমসু ঐখোয়দা পীরকই। লাইরিক অদুদা বড় গোবিন্দ মন্দিরদা লাৎলিবা সেনজেংগী গৌরাঙ্গ মুর্ত্তিদু মফমদুদা করম্না পুরকখিবনো হায়বদুগী মরম য়াওই হায়না মহাক্লা হায়রমই। রাসেশ্বরী পালা মরুপনা মুর্শীদবাদতা চৎতুনা ভাগ্যচন্দ্রগী নীংশিং থৌরম পাঙথোকলুবসি সংস্কৃতিগী তৎলবা লংলা অমা শমজিল্লবনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। মরমদি ঐখোয়না কনফরেন্স



**দিল্লীপকুমার রোয়না থৌরমদুদা ৱা ঙাংবা**

অদু ভাগ্যচন্দ্রনা মুর্শীদবাদতা থনম্না মনিপুরগী সংস্কৃতিগী মচাকশিং অমসুং কলচরেল এক্সচেনজগী মরমদনি মদুদা শরুক য়াবীয়ু হায়না মফম অদুগী অখণ্ড অহৈদা হায়জরুবদা মখোয়না হায় – "নখোয়না ঙসি ঐখোয়দা লিরিবা ৱারী অসি অমুকতা তাখিদ্রি। মরক মরক্তা মফম অসিদা মনিপুরীশিং লাকই। মখোয়না বড় গোবিন্দ খুরুম্লগা গঙ্গাস্নান তৌরগা হনখি। কলা সংস্কৃতিগী ৱাফম অসিদি ঐখোয়দা ইনৌ নৌনা থোকই।"

তশেংবমক মফম অদুদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ লাকলমই। মন্দির, মান্দব শাদুনা লাইদা কৎলমই হায়বনচিংবা অসিদি মীশিংনা কাওনখ্রবনি। মতাং অসিদা ছোট গোবিন্দ বাড়ীগী কুল পুরোহিত মহিমা রনজন গোস্বামীনা ৱারী লিরকই "বড় গোবিন্দ হায়না লৈরিবসিদি ভাগ্যচন্দ্রগা মরী লৈনদে। মতম অদুগী সেবাইট অদুগী মচানুপী অনীনি। মহাক্না লাৎপা রাধাগোবিন্দগী মুর্ত্তিদু মচানুপী অহলগীদা থা ৬ লাৎলি। মনাও নুপীগীদা থা ৬ লাৎলি। মচেনা লাইলাৎফমদুবু বড় গোবিন্দ বাড়ী হায়না খঙনৈ। মনাওনুপীগী লাইলাৎফম অসিবুনা ছোটো গোবিন্দ বাড়ী কৌবনি"।

মনিপুরগী সংস্কৃতিগী মচাক-ওইরিবা ভাগ্যচন্দ্রগী সমাধি মফম, ভাগ্যচন্দ্রগী মীং হংকপা নুংনচিংবদুনা মনিপুরগী আরকিওলোজিকেল দিপার্টমেন্টনা ঙাকশেন্দুনা থম্বগী তঙাইফদবদু নীংশিংহল্লি মখোয়না ফোংদোরকলকপা ৱাফমশিংদু তারুরগা।

মুর্শীদাবাদতা ফেষ্টিভেল পাঙথোকপা লোয়বগী নুমিদাংরাইদুদা ঐখোয়না নবদ্বীপ ধাম পাংলকই। মদু মথংগী নুমিৎতা শ্রী অনুপ্রভুগী মান্দবতা কনফরেন্সতু অমুক পাঙথোক্লবনি। চৎলমদাইদা ঐখোয়না ভাগ্যচন্দ্রগী সমাধি অদুদা অরোয়বা ওইনা খুরুম্বা চংলুই। মমৈদু ময়ানা চিকশিন্দুনা লীলদু মফম অদুদা লৈহৌরি।



মকোক্না মমৈ চিকশিন্দুনা লৈহৌবা লীল



# জগন্নাথ ক্ষেত্রদা

## ১

বিশ্বকর্ম্মনা মুর্ত্তিদু শাবা হৌগৎলন্নগা খুৎলায় ৱাৎলে লৌরুগে হায়না চৎখি। লোইশিন্দ্রিবা মুর্ত্তিদু কনানসু য়েংবা য়াদে হায়না নিংথৌদা শিন্নরমই। বিশ্বকর্ম্মনা হল্লকমন্দ্রবদুদা মুর্ত্তিদু করম তৌরিবগে খঙনিংদুনা নিংথৌ ইন্দ্রদুম্ন্য না য়েংথোকলুরে। বিশ্বকর্ম্ম লাক্লে। মহাক্লা মুর্ত্তিদা খুৎলায় থারুবদদি ঈ থোকলে। মথা চথবা য়াদ্রে। মুর্ত্তিদুনা ওইরিবা মওং অদুদা অদুম পুজা তৌদুনা লাৎলো হায়না বিশ্বকর্ম্মনা নিংথৌ ইন্দ্রদুম্নদা শিন্নরমই।

মদু মমিৎ লাওবা, মখোঙ মখুৎ পান্দবা, অথাপ্পদগী চেল্লকলগা শুজিলবগুম উবা, অকিবা অমসুং নুংশিবা অনীনা পুনবা মুর্ত্তিদুনি পুরীগী জগন্নাথ। সত্যম, শিবম সুন্দরম হায়বা ভগবানগী গুন অহুমবু মুর্ত্তি ওইনা – জগন্নাথ, বলভদ্র, সুভদ্রা ওইনা পুরীগী জগন্নাথ মন্দিরদা লাৎলি। মুর্ত্তিশিং অসি কলিযুগতা পাপী কয়াবু লানবীবা ঙমগদবা ভগবানগী শক্তমনি হায়না ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা খুরুমনৈ।

ৱারী সি ঐনা পিকলিঙৈদা ইমানা লীবিদুনা তাখি। পাবুংনসু লীবিখি জগবন্ধুগী নবকলেবরগী ৱারী-পুরীগী জগন্নাথ মন্দিরদা লাৎলিবা মুর্ত্তিশিং অসি দারু মুর্ত্তি (উনা শাবা) ওইবনা মতম কুইরক্লগা মনথরকপা, কেমথরকপা থোকই। মল্লবা মুর্ত্তিবু অনৌবা মুর্ত্তিনা অমুক অমুক শিন্দোকই। মসিবু নবকলেবর হায়না খঙনৈ। মসি ইঙেল থা অনী লৈবা চহি অদুদা পাঙথোকই। মসি পাঙথোক্লবগীদমক দৈত্য হায়না খঙনবা পান্দা গী মকোক অদুনা মঙ্গলাদেবীবু পুজা কৎতুনা মমঙদা তাকপীরম্বা অদুগী মতুং ইন্না লাইগী মুর্ত্তি শাগদবা উপাম্বী থিবা চৎলি। দৈত্যাশিংনা খুৎপু অহুম থোক্লা খায়দোকতুনা মায়কৈ মরী ফাংনা উরিষাগী উমংশিংদা উপাম্বী থিবা চৎলি। অঙৌবা মচুগী উপাম্বীদা শঙ্খ মঙাগী খুদম য়াওবা উপাম্বীনা বলভদ্রগী মুর্ত্তি শাই। শঙ্খ তরেৎ অমসুং চক্রগী খুদম য়াওবা উপালনা জগবন্ধু অদুগা শঙ্খ অহুম য়াওবনা সুভদ্রাগী মুর্ত্তি শাই।

উপাম্বীশিং অদু মশক খঙলবা তুংদা পুজা পাঠ কৎলগা সনা অমসুং লুপাগী শিংজংনা উগী মরাদা থাংফম হকই। অদুগী তুংদা য়োৎকী শিং জংনা য়াম্দুনা উশিংদু

ষনগাড়ীনা ক্ষেত্র তানা পুরকই। মন্দিরগী কোয়ল বৈকুণ্ঠ হায়না খঙনবা মফমদা পুশিল্লগা মুর্তি শাবা হৌই।

কৃষ্ণা চতুর্দশীগী অফবা পুংজাদা, মীচিক মীরাওখোল তদ্রবা অথেংবা অহিংদা দৈত্যপতিনা হান্নগী বিগ্রহদগী অনৌবা বিগ্রহদা ব্রহ্ম (আত্মা) লেংশিন্দুনা জীবনাথ তৌই। অদুগী তুংদা হান্নগী বিগ্রহদু সমাধি তৌই। নুমিৎ অদুদগী সুক্লা নবমী ফাওবা অনৌবা বিগ্রহ শিংদু অঙ্গরাগ তৌই। মতুংদা থাসি নুমিৎতগী যাত্রিকশিংদা দর্শন ফংহল্লি।

ব্রারীশিংসিনা ঐঙোন্দা জগবন্ধুগী মনাক্তা চৎনিংবা য়াম্না পোকহনখি। খৃ: ১৯৮৫ দা ঐনা জগবন্ধুগী নাক্তা অহানবা ওইনা চৎপগী খুদোংচাবা ফংখি। মদু ঐনা রিসার্চ প্রোজেক্ত অমগী দেতা খোমজিনবা ব্রার্ধাগী সেবা গ্রামদা চৎলুবা হল্লকপদনি। নাগপুরদগী হাওরা এক্সপ্রেস তোংদুনা লাকপনি।

অহিংগী অচিকপা থুগায়দুনা ট্রেনদুনা লাও খোংদুনা চেল্লি। ট্রেনগী কমপার্টিমেন্ট অদু ফন শাংই। অদুবু মীদি য়াম্না চিল্লি। টোইলেৎ মনাক, লগেজ মথক মীগী মী ঙাক্তা। নুমিদাং থেংজিল্লকলবদা পেসেনজরশিং পুম্নমক লোইনা তুমিন তুমিন লৈনম্রে। হিপ্পা য়াও, ফম্বা য়াও অমনা অমদা ঙাথুদুনা তুমনৈ। মীমরক খায়দুনা টি-টিনা টিকেৎ চেক তৌবা লাকই।

মিৎ ফাকলি ফাকলি ঐনা হংই –

"খরগপুর ষ্টেসন পুং কয়াদা য়ৌগনি ?"

"নোংয়াই মতুং পুং ২.৩০ দা থুংগনি"।

ঐনা খরগপুর য়ৌগদবা মতম খঙনিংলুবগী মরমদি তুমলিঁঙৈদা ষ্টেসন অদু নানথোকখিগদ্রা খনবদগীনি। পুরীদা চৎনবীগীদমক ঐনা তোংলকলিবা ট্রেন অদুদগী খরগপুরদা কুমথরগা হাওরাদগী থারকপা পুরী য়ৌনা চৎকদবা ট্রেন অদুদা য়াওগে খনবদগীনি। খরগপুর ষ্টেসন নানথোকখিবা য়াই নীংদুনা ঐহাক্তি মীৎশেং অদুম খাঙদুনা লৈরে।

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবদা খরগপুর ষ্টেসন্দা কুমথরে। মফমদুদা পুরী এক্সপ্রেস লাকপা অয়ুককী পুং ৭.৩০ তাবা ফাওবা ঙাইরে। ট্রেন তোংখৎলবদা অহিং

তুমলকতবগী অৱাবদু কাওখ্রে, মতম কুইনদগী নিংজরকপা মফমদু য়ৌগদৌরে খনবদা। জগন্নাথকী লৈফম পুরীদু উরিষাগী কোনুং ভুবনেশ্বরদগী খা পাংনা মাইল ৪০ মুক চৎলগা লৈ। য়ৌগদবা নকশিল্লকলবদা ট্রেনগী থোংনাওদগী উরকই জগবন্ধুগী মন্দিরগী মতোন্দা য়ুংলিবা চক্রদা মচু কয়াগী ফিরালনা নুংশিৎতা হায়না হুন্না জগোয় শারিবদু। পুরীগী ষ্টেসন য়ৌবদা মীওই খরনা চংশিল্লকই । ঐনা ফনেক শেৎপদুদা মখোয়না খঙবীরে ঐসি মনিপুরদগীনি হায়বা। মখোয়দু মনিপুরী পান্দানি হায়। মরোলদু ইখোয় খোয়না মৈতৈলোন্দা হায়

"ঐগী হোটেলদা লৈয়ু।"

অমনা অমুক –"ঐগীদা লৈয়ু।"

মখোয় ময়ামনা ঐবু মুন্নরে মখোয়গী মীথুংফমদা লৈহন্নবা।

মখোয়না হায়বা য়াদনা ঐহাক রিকসো অমদা তোংদুনা চৎলে। জগন্নাথ মন্দিরগী মখাথংবা সনথোং মনাক্তা লৈবা মনিপুরী আশ্রমদা থুংলে।

আশ্রমদুদা লৈরমই উরিপোককী ইমাসি মনিসিজ। ইমাসিসি উরিপোক্তা লৈবা ডা: ইবোতোনস্নাগী লোয়নবীনি। ইমাসিগী মচা ইবেমশিংগা ঐগা য়াম্না মুন্না খঙ্না তিন্নবনি। ইমাসিনা ঐবু তরাম-তরামনা তৌবী। তাকপীরকই-"ইবেম্মা ! নহাক হৌজিক য়ৌরকপসি নরাইবক য়াম্না ফরবনি। ঙসিসি স্নান যাত্রা নুমিৎনি। প্রভুনা খোঙনা লেংথোক্তুনা মন্দিরগী ৱাংমদা স্নান বেদী মফমদুদা লৈগনি। মফমদু য়ৌরগা অৱাং থংবা সনথোংদা লৈবা গুহাগী অশেংবা ঈশিংদু চফু ১০০ না শোক্তুনা দেবতা শিংদু চাইথগনি। স্নান তৌবা লোইরগা অনৌবা আভরন হোংগনি। মফমদুমকতা প্রসাদ ফংগনি। অদুগা অথেংবা অহিংদা অমুক হন্না খোঙনা মন্দিরদা লেঙশিল্লককনি। অদুদগীদি যাত্রিকশিংদা নুমিৎ ১৫ নি দর্শন ফংহল্লোই। রথ যাত্রাগীদমক জগবন্ধুনা শেম শান্নবা পোত্থাগদৌরিবনি। অদুনা ইবেম্মা। থুনা ইরুজথোকলো অদুগা প্রভুগী দর্শন ফংজহৌ।"

মন্দিরগী প্রাঙ্গন্দা তৌরমলিবদু অঙকপা সংসার অমনি। মীগী সমুদ্র মরক্তুদা পান্দাশিংনা মুর্ত্তি অহুমদু থৌরীনা চিংদুনা পুরমই। মদু ওইরমাল্লে ইমাসিনা হায়বা প্রভুনা খোঙনা লেংবা হায়বদো। পান্দাশিংনা কাংশি য়াম্না য়ৈ, হুমায় হুমই লাইগী থৌগল ওইনা। মরক মরক্তা মী খরনা থাং হাই, জগোয় শাই, হরিবোল লাওই।

মীনা কৃক কৃক ঈন্নে। চংবা লাকপা ঙম্বা নত্রে। মনিপুরী পান্দা অমনা ঐঙোন্দা হায় –

"লুপা কুন পীয়ু ঐ পুশিনবীগে।"

লাইগী দর্শন তৌগে, স্নান যাত্রাগী থৌরমদু নীংথিনা য়'ওগে হায়না নীংবনিনা মদু নত্তনা উপায় লৈতে খন্দুনা পৈশাদু পীরে। অদুগী তুংদা পান্দাদুনা ঐবু খুৎ পায়দুনা চিংলগা মীরক খাইদুনা চংই। লিঁচৈ পায়দুনা ঙাকলিবা, পৌ নমদুনা মী থৎলিবা দারোগাশিং অদুদা মহাক্লা উরিয়া লোন্দা করি করিনো হায়দুনা ঐবু পুশিল্লি।

লাইগী মুর্ত্তিশিংদু স্নান বেদীগী শিড়ি মনাক য়ৌরে। মশা নোয় চাউথ্রবা মুশিন মুবা পান্দা খরনা মুর্ত্তিশিংদু মনঙ্গননা ইনখৎলি। খরনা থৌরীনা পুন্দুনা চিংখৎলি। মখোয়গী মশাদু হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলি। য়াম্না ৱানা মখোয়না মুর্ত্তিশিংদু ফম্বাক য়ৌনবা হোৎনৈ। অমনা হায় –

"ইবুংঙোনা লেংনিংদ্রবদি ঐখোয়না ফন হোৎনদুনসু ফম্বাক য়ৌহনবা ঙম্বা নত্তে।"

মখোয়না পুং অমুক হোৎনরবা তুংদা মুর্ত্তিশিংদু ফম্বাক য়ৌখরে। আসন্দা লেংশিল্লে। মী খরদি ফম্বাকতু কারগা লাই খুরুমই। অয়াম্বনা অথাপ্পদগী খুৎ লোন্নদুনা খুরমই। শিড়ি অদুদা কারগা ঐনা লাইগী দর্শন ফংহনবগী খুদোংচাবা পীবা ঙমদ্রবা পান্দাদুনা মাগী থৌদাং পাঙথোক্লবা ঐবু নাকন্দগী কারক্লবা শিল্লি। ফমবাক অদুদগী মানা মখুৎ লামথরক্লগা ঐবু চিংখৎনবা খুৎ তিংথোক্লকউ হায়। অহল ওইরবা ময়াংসু কংথ্রবা পান্দাদুনা হেভী ৱোইট চেমপীয়ন ওইবা য়াবা ঐবু চিংখৎকনি হায়বদুদা ঐনা য়ারুবদুসু অঙকপনি। মানা খর চিংখৎলগা ঐহাক নানথরক্তুনা ফকলাংদুদা য়ান্দুনা ঙহাক লৈখি। মী খরনা চেনশিল্লক্তুনা চিংখৎপা য়াও, ইনখৎপা য়াও তৌদুনা ফম্বাকতু য়ৌবনি। মদু নৎলমদ্রবদবু ঐহাক ফমবাক অদুদগী তাদুনা মওং অমা চারমলোইদবনি।

লাইগী দর্শন তৌগে হায়না চংশিল্লুবদা লাই শেন্নরিবা পান্দাদুনা হায়

"লুপা ৫ পীয়ু"

"ঐবু পুশিনবীরিবা পান্দাদুনা লুপা মঙা চৎপী অহুম পুথোকতুনা ঐঙোন্দা পীরগা হায় –

"হোরেল হনজিল্লকউ"। ঐনা খুৎ লোন্নদুনা লাইদু খুরুম্বদা মহাক্লা হায়–।

"নরাইবকনা শোক্তুনা খুরুমহৌনে।"

দেবতাশিংদু লাইবক না শোক্তুনা খুরুমজবা মিকুপতুদা ঐঙোন্দা অপেনবা ফংজখি, অৱাবা পুন্নমক কাউখি। ঐনা আশ্রম তম্না হল্লকপদা থল্লকই – অসিদদি লাইশিং অসি শোক্লগা খুরুমহল্লি। অদুগা মনিপুরদদি লাইশিং শোক্তুনা খুরুম্বদি লাইরদুনা মন্দির ফাওবা কাবা য়াবা নত্তে! মসিগী মতাংদা ঐনা নোংমা সনসমগী ওজা গৌরহরিদা হংখি। ওজানা তাকপীরমই।

"ঈশ্বরবু নখোয়না পাক হেক ফংবা য়াব্রা ? শোকহনদনা লাৎলিবসিনা ঈশ্বরগী গুন হেনগৎহল্লিবনি।"

আশ্রমদা হল্লকলগা ইমাসিগা থোংথাক তৌদুনা চাক চামিন্নৈ। ৱারী মখল মখল শামিন্নৈ – জগবন্ধুগী, মন্দিরগী, সেবাগী, মনিপুরী আশ্রমগী মতাংদা। মফম অদুদা লৈরিবা আশ্রমগী মতাংদা ইমাসিনা লিবী –

"নপাবুং সনখ্বাবু (ডা: রাজকুমার ইবোতোনস্না সিংহ) পোকপা ইবুধৌ সনখ্বানা লৈখিদবা তুংদা নপাবুংগা ঐগা ভারতকী মরুওইবা তীর্থ শিংবু পরিক্রমা তৌরুই। ঐখোয়না জগন্নথ ক্ষেত্রসি য়ৌরকপদা লৈফম লৈতদুনা য়াম্না ৱাখি। যাত্রিক অতৈসু অৱাবা মায়োকনৈ। মনিপুরদগী লাকপশিংগী খুদোংচান্নবগীদমক মফম অসিগী মীগা হায়নদুনা আশ্রমগী য়ুমশি শাখিবনি"

"মদু করম্বা চহিদনো ইমাসি ?"

"ইংশোক ১৯৬৫ দনি ইবেম্মা"

"লম অসি মমল কয়া পিদুনা লৈবগে ?"

"আশ্রমগী বিলদিং অসিনা ঐখোয়না শাবনি। লম অসিদি হৌজিকসু মখোয়গীনি"

ইমাসিনা মখা চংথরকই-"মখাথংবা কাশিং অসিদনি ঐখোয়না অহানবদা শাবসি। মথক থংবা ময়োলগী কাশিং অসিদি তুংদা মনিপুরদগী মীওই কয়ানা মথং মথং হাপকৎলকপনি। ইমাদি মরক মরক্তা লাক্তুনা লৈরবনি। নংগী পাবুংনা লৈখিদ্রবা তুংদগীদি অয়াম্বা মতমদা মফমসিদা লৈরে। প্রভুগী সেবাগীদমক নোংমগী লৈশু খর কৎচবা, মাগী দর্শন ফংবা অসিনা ইমাগী অপেনবা ওইরে।"

পুক্কিংদা ইমাসিবু থাগৎলি। মৈতৈ লোন নত্তবা লোল অতৈ খঙদ্রবসু মফম অদুদা মী অতৈগা পাউ ফাওদোক্লদুনা মদোম আশ্রমদুদা লৈ। পোৎচৈ লৈরুরগা মদোম থোং থাকপা তৌই। মদোম লাই খুরুম্বা চৎলি অয়ুক অমসুং নুংথিলদা।

ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা ফাওখিবা অমদি ইমাসি মনিসিজগা আশ্রমদুগী থবক লোইথোক লোইশিন তৌদুনা লৈরিবী নুপী অহলদুগা লোয়নরিবা মওংদুনি। নুপীদু ইমাসিদগী খর হেন্না অহল ওইরে। মহাক্কী থবক লোইরগা ইমাসিগী মনাক্তা লাক্তুনা লৈমিন্নে, ৱারী শামিন্নে, অয়ুক্কী চা থকমিন্নে। নুপীদুবু ময়াম্না নানী কৌই, অবোক হায়বদুনী। মখোয় অনী লোল ফাওনবা নত্তে। ইমাসিনা মৈতৈলোন লোল্লি, নুপীদুনাউরিয়া লোর্ল ঙাংই। অদুবু মখোয় অনীদি পাউ অদুম ফাওনৈ।

অয়ুক্কী চা লোইরগা ইমাসিনা নানীগী চা গ্লাস অমা থমই। মাগী থবক ইনখাং লোইরবা মতুংদা মহাক ইমাসিগী কাদা লাকই। চা গিলাসতু লৌখৎলগা মচিন্দা চুপ্লগা হায়রকই খিত্তং শুগলপ তৌনা "থন্দা"।

ইমাসিনা "নানী! নানী!" হায়রগা মখুৎনা কোইরৈ লৈ।

মখোয় অনীনা ঙাংনরিবদু ঐ ভাব তাই। মানা হায়রিবনা চাদু ঈংলে অসিনি। ইমাসিনা হায়রিবনা ঐনা নানী নানী কৌদুনা কোইরৈ লৈনা নংবু কৌবনি। মখোয় অনী ৱা য়াম্না ঙাংনদে। ঈঙ্গিৎনা অয়াম্বা খঙনৈ।

নুংথিলসু মখোয় অনী ফমিন্নদুনা ৱারী হেক-হেক শামিন্নে।

ঐনা থুংলবা নুমিদাংদুদি জগবন্ধুগী মহাপ্রসাদি ফংসি হায়দুনা থোং থাকপা তৌদ্রে। নুমিদাং পুং ১০ তাবদা মহাপ্রসাদতু পান্দানা পুরকই চফুগী পাত্রদা। আশ্রমগী শুমাংদা লা থাদুনা য়েল্লি চাক, হৱায়, শাক খর। মহাপ্রসাদি ফংনিংবশিংদুনা শেল কৎতুনা প্রসাদিদু ফংই। জগবন্ধুগী প্রসাদকী মরমদা কুপ্না খঙনিংদুনা থিজিনবদগী খঙবদি নোংমদা জগবন্ধুদা কৎলিবা প্রসাদ অসি অয়ুককী পুং ৯ তাবদা চুজাক কবোক চুহি তোৎপা, লদু, য়ুবীনা শেম্বা অথুম অহাও, লফোই দহিনচিংবনি। মসিদি অয়ুকক্কী চরা ৱানবা ব্রেক ফাষ্ট হায়দুনী। পুং ১১ তাবদা রাজভোগ কৎলি। মসিদদি চাক, তল, হৱাই, মনা-মশীং গী ইনশাং, অমসুং অথুম্বগী মথেল মথেল কৎলি। যাত্রিক শিংগী দরকার অমসুং অপাম্বগী মতুংইন্না অনীরক অহুমলক কৎপসু য়াওই হায়। নুমিদাং কৎপা মথেলনা ঐখোয়না শুমাংদা মন্নাম চামিন্নরিবদুনি।

প্রসাদ ফংলবা তুংদা অহিংদা অমুক হন্না ঐহাক স্নান বেদী মফমদুদা চংলুই। দেবতাশিংদু গনেশকী ফিজোল থোন্দুনা লৈরমই। জগবন্ধুদি নোংমগী মনুংদা কয়ারক অমসুং খাতু হোংবগী মতুংইন্না অদুগা পর্ব্বদিন খুদিংদা চুনবা ফিজোল হোংই হায়।

নোংয়াইগী পুংজাদা দেবতাশিংদু অমুক হন্না হান্নগুম মন্দিরদা লেংশিল্লককনি হায়। মী চা কয়ানা মদুবু উজবা ফংনবা থেংলবা অহিংদুদা মন্দিরগী অকোয়বদুদা ঙাইদুনা লৈনহৌই। ঐগা লোয়নবা কনা য়াওদবনা থৌরমদু উদনা আশ্রমদা হল্লকখি।

মথংগী নুমিৎতা ইমাসিগা লোয়ননা রিকসা তোংদুনা পুরীদা জগবন্ধু মন্দিরগী মনাক্তা, অকোয়বদা লৈবা মন্দির মঠ, আশ্রমদা চংমিন্নে। ঐখোয়না চংলুবদি গুন্দিচা মন্দির, মঙ্গলামন্দির, লোকনাথ মন্দির, পণ্চ পান্দব ভবনচিংবা অসিন্দনি। টোটা গোপীনাথ মন্দিরগী শম্বলদা হৌরম্বা কেকটস পাম্বীদগী মচেৎ অমা হেকতুনা পুরকই। য়ুম য়ৌরগা মদু গমলাদা থাজিল্লি। হৌজিক্তি কেকটসতু মশা মরেং ফন্না হৌরে। মদুনা ঙসিসু জগবন্ধুগী লৈবাককী ৱারী লিরি ঐঙোন্দা তৎতনা।



পুরীগী গুন্দিচা মন্দির

নুংথিলদুদদি আশ্রমদা মনিপুরীগী যাত্রিক য়াম্না থুংলরে। বস অমদা পুন্না লাকপনি। নুপীশিংনা অয়াম্বনি। বস অমদা পুন্না তোংমিনরগা নুপীশিংনা ভারতকী তীর্থ মফম কয়াদা চৎপসি অফবা মওংনি খল্লি। শেলসু পংয়াম তিংদনা ময়াম তিন্নদুনা লমকোয়বগী খুদোংচাবসি লৈত্রিগৈঙদা লাইরিক লাইশু হৈজদবা অহল খর ট্রেন তোংদুনা বৃন্দাবন চৎপদা মাঙখি হায়না ইমাবোকনা তমখিবদু নীংশিংলকই।

খ্বাইদগী নুংঙাইবা অমদি মনিপুরদগী যাত্রিক থুংলরে তাবদা পোৎ য়োনবা মী ময়াম অমা আশ্রমদুদা থোমজিল্লকপদুনি। অপংবা ঐখোয় ময়ামদগী অশিংবা মখোয়দুনা শেন য়াম্না ফংহৌই। চরিক খঙদে, থরোই মকু খঙদে, কোললিক খঙদে, ফি খঙদে যাত্রিকশিংদুনা পংলৈদা লৈনৈ। মখোয়গী মরক্তা য়াওদুনা ঐসু দাহিনা বর্ত শঙ্খ মচা অমা লৈরকই, অঙাংগী শান্নপোৎ খরগা।

মথংগী নুমীৎতা য়ুমদা হন্নবগীদমক মনিপুরী আশ্রমগী পান্দাশিংগী মতেং লৌদুনা শেল য়াম্না পিদুনা টিকেৎ লৌরে। জগবন্ধু, বলভদ্র অমসুং সুভদ্রাদি স্নান যাত্রাগীদমক পোথাদুনা লৈহৌরে। দেবতাশিংদুনা মন্দিরদা ঙাম্থোইবদু দর্শন ফংবা ঙমলকতবা অদুগীদমক নিঙমদবা অমগা লোয়ননা য়ুমগী মায়কৈ পাংলকখি।



## ২

জগবন্ধুগী লৈবাক্তা কোয়বগী তানজা অমা অমুক খৃ: ১৯৯০ দা ফংখি। মদু ওরিষা অমসুং খা ভারতকী লমশিং খরদা এক্সকরসন চৎপা কাংবু অমগা লোয়নদুনা চৎপনি।

ওরিষাগী কোনুং ভুবনেশ্বর য়ৌবদা ঐদি ওরিষা ইউনিভরসিটি অফ এগ্রিকলচর এন্দ টেকনোলোজিগী নুপীমচাগী হোষ্টেলদা থুংই। নুমিৎতুদা মখোয়গী হোষ্টেলদুগী এনুয়েল ফংসন পাঙথোকলমই। মৈঙালনা ফজনা হোষ্টেলগী গেট, বিলদিংসু লৈতেংলমই। নিংথিনা ফজোল শেৎচারবা ছাত্রীশিংনা অরাকপা গেষ্টশিংবু অচা-অথক য়েনদুনা সেবা তৌরম্বদু থেংনরুই।

মনিপুরদগী নুপীমচা সুনীবালানা মমান্নবীশিংগা লোয়ননা ঐবু তরামনা ওকই। মানা মমান্নবীশিংদু অমমম ওইনা ঐঙোন্দা শক তাকই –

"মানা উদিয়া, মহাক্না বীনা, মানা বাবী মথং মথং মশক তাকলকই – শবনমনা আন্দামান নিকোবরদগী, ৱাসিনা শিংলোংদগী, ইফৎনা কাশমীরদগী, মীনানা কটকতদগী, পুসপীতানা মাদ্রাজদগীনি।"

"নখোয়গী হোষ্টেল অসিনা নেসনেল ইন্টিগ্রেসনগী খুদম ওইরেদনা"

ঐনা মখোয়দা হায়। ময়ামদু নোকই। পুসপীতা হায়বীদু মশা ইপা পারদুনা য়াম্না হৈশিংনা উই। মানা হায় –

"আনটি, ঐখোয়গী হৌজিক পাঙথোককদৌরিবা মেলোদি প্রোগ্রাম অসিদা য়াওবীয়ু"।

ইশাদি চোকথবনা লোয়রবনি অদুবু নুপীমচাশিংদুদা তৌবীমল খঙবা উৎতুনা মখোয়গী প্রোগ্রামদুগী ভাবোক ওইবা তাখি। মেলোদি প্রোগ্রামদু কটকতগী সঙ্গীত সরগম হায়বা পার্টিদুনা পাঙথোকপনি।

য়ৈরিবা ড্রমগী, ঝালগী মখোলদুনা নাকোংদি য়ৈশিল্লবনি অদুবু মখোয়নদি মেলোদি প্রোগ্রামনি হায়। মদুদা থৱায় য়াওবা উৎতুনা নোংয়াই মতুং পুং অমা তাবফাওদু ঐহাক মদুগী ভাবোক ওইখি। প্রোগ্রাম লোয়শিল্লবা তুংদুদা নুপী মচাশিংদু

মখোয় মশেল নুংঙাইবা ফোংদোক্লদুনা পুং ২ তাবা ফাওবা ৱারী শাদুনা লৈ। অদুগী তুংদা মখোয় নুংঙাইনা তুমখি অয়ুককী পুং ৮ ফাওবা। ঐদি পুং ৪ তাবা ফাওবা মীৎ ককলা অমা তুমথবা য়াদনা লৈখি। ঙনতানা অমুক হৌগৎলে। নহাগা অহলগা খেন্নবগী পারা অমা ঐহাক মদুদগী তম্লকখি।

উরিষাগী লমম্নিং তুমিং য়েংবা হৌরকপদা নীংশিলকখি ইতিহাসকী ৱারী। মমাংঙৈদদি ওরিষা লৈবাকসি কলিঙ্গদেশ কৌরম্লনি। খৃষ্টনা পোকত্রিঙৈগী মমাংদা মফম অসিদা কলিঙ্গগী লাল শোক্লখিবনি। লাল অদুদা জয় ওইদুনসু নিংথৌরেল অশোক্লা (২৭৩-২৩২ বি. সি.) মীশি মীনা অশোক অপন, শিনথরকপা ঈগী লৌখোং উবদগী মপুক্লিং ওনখি। অহিংসা নীতি চৎখি। ভগবান বুদ্ধগী পাউতাক লৌদুনা মীনুংশিগী লম্বীদা চৎখি। মীয়ামদা শনদোকখি -- বুদ্ধম শরনম গচছামি, ধর্মং শরনম গচছামি, সঙ্গম শরনম গচছামি।

ঙসি ঐখোয়না উরিবা উবিষাদি থায়নগী মতিক মগুণ অমসুং হৌজিক মতমগী বিজ্ঞানগী মতেংনা চাওখৎহল্লবা অনীগী পুনশিল্লবা শক্তমদুনি। মহৌশাদগী হৌনা ওরিষাদি কলা অমসুং সংস্কৃতিগীদমক মমিং চৎলিবনি। ঈশৈ, জগোয়, খুংশা হৈবগী পোৎথোক, নিংথিরবা মন্দির, মহৌশাগী উমং, হৈকোল লৈকোল পাক চাওবা সমুদ্রগী তোবর্বান অসিনচিংবা পুম্নমকী মতেংনা ওরিষানা লমকোয়বা মীশিংগী পুক্লিং শুমহৎতুনা লাক্লিবনি। ঐখোয়না থুংলরিবদুনা ওরিষাগী কোনুং ভুবনেশ্বরদনি।

খৃ: ১৯৫০ ফাওবদি কতকতা ওরিষাগী কোনুং ওইরম্লনি। ভুবনেশ্বরদি নীংথিনা প্লান তৌরগা শেমগৎপনিনা সহরগী লম্বীদু লৃ নাল্লি। লম্বীগী নাকল অনীদা লৈ শাৎপা অমসুং অশংবা উপাল হৈপাল থাদুনা ফজহল্লি। মথোল য়াম্না ৱাংনা শাবা বিলদিংদি ঈরৈ লৈতে। মীশিংদু ইচম চমই ! ঈশ্বরদা ভক্তি যাম্না লৈ '

ভুবনেশ্বরদা লৈরিবা গভরনরগী লৈফম রাজভবনদ্ ঐনা লৈরুব গার্লস হোষ্টেলদগী থোরকলগা, নীংতম লানমী ওইখিবা গোপোবন্ধুগী মুর্তি থিল্লিবা গোপোবন্ধু চৌক হায়না খংনবা অদুদগী খরদং মমাংপাংনা চৎলগা লৈরে।

রাজভবনগী কমপাউন্দদ্ ওনথোকনা পাক চাউখ্রে। ঐখোয লাকপদু ওক্লবা অশংবা রেশমনা থাদুনা থম্বগুম নীংল্লুই। অদুগদি ঈশিং চাইদুনা, মশায় ককতুনা থম্লবা তিংথৌ নাপী ওইরমলে। গেটতগীনা গভরনরগী ভবনদু যৌবফাওগী চংফম

লম্বীগী নাক য়েৎতা অশোক পাম্বীনা পরেং হৌরি। পাম্বীশিংদু মনিং তম্না ৱাংখৎচবা ঙম্বা নত্তে। মালিনা মশা ককতুনা মনা পুংনা থমই নেমপক নেমপক। কমপাউন্দগী মতায়দা হৌরিবা মঙ্গে পাম্বীশিংদু মহৈনা তেকথমখৈ পাল্লি। খর অমুক চংশিল্লগদি ফজ ফজরবা লৈ মখল কয়া গমলাদা শাৎহনবা থেংনরে। খুৎশেমনা মফমদুবু কয়াগী মতিক লূ নালহনবা, ফজহনবা ! ঐখোয় পুম্নমক দৃশ্যদুদা পুকনিং লুপশিন্দুনা ঙহাক লৈরুই। পুক্নিংদা শানতি ঙহাক্তি ফংলকই।



লিঙ্গরাজ মন্দির

ওরিষাদি মন্দিরগী লৈবাকনি হায়নবিবনি। মন্দিরশিংদু তোপ তোপ্পা ধর্ম্ম কয়াগা মরী লৈনবা য়াওই। মন্দিরশিংদু আরকিটেকচরগীদমক মমিং চৎলি। ভুবনেশ্বরমক্তদা মন্দির লিশিং তরেৎ লৈরম্বনি হায়। মদুগী মনুংদা তরাশুবা সতাব্দীগী মুক্তেশ্বর মন্দির, তরামথোয়শুবা সতাব্দীগী লিঙ্গরাজ মন্দির, তরানিথোয় শুবা সতাব্দীগী রাজারানী মন্দির, খৃ: ৬৫০ দা শাবা পারাসুরামেশ্বর মন্দির য়াওরি।

ঐখোয়না ভুবনেশ্বরদা লৈরিবঁদা য়েংনবা চৎলুবদি লিঙ্গরাজ মন্দিরনি। পুরীগী জগন্নাথ মন্দিরগী হেক মথংদা মমিং চৎপদি লিঙ্গরাজ মন্দিরসিনি। মন্দির অসিদি ভারতকী খ্বাইদগী ফজরবা মপুং ফারবা, লেমজনিংঙাই ওইরবনি। মন্দিরগী অৱাংবা ফুট ১৪৮ নি। সহর অদুগী অতৈ বিলাদিংদগী হেন্না রাংনা অথাপ্পদগী মন্দিরদু উবা

ফংই। মসিদা লাৎলিবা লাইদি স্বয়ম্ভ লিঙ্গ-তংখায় অমনা শিব, তংখায় অমনা বিষ্ণু ওইবনি। মন্দির অসিদা নীংথিনা হকতুনা শারবা হিন্দুগী দেবী দেবতা ঙম্নমক লৈ। মন্দির মনুংদা পিথ্রায়না শাবা চাওরবা লিল অমনা লিঙ্গদুবু খল্লদুনা লৈ।

ঐখোয়না মন্দিরদা চংগে তৌবমক্তদা পান্দাশিং চেনশিনল্লকই ঐখোয়গীদমক লাই খুরুমবীনবা। লাইদা কৎচনিংদুনা ঐনা মন্দিরগী থোঙ্গালদা য়োল্লিবা যুবী অখোকপা, লৈ, পরেং, মিঠায় লৈদুনা পুশিল্লি। পানদাদুনা খুৎতগী লৌখ্রে। মন্দির মনুংদা পুশিনখ্রে মানা কৎপিনবা। মন্ত্র শোনবীবগীনি লুপা ৫০ পীয়ু হায়ররে ঙহাক লৈরগা।

অনতরজামী ওইবনি মহাক্তি ঐখোয়না নীংজরিবদু খঙবীরবনি। মঙোন্দা কৎকে নীংথ্রবা পোৎনি। খুৎথাংদা কৎত্রবসু পুক্নিংদা খুরুমজরগা লোয়রে নীংদুনা পান্দানা হায়বা শেন্দু পীরমদনা থোরক্লে। মহাক্লদি ফন লাওহৌই।

মথংদা চৎলি ভুবনেশ্বরগী অৱাংথংবদা কিলোমিটর নিপালমুক চৎলগা লৈবা উদয়গীরি অমসুং খন্দগীরি হায়বা চীংমচা অনীদু য়েংবা। মদু ইতিহাসকী য়াম্না মরু ওইবা মফম অমনি। চীং অদুগী চীংমায়দু হুৎলগা কেভ (গুরুং) লৈ। ঐখোয়গী গাইদতুনা ৱারী লিদুনা তাকই –



**উদয়গীরীগী এলিফেন্ট কেভ (হাথী গুফা)**

"মসিদি যীশু খৃষ্টনা পোকত্রিঙৈ মমাংগীনি। মসিদা নিংথৌ মহারানীগী লৈফম ওইরমই।" মদু রানী গুফা হায়বদুনি। খুৎশা হৈবগী মতেংনা নীংথিনা হকখোৎতুনা শাবা মথোল অনী লৈবা অকোয়বা কমপ্লেক্স মফম অমনি।

হাথি গুফা হায়দুদি থোয়দোক্লা হকখোৎতুনা লৈবা উদে। অদুবু ফকলাংদুদা নিংথৌ খরবোলাগী পুন্সিগী থৌদোক কয়া ইশিন্দুনা লৈ। ইরিবদু চেদী নিংথৌ খরবোলানা নিংথৌ ওইদুনা পানবা হৌবদগী চহি ১৩ ফাওবগী মনুংদা থোকখিবা লাল অমসুং হিরম অতৈদা মায় পাকলকপদু রেকর্দে তৌশিনবনি। চৈথারোল কুম্বাবদা মনিপুরগী নিংথৌশিংগী ৱারোল ইশিনবা অদুগুম্বনি। তৌবতবু মদুদি নুংদা হকতুনা ইবনি।

খন্দগীরিগী শুরুংদা শেমদুনা হিন্দুগী অমসুং জৈনগী মন্দির অতৈসু লৈ। হিন্দুগী মন্দিরদা শিব দুর্গা গনেশকী মুর্ত্তি লৈবা উরকই। ভগবান বুদ্ধ, ভগবান মহাবীরগী মুর্ত্তিসু মন্দির অতৈদা লৈ।

ঐখোয়গী গাইদনা হায়– "চীংমচা অনীদুগী চীংমায় ককলগা শেম্বা শুরুং ৩৩ হৌজিকসু লৈরি।"

খান্দগীরিগী দৃশ্যাদুদি ওনথোক্লা পুক্নিং শুমহৎলি। ৱাংলা ৱাংলবা উপাল লক্তা অপিকপা পাম্বী কয়াসু চীংথক্তুদা হৌরি। মমায় মুবা, মমৈ য়াম্না শাংবা য়োংজাওশিংনা উগী মশা অমদগী অমদা চোংদুনা শান্নজে। থায়নগী ওইবা পোৎশক, মহৌশাগী ওইবা উপাল ৱাপাল, উচেক ৱায়া, খুৎশেমগী শেমগৎপা পোৎলম কয়া অদুনা আরাকপশিংগী পুক্নিং চিংশিল্লি।

লময়েংবা লাকপা মীশিংগী খুদোং চান্নবগীদমক আরকিওলোজিকেল বিভাগনা চীং অদু কাখৎনবা থাক শিড়ি শেমদুনা থমই। রিসার্চ তৌবা মীশিংনা খঙজিনবদা কান্নবা ৱারোল কয়া ইদুনা থেৎলি। উদয়গীরি চীংথকতুগী নোংচুপথংবা শরুকতা পারসনাথ মন্দির লৈ। মন্দির অদুগী শরুক খরদি নৌনা শাবনি। মদুদা ভগবান বুদ্ধগী নুংঙৌনা হকতুনা শাবা মুর্ত্তি লাৎহৌই। চীংদুগী মনিংথংবা শরুক্তনা ইফুৎ অমা লৈ। ইফুৎ কী ঈশিংদু অশেংবনি হায়দুনা মীশিংনা শোক্তুনা পুনখি। চীংগী চীংখোঙদা উঁহৈ ৱাহৈ, অচা অথক য়াম্না য়োল্লি। উরুমদা ঙহাক পোখারগা ঐখোয় গেষ্ট হাউসতা হল্লকই।

উরিষাদা লম কোয়বশিংনা শোয়দনা য়েংফম থোকলবা মফম অমদি ভুবনেশ্বরদগী কিলোমিটর ২০ রোম চংলগা লৈবা বাইওলোজিকেল পার্কতুনি, মদুগী মমিংনা নন্দ কানন। ওরিষা সরকারনা লমলককী শা-উচেক য়োক্লবা অমসুং লৈশু থান্নবা শেমগৎপনি হেক্তর ৪০০ গী লমদা। মফমদুদা রোয়েল টাইগর হায়না খঙনবা বেঙ্গল কৈ অমসুং অঙৌবা কৈ লৈহৌই। অঙৌবা কৈ লৈবগীদমক মফমদু থোইদোক হেন্দোক্লা মমিং চংলি। নোংশা লৈফমদু একর ৫০ পাকপা মফমনি। মদুদা নোংশাশিংনা মনিং তৌনা কোয়দুনা শান্নজৈ। নুমিৎ তারক্লগা মাগী মাগী লৈফম খাজিন্দুনা থল্লিবদুদা চংখি। মফমদুদা নোংশা ৩০ যুক লৈ হায় অদুবু ঐখোয়দি অনিদং অথাপ্পদা লৈবা উরকই। শা য়োকফম জু অদুদগী বোটানিকেল গারদেন অদুবু তোখায়হনবা চাউখ্রবা পাৎ অমসু লৈ। পাৎ অদুগী ঈশিংদু য়াম্না লূই। চাকা পানবা হি হোন্দুনা শান্নবগী খুদোংচাবা লৈ। নহাশিংদি পুল্লপ পুল্লপ হিদা তোংদুনা ঙহাক কোইরুই। ঐনা তোব্বান্দা ফমদুনা কুশ্মেদু য়েংহৌই।

ইদোম ফমদুনা নন্দন কাননগী নীংথিজবা ফজবা য়েংবদুদা পুক্লিংদা মঙল মঙল খল্লকই। মনিপুরগীসু ইরোইশেম্বদা জুওলোজিকেল গারদেন লৈহৌই। খেন্নবদি য়াম্না খৈন্নে। ওরিষা সরকারনা জুওলোজিকেল, বোটনিকেল গারদেন অদুবু স্বর্গগী নন্দন কান্ননগুম্না ফজনা থমই। পার্ককী মরক মরক্তুদা ফজরবা লৈশু শাৎহল্লি। অশোক পাম্বীনা পরেং পরেং হৌরি।

চংফম মক্তুদা খুৎশেমনা শাদুনা থল্লিবা ব্রাং চাউখ্রবা দাইনোশ্বরদুনা নন্দন কানন য়েংবা লাকপশিংদা পৃথীবীদা মাগী মুৎখ্রবা শাগেগী ব্রারী হেক হেক লিহৌই। শামু তোংদুনা পার্ক অদু কোয়বগী খুদোংচাবসু লৈ। অঙাংশিংগীদমকতা টোয় ট্রেন অমসু লৈ। মদু তোংদুনা অঙাংশিংনা পার্ক অদু কোয়বা য়াই। ট্রেনদু তোংবদা অঙাংগীনা লুপা ১ অহলগীনা লুপা ৩ দনি। মী ৩০ শুনা টিকেৎ ককত্রবদি ট্রেন থাদে হায়দুনা তোংবদি ফংলকতে।

মরুওইবা মহৈতমফমশং ওইরিবা রিজনেল কোলেজ অফ এডুকেশন অমসুং ইউনিভরসিটি য়েংলুই। শিন্দমশংশিংদুদা লৈরম্বা মনিপুরদগী ছাত্র ছাত্রিশিং উন্নদুনা ব্রারী ঙহাক শারকই।

* * * * * *

লম অমা কোয়বা চৎপদা পোৎচৈ লৈবা হায়বসিদি পুম্নমক্না তঙাইফদনা তৌনরিবনি। ঐখোয়না লংফৈ চৎপা মতমদা য়ুমগী অঙাংশিং, লৈকাইগী মরুপ মপাংশিংনা পোৎচৈ লৈরকউ হায়না তপ্পরিবনি। ভুবনেশ্বরগী বাজারদগী পোৎচৈ লৈননবা মতম খরদি কায়থোকপা তাখি। পোৎ লৈননবগীদমক্তা অমমম অনী অনী হৌনদুনা চৎনখি। ভুবনেশ্বরগী মরুওইবা শোপীং সেন্টরদি কেপিটেলগী কৈথেলদুনী। উরিষা গোভরমেন্টকী ইমপোরিয়ম অমসু লৈ। মদুদা ওরিষাগী হেন্দলুম অমসুং হেন্দিক্রাফটকী পোৎচৈশিং ফংই। অয়েকপা লাই, উনা অমসুং নুংনা হকতুনা শাবা লাইগী মুর্ত্তি, ধাতুনা শাবা খুৎশা হৈবগী পোৎথোক মদুদা য়োল্লি।

কৈথেলদা চৎপসি পোৎচৈ লৈবা ঙাক্তগীসু নত্রি। পোৎচৈশিংদু য়েংবসু নুংঙাইবা অমনি। মখল মখলগী লুপানা শাবা, অকে অমৌগী পোৎচৈ, উরিষাগী ফোক পেনটিং, মচু কয়ানা শেম্বা শাটিন, মাইখুম, ফকলাংদা থেৎনবা এপ্লিককী দিজাইননচিংবসি কৈথেলদুদা য়োল্লি। মানা মানা পাম্বা পোৎ লৈনরকই।

ওরিষাগী প্রোগ্রাম লোয়শিলবদা ঐগা লাকমিন্নবশিংদুদি খা-ভারত তা কন্যাকুমারী য়েংলুনি হায়না চৎখি। ছুটি শাংনা ফংদবনা ঐহাকতি য়ুমদা হলহৌবা তাখি। ভুবনেশ্বরদগী কলিকাতা ফাওবনা ট্রেননা, অদুগা কলিকাতাদগীনা ইম্ফাল ফাওবগীনা এরোপ্লেননা চৎনবগী শেমশারে। লাইবক ফবা হায়গদ্রা লাইবক থিবা হায়গদ্রা প্লেনগী টিকেৎ ফংদে। অদুনা নুমিৎ হুমনি ঐহাক ভুবনেশ্বরদা পনথবা তাখি। অহানবা খোঙচৎতা নিংঙমলক্তবদু থুংনবা নুমিৎ হুমনিদু পুরীদা লৈরুরগে খন্দুনা খোংশাল্লে।



# ৩

হন্দক্তি মনিপুরগী আশ্রমদা কনা অমতা লৈরমদ্রে। নহালমুক লাকপদা উন্নখিবা নানীদুদি লৈরমই। মাগা ঐগসু পাউ ইপাও ফাওনবা ঙমদে। মরমদি ঐহাক উরিষা লোল খঙদে। মানা উরিষা নত্তনা অতৈ লোন খঙদে। মথকথংবা মথোলগী কা অমা শোঁহাংদোক্কুনা ঐগী লৈফম পীরে। "হৌজিক্তি যাত্রিক লাকপা মতম নত্তে। ডিসেম্বর, জানুয়ারীদা যাত্রিকশিং য়াম্না লাই খুরুম্বা লাক্লে।" — মহাক্না হায়বদু ঐ ভাব তাই।

জগন্নাথ ক্ষেত্রদা টুরিষ্ট য়াম্না লাকপগী মরমদি জগবন্ধুগী মন্দির অমসুং সমুদ্র য়েংবা লাকপনি। হিন্দু নত্তবশিংদি জগবন্ধুগী মন্দিরদা চংহন্দে। অদুগা রথযাত্রা নুমিৎতদি ধর্ম্ম সমপ্রদায় খুদিংগী মী মদুদা শরুক য়াই। লাইখুরুম্বগীদমক নত্রবসু মন্দিরগী য়ুমশা মওং আরকিটেকচর নচিংবা থিজিনবা মী ... অমসু পুরীদা লাকই। ফোরেন টুরিষ্টশিংনা য়াম্না নুংঙাইজবদি পুরীগী সমুদ্র মপান্দা শোয়বদুনি।

পুরীগী সমুদ্রসি বে অফ বেঙ্গলনি। পুরীগী পাক চাওখবা ফজরবা সমুদ্র খোংবাল লে। ঙাংলৈনরবা লৈঙোইনা মাইল কয়া মরুম খোংবান্দুদা শন্দোকক্কুনা লৈখ্রি। সংবানরবা সমুদ্রগী ঈশিংবু ঈথকনা পুখৎলক্কুনা সমুদ্র খোংবান্দু ঙহাক লৈতনা চামথোকলি। তোর্ব্বানদুদা চান্নথক্লবা পোৎচৈ, সমুদ্রদগী ফংবা পোৎ চৈ, শান্নপোৎ



পুরীগী সমুদ্র তোর্ব্বানগী দৃশ্য অমা

য়োনবা মী য়াম্না লৈ। সমুদ্রদা ইরোইনিংবশিংবু নুংশিৎ হাল্লবা গাড়ীগী টিপ শীজিন্নদুনা ইরোইহনবা ঙাফাবা মী কাংবু অমসু লৈ। মীশিংবু ফোটো নমলগা খুদক্তা ফোটো পিবা কাংবুসু লৈ। লাকলিবা মীশিংগী অপাম্বা অনিংবা থুংহন্দুনা শেল ফংহৌনবা মখোয়না কন্না হোৎনৈ। মী খরনা ইরোইদুনা শান্নে। খরনা তোর্ব্বানদা ফমদুনা কুম্মৈ য়েংই। খরনা থরোই, কোঙ্গ্রেং খুনদুনা শান্নে। সমুদ্রগী কুম্মৈদি মখল কয়ানি।

হিন্দুশিংনদি সমুদ্রবু লাইনি হায়না নীংনৈ। সমুদ্রদা স্নান তৌরগা চেং থোইদিং লৈশু কৎতুনা তর্পন কৎলবদি লৈখিদবা মপা মপুগী আত্মাশিংনা পেল্লি হায়নৈ। পুরীগী সমুদ্র অসিবু মফমদুগী মীনদি মাহোদাধি হায়না কৌই। মী কয়ানা লৈশু চেং থোইদিং কৎনৈ। ঐনা অহানবা পুরীদা লাকপদুদা সমুদ্রদা স্নান তৌখি। হন্দক্তি ঐহাক মদু তৌদ্রে। তোর্ব্বান্দা ফমদুনা ময়ামনা তৌরিবা কুম্মৈদু য়েংদুনা লৈরে।

নীংশিংলকই ঐনা পণ্ডিচেরীগী সমুদ্র তোর্ব্বান্দা প্রভাবতীদেবীগা ফমদুনা ৱারী শাখিবদো। সমুদ্রগী শক্তমদি অহোংবা নাই হায়বদো ওনথোকনা চুমই। নহালমুক লাকপা মতমদদি সমুদ্রগী জ্বার কারকপদুনা তোর্ব্বান অদু য়ৌনা হাইগৎলকপনি। হন্দকতি ঈশিংগী ঈমায়দু য়াম্না হনথরমলে। নুংশাগী মৈশানা তোর্ব্বানগী লৈঙোইদুদা য়েবদা মফমদু য়াম্না শাগৎলকই। অদুনা সমুদ্রগী কুম্মৈদু য়েংদুনা কুইনা ফম্বা ঙমলক্তে। রিকসা অমা তোংদুনা আশ্রম তম্না লাকই।

লম্বীদুদা চাকনিবা চাকনিবী পরেং পরেং ফমদুনা লৈ। মমাংদা ফি মচেৎ অমমম তিংথোকই। পুকচেল চাউবা যাত্রিকশিংনা শেল অচোইবা খর, চেং খর মদুদা থাদবী। মখোয়না হিংলিবা পুন্সি মরেল অদু উবদা নুংঙাইতে। লাইগী লৈবাক অসিদসু অৱা অনংবা মী য়াম্না লৈরিকো খন্না খন্না আশ্রমদা য়ৌরকই।

হায়নৈ জগবন্ধুগী মঙ্গল আরটি য়াওবা ফংলবদি লাইবক ফৈ। মদুগী খুদোংচাবদু ফংনিংদুনা খুৎকি শাইন ঈঙ্গিৎ শীজিন্নদুনা পাউ ফাওনরে, নানীদুদা হায়জরে – "হয়েং অয়ুক অঙনবদা মঙ্গল আরটি খুরুম্বা খর চৎমিন্নসি"। মহাক্না য়াবীরে। মদুগীদমক ঐহাক অয়ুককী পুং ৩ তাবদা হৌগৎলে। আশ্রমগী গুহা লৈবদুদগী ঈশিং শোকৎতুনা ইরুজরে। চৎলসি হায়দুনা মখাগী কাদা লৈবা নানীগী থোঙ থিল্লুরে। অদুগদি মহাক্না য়াবীরক্ত্রে। অদুক ঙনবা অয়ুক্তুদা ইরু মাইথজদুনা মন্দিরদা চৎপদু অহল ওইরবদুদা ঙমদ্রমাল্লে। করম তৌসিগে ঙহাক খল্লবা তুংদা ঐ ইতোমতা মন্দিরদা চৎলে।

ঙরাং সন্ধ্যা মতমদদি মন্দিরদা মীনা পীক থন্না লৈহৌবনি । অদুবু অয়ুক অঙনবদুদদি কনা অমত্তসু লৈবা থেংনদ্রে । ৱাং চাউখ্রবা মন্দিরগী য়ুম্বী মখোঙ; মন্দিরগী মপান্দা লাৎপা মুর্ত্তিশিং তুমিন তুমিন লেপতুনা লৈরম্মী । সিড়ি মথং মথং কাখৎতুনা মন্দিরগী ফম্বাক য়ৌরে । মন্দির মনুংগী থোং লাওনা হাংদোক্তুনা লৈরম্মী । জগবন্ধু, বলভদ্র, সুভদ্রাগী মুর্ত্তিশিংদু অঙৌবা ফিজোলনা লৈতেংলমই । নাতোন্দা নাসিকা থোল্লি । খরা নকনা চংশিন্দুনা খুরুমজৈ ঐনা । শাথিরিবদি লাইমাংদুদা মরু শিং নান্না কোকলবা মশা মউ চাওখ্রবা নুপা অমগা, মখুৎতা লিঁচৈ পায়বা পুলিসকী ইউনিফোরম শেৎপা নুপা মরী মঙা থোঙ মনাক্তুদা উইদুনা লৈরম্মী । মী লাকপগী মখোল তাবদুনা মরু কোকপা নুপাদু মমিৎ পাঙথোরকই । মানা মখুৎনে মশানে পৈশা কৎলু হায় । ঐনা কিবোই করিবোই লুপা অমা থাদে । মানা লৌশিনখ্রে । লাই খুরুমবা লাকপা কনা অমত্তসু উদ্রবদুদা মফমদুদা ঐহাক কুইনা লৈথরমদ্রে । থুনমক আশ্রমদা হল্লকই ।

ঐগী কাগী শো হাংদোকলে । ফিরোল হোংদোকলে । থবক ইনখাং তৌনিংঙাইসু লৈতে । পানবা লাইরিকসু অমতা লৈতে । ৱারী ৱাতাই শামিন্নবা মীসু লৈতে । ফমুংদা অমুক হিপথরে । অদুম তুমথখ্রে ।

ওন্দোকপা মঙ অমা মঙই । লাইখুরুম্বনি হায়দুনা ঐহাক চৎলি । জঙ্গল গুম্বা মফম অমা য়ৌরে । খর চংশিন্দুনা য়েংবদা মন্দির অমা লৈরমই । মন্দিরগী শিড়িদু কাখৎলকপদা মকোয় মরাং চোম্বা মমিৎ লাওবা মরুকোকপা, মচিনবান্দা পানা কোদাং তৈবা, মঙক্তা শুগ্রীক পরেং শিবা নুপা অনী লৈরমই । অমনা হায় —

"ঐ পুশিনবীগে লাই খুরুম্বা, ঐঙোন্দা পৈশা পীয়ু ।" অমদুনা অমুক মা পুশিনবীগে মঙোন্দা পৈশা পীয়ু হায় ।

অদুদগী মখোয় অনী খৎনরক্লে । ঐগী শাগল নামা নামা লাক্তুনা মখোয় অনীনা কন্না চিংই । ঐঙোন্দা য়াম্না নাবা ফাওদুনা ঐনা কন্না লাওই ।

ঐ মীকপ থোকলে । ঐগী পাম্বোম নামা চারপায়গী অহোবদুদা চপতুনা লৈরমই ।

* * * * * *

অয়ুক পুং ৬ তাবদা অমুক মন্দিরদা চৎলি । মতমদুদদি মী য়াম্না লাক্লরে । মী খরনা ধর্ম্মগী লাইরিক পাদুনা লৈ । খরনা মচিন্দা মন্ত্র শোল্লি । খর অমনা ভজন, কীর্ত্তন তৌই । মানা মানা নীংজবদুদা মথৱায় লুপশিন্দুনা লৈনৈ । অমনা অমবু হন্না য়েংনদে ।

নাট মন্দিরদুদা জগবন্ধুগা মায়োক্লবদা লৈরিবা হনুমানগী ষ্টন্তা যুম্বীদুদা অরাকপশিংনা বর্ত্তি কৎলি। মন্দিরগী শুমাংদা কম্বী মচাদা ঘী অমসুং লশিংনা দোশী শেমদুনা য়োল্লিবদু অরাকপশিংনা মচাগী, মশুগী, মপা মমাগী ,মশাগী য়াইফবা নিজনবা মশীং ৫/১০ লৈদুনা পুশিল্লকই। মৈ চয়দুনা অমমম ওইনা আরটি কৎলি জগবন্ধুদা ওনশিন্দুনা অদুগা ষ্টন্ত মখোঙদুদা থমই। অদুনা ষ্টন্ত মখোঙদুদা অতৎপা লৈতনা বর্ত্তিশিং চাকতুনা লৈ।

অয়ুক পুং ৯ তাবদা ভোগ আরটি তৌগদবনি। মন্দিরগী মনুং থংবা লাইমাংদা চঙদুনা দর্শন তৌবা য়ানবা টিকেৎ অমা লুপা ৫ পীদুনা ককলে। পুং তাদ্রিনৈদুদা মন্দিরগী অকোয়বদা কোয়চৎ চৎতুনা মফমদুদা লৈরিবশিংদু ইদোম চৎতুনা য়েংই। মরু ওইবা মফমদি জগবন্ধুগী লৈকোল, লৈ লেংফম অসিনচিংবা অসিনি। য়েংগদবা মফমশিংদু চংবদা টিকেৎ লোয়না লৌই।

লুক হৌফম ভোগ মান্দপ অদু ঐনা য়েংনিংলুবগী মরমদি ঐনা তাখি-জগবন্ধুগী লুক হৌবদি চফু মরোল নিপাল মুল্লি। প্রেসর কুকরগী মতম অসিদসু চফু মরোল নিপাল লোম্নরগা থোংবদা অমুকতদা মুলহনবগী কান্নবা লৈ। মদুমক্তি হৌজিক্তি ওইরমদ্রে। জগবন্ধুগীদি থোংলিবমখৈদু লোয়না কৎশিল্লি। ঐখোয়গীসিদা লুক অমা, অহুম, মঙা হায়না চাকলুক শেম্নগা কৎপগুম কৎতে। থোংবা চফুদু ওইনা কৎশিল্লি। চাককী অমসুং ইন্নশাংগী মথেল য়াওবা চফুগী প্রসাদতু লৈদুনা য়াত্রিকশিংনা ফংবা য়াই।

আনন্দ বাজার হায়না খঙনবা জগবন্ধুগী প্রসাদ য়োনফম অদু নোংপোকথংবা হোজংগী অরাং মায়কৈদা লৈ। মদুদা অথুম অহাও, মিঠায় য়োনবা দুকানশিং লৈ। জগবন্ধুগী প্রসাদসু য়োল্লি। নুমিৎ কয়ানিগী চজিক ওইরবা তল হৱায়, চাকসু মচি মচিদা অদুম য়োল্লি। মদু জার্ম বেক্তেরিয়া য়াওরমগদবা মাল্লি। মখোয়নদি হায় — জগবন্ধুগী প্রসাদতি চজিক ওইদুনসু চাবদা লায়না পোক্তে। মদুমদি কদায়ফাও চুমবগে ঐ খঙবা ঙমদে।

জগবন্ধুগী অশাবা মুর্ত্তি মচা মচা, মোইবুং, লাইরিকনচিংবা য়োনবা দুকান অমা অনীসু আনন্দ বাজার মনাক্তুদা লৈ। মন্দিরগী মরমদা ইবা লাইরিক অমা লৈদুনা হল্লকই। লাইরিকতু পাবদগী মন্দিরগী, সেবাগী নিতী নিয়মগী মরম খর হেন্না খঙবা ঙমলকই।

নুংথিলদি আশ্রমদা ইতোমতা লৈবদু য়াম্না তনশিল্লকই। ঐদি ধ্যান তৌবা মুনিসু নত্তে। মীওইবা সমাজ মরক্তা লৈবা পাম্বা মীনি। মরুপ মপাং কনাশু য়াও দনা লমকোয়বা, লাই খুরুম্বা চৎপসি থোইনা নুংঙাইতে। নীংশিংলকই আলেজ্যান্দর সেলর্কাককী পুন্সিদো। মহাক্রা

হায়খিবদো "আই এম দি মোনাক অফ ওল আই সরভে" অচৌবা সম্রাজ্যগী নিংথৌরেল ওইদুনসু, লনথুম মরাং কায়না লৈদুনসু, মীওইবনা মীগী মরক্তা লৈত্রবদি নুংঙাইতে হায়বগী ৱাখল ফোংদোক্তুনা নীংথিরবা শৈরেংদা কবিনা ফোংদোকখিবদো।

নুংথিলদা ঙাহাক কৈথেলদা চৎলি। মন্দিরগী মনাক্তা শোরোককী নাকল অনীদা লৈরিবা কৈথেলদুদনি। কৈথেলদুদা দুকান মচা মচা লৈ। মদুদা য়োল্লিবদি মরু ওইনা উনা শাবা লাই, অয়েকপা লাই, লাই খুরুম্বদা শীজিন্নবা খুজাই, পুখম, কমন্দলু, সেমপাক, চন্দন, শিন্দুর, সঞ্চনচিংবা অসিনি। জগবন্ধুগী প্রসাদসু য়োল্লি। ফিরোল, কোললিক, মিঠাইসু য়োল্লি।



**জগবন্ধুগী রথ যাত্রাগী শক্তম অমা**

দুকান অচৌবদি কৈথেলদুদা লৈতে। দুকান অচৌবা শাদবগী মরমদি জগবন্ধুগী রথযাত্রাগীদমক লম্বীদু শৃৎ নানহনগদৌরিবনি। জগবন্ধুগী রথ যাত্রদদি সমপ্রদায় খুদিংগী মী লিশিং কয়ানা কুম্মে ওইনা য়েংবা মফমদুদা লাকলিবনি। জগন্নাথ, বলভদ্র, সুভদ্রা লাই অহুমবু তোঙান তোঙানবা রথ অহুমদা হাপতুনা গুন্দিচা মন্দির ফাওবা চিংগদবনি। নুমিৎ নিপালনি মফম অদুদা লৈরগা মাপলনিশুবা নুমিৎতা মন্দির তম্না কাংদু চিংশিল্লককদবনি।

ঐনা কৈথেলদা চৎপা অদুদা লম্বীগী মতায়দা চাউর চাউরবা উ বীম পৈহৌই। হংবদা মদু জগবন্ধুগী কাং শানবনি হায়

নুমিদাংব্রাইরম ওইরবদা, নুংশাগী মৈশা নেমথরক্কবা মতমদুদা ঐনা আশ্রমগী য়ুমথক্তুদা কাখৎলি। জগবন্ধুগী মন্দির মথক্তা তোংলিবা খুনু ময়াম, নিলচক্রদা য়ুংলিবা ফিরাল ময়াম্না পায়রিবা য়েংদুনা লৈ। ঙাহাকসু অঙাংশিংনা মাগী মাগী য়ুমথক্তা তেলঙ্গা পাইদুনা শান্নরিবদু য়েংই।

সন্ধ্যার্তি মতম য়ৌশিল্লকপদা মন্দিরদা অমুক চৎলে। মন্দিরগী তোঙান তোঙানবা লাইশং মচা লৈ। রাধা কৃষ্ণ, হনুমান, গনেশ, নরসিংহ, লক্ষ্মী দেবী, বিমলা দেবী, মহাদেব নচিংবা হিন্দুগী লাইশুনা লাৎলি। মী খরনা কমপাউন্দ মনুংদা হৌরিবা কলপবৃক্ষ মখোঙদা ভজন কীর্ত্তন শকলিবদু ঙহাক ফমদুনা তাই। সন্ধ্যা আরাটি কৎপা মতম ওইশিল্লক্লে। তাঞ্জাদুদা খা ভারত্তগী যাত্রিক ময়াম অমা মন্দিরদুদা থুংলৈ। মখোয়না গাইদ অমা নেক্কুনা তোঙান থোঙানবা মন্দিরগী মফমশিং তাকহল্লি। মখোয়গা লোয়ননা ঐসু মন্দিরগী মনুংদা লৈবা মিউজিয়মদু য়েংলুই।

মিউজিয়ম অদুদা আশাবা লাইগী মুর্ত্তিশিং লৈ। মুর্ত্তিশিংদু মিংশেল চন্দুনা থমই। মুর্ত্তিশিং অদুগী মতেংনা অয়েংবশিংদা মহাভারতকী ৱারী, বিষ্ণুগী অবতারনচিংবা খঙহল্লি। তোঙান তোঙানবা ফিজেৎ, লৈতেং থোনবা জগবন্ধুগী মুর্ত্তিসু মদুদা লৈ।

আশ্রমদা হল্লক্লে। তুমথগে হোৎনৈ য়াদে। জগবন্ধু মন্দিরগী চেকপল অৱাংদা মনিপুরী আশ্রমগী মনাক্তা চাওরবা মশা মরেং ফল্লবা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরি। মদুগী মখোঙদা সাধু অমনা রামচন্দ্র সিতাগী মুর্ত্তি লাৎলি। অয়ুক নুংথিল নুমিদাং লেপতনা পুং য়ৈদুনা করতাল খিংদুনা ঈশৈ শকই ভক্তশিংনা। নুমিদাং থেংল থেংলগা মখোলদু হেন্না হেন্না হৌনা তাই।

ফমুংদা থরো থরো ওন্না ঐনা খল্লি – "লাই লাৎলিবা কাংবুসিবু লৈবাক অসিদা থোকলিবা হাৎনশুনবগী ৱাথোক, মন্দল কমিশনগী ৱাথোকতগী মতোমতা আত্মাঘাট তৌদুনা শিজরিবা, নহারোল থবক ফংদবগী সমস্যাকাসি অমতা খন্দবজাৎলা ? লাই খুরুমবা লাকপা মীদগী পৈশা লৌহৌনবা মখোয়না তৌরিবা ফিগ্রীশিংসিবু লাইনা পেল্লিগদ্রা ?"

নুমিৎতু নবেম্বরগী তাং ২১ নি। নুমিৎতুগী পুং ১০ তাবদা পুরী থাদোককদৌরিবনি। চৎলমদাইদা জগবন্ধুগী দর্শন তৌগে খনদুনা ইরুজরগা মন্দিরদা চৎলি। ভক্ত কাংবু অমনা লাইমাংদুদা সংকীর্ত্তন তৌরমই। অরাকপা যাত্রিকশিংসু মদুদা য়াওশিল্লে। মফমদু মীনা পীক চোল্লে। তানজাদুদা মন্দিরগী থোং হাংদোরকই। মীয়ামদুনা লাইগী দর্শন ফংনবা মাংলোমদা হোৎচিল্লি।

কনানা শোল্লি হরিবোল, প্রভু, চিনতামনি, চাকাদোলা, শ্রীগোবিন্দ। মখুৎ থাংগৎতুনা জগোয় শাবসু য়াওই। ময়ামনা দর্শনগীদমক ইন্নবা অদুদা হনুবী অমদি তুদুনা ময়ামনা নেৎখায়বীখি। মন্দির ঙাকপা দারোগানা চিংথোক্তুনা মপান্দা হনুবীদু পুথোকখি।



# ৪

হায়নৈ ওরিষা য়েংগে হায়রবদি ভুবনেশ্বর, পুরী অমসুং কোর্নাক অহুমক চৎপা তাই। ভুবনেশ্বর, পুরীদা চৎলুরে অদুবু কোর্নাকতি য়ৌরুদ্রি। কোর্নাক্কী সুয্য মন্দির মমিং চৎলি।

থায়নগী ৱারী অমগী মতুংইন্নদি মন্দির অদু শ্রী কৃষ্ণ গী মচা সমবা হায়বসি মপাগী শাপনা কুষ্ঠি থুংবা ওইখি। মহাক্না চহি ১২ চুপ্পা ধ্যান তৌদুনা অৱাবা খাংদুনা খুরুমজবদগী সুর্য্যদেবনা মাগী অনাবদু ফহনখি। সুয্যদেববু ইকাই খুম্নবা উৎতুনা মন্দিরদু সমবানা শাখিবনি হায়।

ৱাবী অসি তাবদা কোর্নাকতা চৎনিংই। সুয্য মন্দির য়েংনিংই।

নীংবু নীংলবদি লাইনা তম্বা অমা লাকই হায়বদুনি। খৃ ১৯৯৩ দা কলিকাতাদা কনফরেন্স অমা যাওবা চৎলুবা মতাংদা কোর্নাক চৎপগী খুদোংচাবা অমা ফংখি। মদু অসুম্না তৌবনি — কনফরেন্স য়াওমিন্নবশিংনা হায —

"হন্দক্কী চহিগীদি কোর্নাক ফেষ্টিভেলদু ডিসেম্বরগী তাং ১ দগী ৫ ফাওবা পাঙথোককনি। অবোইবা নুমিৎতা মনিপুরী জগোয় উৎকনি।"

কোর্নাক, সুর্য্যমন্দির, ফেষ্টিভেল, মনিপুরী জগোয়, ভারতকী মমিং লৈরবা কলাকার পুন্না উনলবগী খুদোংচাবদ লাক হেক ফংবা ঙম্বা নত্তে খল্লে। কনফরেন্সতি নভেম্বর ৩০ দা লোয়দুনা ময়মদি হন্নখ্রে। ফেষ্টিভেল যাওরুরগে খনবা ঐদি ট্রেন তোংদুনা পুরী রোমদা চৎলে। আশ্রমদা ইমাসি লৈরমই। যাত্রিকশিংসু লাক্কুনা লৈরমই। নহালমুক লাকপদা ইতোমতা ঙাইবদগী হৈনদবা পুমচিক চিকপদু নত্রে। খঙনবা অমা অনীসু য়াওই। মানা মানা থোকপা চৎনখি সমুদ্র স্নানগী, পোৎচৈ লৈবগী, লাইখুরুম্বগী। মখোয়দু হৱাগাড়ী তোংদুনা অৱাং ভারতকী লাইফমশিং য়ৌরুবগা জগন্নাথপুরী য়ৌরকপনি। অহল খরদি নাদুনা লাইগী দর্শনসু, স্নানসু, কোয়বসু অমত্তা য়াওদনা হিপতুনা লৈ।

হন্দকতি ঐহাক জগবন্ধুগী মন্দিরগী মরম, আরকিটেকচরনচিংবগী মরমদা খরদং থিজিননিংদুনা মদুদা পুক্নিং চংলে দিসেম্বরগী তাং ৫ ঙাইবা ওইনা।

থায়নগী পুরানগী ৱারীদদি ময়ায় থংবা ভারততা লৈবা মালর লৈবাকক্কী নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্ননা জগবন্ধুগীদমক কিউবীক লিশিং অমা ৱাংবা অমা মন্দির ওইনা শারমই হায়।

ইতিহাসকী মতুংইন্নদি ৯ শুবা সতাব্দীদা নিংথৌ যযাতিনা মফম অসিমক্তদা জগবন্ধুগী মান্দির অমা শারমই অসিনি। মন্দির অদুনা তেক কাইখ্রবা মতুং ফন কুইনা লৈরগা ১২ শুবা সতাব্দীদা ওরিষাদা পাল্লন্বা গঙ্গা নিংথৌ শাগৈবু লিংখৎলম্বা নিংথৌ চোরগঙ্গাদেবনা হৌজিক লৈরিবা জগবন্ধুগী মন্দির অসি শারম্বনি হায়না থাজনৈ। স্কোলার খরগী মোৎ মতুংইন্নদি চোরগঙ্গাদেবনা মন্দিরসি শাবা হৌরমলগা মাগী মতুংদা পানবা নিংথৌ অনঙ্গভিমাদেবনা খৃ:১১২৪-২৫ দা লোয়শিল্লদুনা লাই লেংশিনবনি হায়।

হৌজিক লৈরিবা মন্দির অসিগী মরুওইবা শরুক মরী নি। (১) দিউলা, লাইলেংশিল্লিবা অশেংবা মফম (২) মুখশালা-মাঙ্গোল (৩) নাট-মন্দির (৪) ভোগ মান্দব অসিনি। দিউলাগা মুখশালাগদি ১২ শুবা (১৪৬১-১৪৯৫) দা, অদুগা ভোগ মন্দিরনা নিংথৌ প্রতাপরুদ্র দেবনা (১৪৯৫-১৫৩২) শাবনি হায়না খঙনৈ। জগবন্ধুগী মন্দির অসি মিটর ৬০ ৱাংই। পুরী সহর হেক চংশিল্লকপাদা মন্দিরগী ৱাংলবা চীং লেমলবা শক্ত মদু উবা ফংই।

খৃ: ১৯৮৫ দা অহানবা ওইনা ঐনা মফমসিদা লাক্লম্বদুদদি মন্দিরগী ফকলাংদু শৃৎ নান্না প্লাষ্টর তৌদুনা থম্বা মওংদু উই। হন্দক লাকপসিদদি ফকলাংগী শরুক খর নিংখায়রে। আরকিওলোজিকেল সরভে অফ ইন্দিয়ানা অকায়বদু শেজিন্নবগীনি হায়দুনা য়োৎনা খারা শাদুনা থল্লমবা থেংনৈ।

য়াম্না নুংঙাইরিবদি প্লাষ্টর তৌদুনা থল্লম্বা ফকলাং অদু নিংখায়রকপদা মনুংদুদা আরকিটেকচরগী অয়ৌবী থাক্তা শাবা লাই ময়াম অমা খিন্দুনা লৈরম্বা থেংনবদুনি। থিজিনবদগী খঙবদি সমুদ্রগী থুমহি চেনবা ঈশিং নুংশিৎকী শাফুনা মন্দিরদু থুনা তেকহন কায়হন্দনবা প্লাষ্টর তৌশিন্দুনা থম্বা ওইরমলে।

মন্দিরগী তেকলি কায়রিবদু অনৌবা শক্তম পীন্নবগীদমক হোৎনরিবদু ঐনা চৎতুনা য়েংলুই। মন্দিরগী ফকলাংদুদা খিন্দুনা লৈরিবা হিন্দুগী লাইয়াম পুম্নমক শুরে। বিষ্ণুগী অবতার য়াওরি। ইরাং পোকহনবা নুপা নুপীগী নকশিন্নবা শকতমশিং, হকতিন্নবা, মচা পোকপা, নুংশি-নুংওল উৎথোকপা অশাবা মুর্ত্তি ময়াম অমসু ফকলাংদুদা লৈ। মন্দিরগী নাকল অমদা লৈবা মুর্ত্তিশিংদু অতোপ্পা নাকল অমদসু চপমান্ননা লৈ।

লাইশিং অদু উরুবদা ঐনা খল্লুই – "লাইগী মন্দিরদবু চাওখৎতবা মুর্ত্তিশিংসি করিগী শাদুনা থেৎলিবনো ?"

পুক্লিংদা ইরাং হৌহনবা মুর্ত্তি শাদুনা মন্দির শাবদা হাপ্পদি জগবন্ধুগী মন্দিরদতা নত্তে। ভারতকী মফম অতৈ অতৈদা লৈরিবা হিন্দুগী মন্দির অয়াম্বদা লৈরিবনি। ভুবনেশ্বরগী লিঙ্গরাজ মন্দির, কোর্নাক্কী সুয্য মন্দির, অজনতা, খুজুবাহোগী মন্দিরনচিংবদসু অদুগুম্বা লাইশিং শাদুনা হকতুনা মন্দিরদা লৈরীবনি। অদু করিগীনো হায়বগী মতাংদা থিজিনবদা থিওরী কয়া লৈরমলে।

তান্ত্রিক ধম্মগী মতুংইন্নদি – মীওইবনা অরান খুভম ফংনবগীদমক পুক্লিংগী অপান্বা অনীংবা পুম্নমকতু ফোংদোক্লগা জগৎশেম্বা মপুগা অমতা ওইনা তিন্নশিনবা তাবনি।

অতোপ্পা থিওরী অমদি – উৎকল খন্দ, অগ্নীপুরান, বৃহৎ সংহিতাগী মতুংইন্না শাগৎপনি হায়। থিওরী অসিনা হায়রিবনা ফজরবা মন্দিরশিং শাদুনা বিষ্ণুদা নত্রগা শিবদা কৎথোকলবদা অগ্নী, ইন্দ্র, বরুন্নচিংবা লাইশিংনা কল্লকতুনা মাংহন তাকহনবা থোকহনদনবা উবদা ইকাইগদবা মুর্ত্তি শাদুনা থম্বনি।

অসি নত্তবা থিওরী অমনা অমুক-কামসুত্রদা য়াওরিবা মুর্ত্তিশিং অদু মন্দিরগী ফকলাংদা উৎথোকতুনা অউবশিংদা সেক্স এদুকেশন পিরিবনি হায়রি। নুপা নুপী অনীগী চান্নবা, নুংশি নুংওল উৎপা মুর্ত্তি অসিদি মঙ্গল ওইবা অমসুং মহৈ য়ানবা পুন্সিগী খুদম ফোংদোকপনি হায়না থাজনদুনা মন্দির অয়াম্বদা থেৎলি।

জগবন্ধু মন্দিরগী ফকলাংদা হকতুনা খিল্লিবা মুর্ত্তিশিংদু উরুরগা আশ্রমদা হল্লকই। ফমুংদা লোংনা হিপ্লগা অসুম খল্লি – ঈশ্বর নীংবা হায়বসিদি মীওইবগী পুন্সিগা তৎন থানবা য়াদবনি। মীওইবগী অৱা নুংঙাই, নুংশি নুংওল, মচা ধার পানবা অসিনচিংবা পুম্নমক অসি ঈশ্বর নীংবদসু দরকার ওই হায়বসি জগবন্ধুগী মন্দিরদা উৎলিবনি হায়না।

নুমিদাংৱাইরমগী মমলি মমলি তৌরকপা তানজাদা নহা অমনা মন্দিরগী মতোন য়ৌনা কাখৎলকপদু ঐনা আশ্রমগী য়ুমথক্তগী উই। মহাক্না নিলচক্রদগী হান্না কৎখ্রবা ফিরাল লৌথরগা নৌনা কৎগা ফিরালনা শিনজিল্লি। মন্দিরগী মতোন্দা লৈরিবা চক্রদু মখাদগী য়েংবদদি পিকনা উই। অদুবু চক্র অদুদি ফুট ৩৬ না কোনবনি, ৱাংবনা ফুট ১১ ইঞ্চি ৮ নি। সংবান্নবা মচু ওইবনা নিলচক্র হায়না খঙনবনি।

নিলচক্রদা ফিরাল থেৎপা কারক্লিবা নহাদু চুনার হায়না খঙনবা সেবাইট কাংবুগী মীনি। সেবাইট কাংবু অসিগী মীতনা সেবা অসি তৌই হায়। মহাক্না নিলচক্রদা মৈসু কৎলি। আশ্রমদা থুংলবা যাত্রিক অমনা হৌদোরকই –

"জগবন্ধুগী ফিরাল কৎপসিদি ওনথোকনা মহৈ চাওখ্রে হায়নরিবনি।"

"মসিবু কৎনিংবা মীনা কৎপা য়াব্রনে ?"

"এ: করিগী, য়াদনি ? "

মচাগী য়াইফবা পুরকপা হায়বসিদি মমা খুদিংগী অপাম্বনি। ইচাগী মঙ্গল নিজনীংদুনা ঐসু ফিরাল অমা কৎকে নীংলে।

ঐনা জগবন্ধুদা ফিরাল কৎপা মতাংদুগী নুংঙাইখ্রবা ৱারী অমা লৈরী। ফিরাল কৎপগী অকুপ্পা মরমগী মতাংদা আশ্রমগী মনিপুরী পান্দানা হায় –

"ফিরালদি খুদুপ ১ নত্রগা ৩ নত্রগা ৫ অসুম্না তুমা শুদবা মশিংদা কৎকদবনি। ফিরালগী মচুনা অঙৌবা নত্রগা অঙাংবা নত্রগা হঙ্গমমপাল মচুদমক য়াই। ফিরালগী ময়ায়দুদনা অতোপ্পা মচু অমগী ফিনা থা মচেৎ অমসুং থৱান মিচাক খর শেমই"

"খুদুপ ১১ গী ফিরাল অমা কৎপদা পৈশা কয়া চংগদগে ?" ঐনা হংই।

"লুপা ৩০০ চংগনি।"

সন্ধ্যা গৌরী মতমদা মন্দিরদা চৎলে। মন্দিরগী মফম কয়াদা সাইন বোর্ড থেৎলিবদুদা ইদুনা লৈবদু থেংনৈ –

"জগবন্ধুদা শেল কৎনিংবা, ফিরাল কৎনিংবা, প্রসাদ লৈনিংবশিং মফম অসিদা সেক্রেটরীগা উন্নবীয়ু।"

মফম অমদা চংদুনা থৌশিল পুরীবশিংদু উন্নরুরে। ঐনা হংই –

"জগবন্ধুদা খুদুপ ১১ গী ফিরাল অমা কৎনিংই মদুদা পৈশা কয়া চংগদগে ?"

"লুপা ১৬৫"

অতোপ্পা মফম অমদা অমুক চৎলে। মদুদনা লুপা ২০০ চংনি হায়রে। ঐ ভাব তারে মসিদি কারবার মখল অমনি হায়বা। নোংঙাল্লগা আশ্রমদা মনিপুরী পান্দাশিং উন্নরে। ঐনা ইপং পংনা হায়দোকলুরে –

"নখোয়গী নতেংনা ফিরাল কৎপা তোকপা তারে"। "করিগীনো" ?

"মমল য়ামদনা ফিরালদু কৎপা য়ারে"। "কদায়দনো ?" রিসিপততু উহল্লে। ঐনা অপংবা উথোকলুবগী দষা ঐনা নুমিদাংৱাইরমদুদা ফংজখি।

ফিরাল কৎকদবা ওহাক্তা ঙাইরবা মতমনি। রিসিপদু পুথোকতুনা উৎলবসু ফিরালদু পুথোকউ য়াদ্রে। অমদা হংই অমদা থৈদোকই। থৱায় নুংঙাইত্রে। নৈনরিঙৈদা ফিরাল কৎপা নংহৌদ্রে। অতৈ মীনা কৎপা ফিরাল পুখৎতুনা চুনারা শাগৈগী নহাদু নিলচক্র য়ৌখ্রে।

কোন্নথংদা খঙলে — মনিপুরী পুন্দাশিংনা লাক্কুনা ফিরালদু কৎপা য়ারোই হায়না থিংলমবননি। মথংগী নুমিৎতা মনিপুরী পান্দাশিংগা ৱাফংনরে। ফিরাল কৎতবা তারে। ঐনা ইমাসি মনিশিজন্দা ফিরালগী ৱারী, পান্দশিংগী নমথাক, নমদুনা যাত্রিক শিংদগী শেল লৌনবা মখোয়গী পোৎথি পোরম অদুগী ৱাদু তমই। ইতপ তপ্পা ইমাসিনদি হায়রকই —

"ইবেম্মা প্রভুদি মাগী পান্দাবু লুনা তৌবনি। মখোয়না হায়রিবমখৈ, তৌরিবখৈ ইবুংঙোনা য়াবনি"

"ইমাসি ঐদি মখোয়গী মতৌসিদা ফিরাল কৎপদু তোক্লনি হায়রমলে"

"এ: ইবেম্মা লাইদা কৎকে নীংখ্রগা কৎতবদি তৌহৈদে।"

পুক্লিংদা চিংনবা অমা পোকলকই। ফিরালদু কৎপদা তাখি। খুদুপ ১১ গী অঙৌবা ফিরাল অমা মনিপুরী পান্দাশিংবু শেমহন্দুনা সন্ধ্যা মতমদুদা লাইদা কৎলে। ফিরালদুনা মন্দিরগী মতোন্দা নীলচক্রদুদা ফর ফর হাইবদু উবদদি পুক্লিংশি ইয়াং য়াংবগুম ফাওই।

ঐনা থিজিল্লুবদগী খঙবদি — মন্দির অদুদা মী লিশিং ৬ কী মথক্তা পান্দা ওইনা থবক তৌই। খরনা পুরোহিতনি। খরনা ঙাকশেনবগী থবক তৌই। খর অমনা যাত্রিকশিংবু শেন্নৈ। তোঙান তোঙানবা মী লিশিং কুনদগী হেনবনা জগবন্ধুগী, মন্দিরগী মপাল তাংদুনা হিংলি।

সেবা, পুজা, অমসুং মন্দিরগী মেনেজমেন্টকী সেবাইট মখল ১১৯ লৈ। সেবাইট শিং অসি মন্দির এডমিনিষ্ট্রসনদগী থাগী তলব ফংবা নত্তে। চাওরাক্লা সেবাইট ৭৫ রোমনা নুমিৎ খুদিং জগবন্ধুগী সেবাগী থবক্তা য়াওই। মখোয়না জগবন্ধুদা কৎপা রাজভোগতগী থৈ (কবোক) খর ফংই। সেবাইট খরদি মখোয়না তৌবা থবককী মতুংইন্না মন্দিরগী মেনেজিং কমিটিনা পোৎচৈ ওইনা নত্রগা পৈশা ওইনা পী। অদুগী মথক্তা অথন্নবা মওংগী শেলগী মনা খরসু ফংহল্লি। মরুওইনা রথযাত্রাগী থবকতা নীংথিনা পাঙথোকপগীদমক সেবাইট নত্রগা সেবাইটকী এসোসিয়েসন খরদি টেমপল এডমিনিষ্ট্রেসনদগী মনা মথুম খর ফংই।

মমাংঙৈদদি প্রতিহারীশিংনা যাত্রিক শিংবু লাইগী দর্শন তৌহনবা অমসুং তীর্থ কোয়বদা মতেং পাংলমই। মখোয়না যাত্রিকশিংদগী পৈশা খোমজিন্দুনা টেমপল এদমিনিষ্ট্রেসনদা

শিন্নরম্বনি। হৌজিক্তি ভারতকী তোঙান তোঙানবা লমশিংদগী লাকপা যাত্রিকশিংবু লমজিংনবা পান্দা তোঙান তোঙাননা লৈখ্রে। মখোয়না লমজিং লমতাক তৌরগা যাত্রিকশিংদগী শেনখায় তৌদুনা হিংই।

পান্দাশিংনা তৌরিবা থবকশিংদু মখোয়গীদি জিবিকা হিংনবনি। চৎনবী অমা শেমদুনা যাত্রিকশিংদগী শেল খোমজিনবনি।

ডিসেম্বরগী তাং ৪ গী নুমিদাংঅমদুদা মনিপুরী আশ্রমদা যাত্রিক য়াম্না থুংলৈ। ইমাসিগী মশুনুপী অনী তুলেশ্বরী অমসুং গুনীজাসু মফমদুদা লাকই। মখোয়দি ভুবনেশ্বরগী রিজনেল কোলেজ অফ এদুকেশনদা লাইরিক তমদুনা লৈবনি।

"ইবেম্মা নখোয় অনীসু লাই খুরুম্বা লাক্লিব্রা ?" ঐনা হংই।

"নত্তে ঐঙাবোক নায়েক তৌব্রা য়েংবা লাকপনি" মখোয়না খুমই।

"ঐঙাবোকসু নারমদে. হয়েংসু নোংমাইজিংনি, কোর্নাক ফেষ্টিভেল য়েংলুসিদনা।" অঙাং অনীদু হৌরে। মখোয় য়ানিংলে।

মখোয় অনীগা লোয়ননা বস তোংদুনা অয়ুক অঙনবদা কোর্নাকতা চৎলি। পুরীদগী কোর্নাক ফাওবদু কিলোমিটর ৩৫ নি। খরদং চৎলগা পিপলী য়ৌরে। পিপলীগী এপ্লিক ৱাকি মমিং চৎলি। এপ্লিককী পোৎথোক ছাটিন, থাকন, বেগ, শেঙ্গাও, মোনখুম, ফকলাংদা



**পিপলীগী এপ্লিক ৱার্কস**

থেৎনবা মখল কয়াগী দিজাইনশিং লম্বীগী নাকলদা লৈবা দুকানশিংদা য়োল্লি। শিনমীশিং খরসু পোৎচৈশিং অদু শেম শাদুনা লৈ।

পিপলীগী এপ্লিক ৱাকশিং অসিগীদমক ওরিষা পূম্বনা চাওথোকচরিবনি। ওরিষাগী খুৎশা হৈবগী পোৎথোককী মনুংদা মসিনা অচৌবা মফম অমা কনজরিবনি। নহালমুক ঐনা খান্দগীরীদা চৎলুবদা পিপলীগী এপ্লিক ৱাক অমা লৈদুনা পুরকই। মদু য়ুমগী ফক্কলাংদা থেৎতুনা থমলি। ঙসিদি পিপলী হায়বা লমদু য়ৌরে। খরদং হেন্না খঙজিনবগুম তৌই। বস অদুনা পিপলী লানথোক্লুনা মখা চৎথরে। এপ্লিককী মরমদা খনবদি লেপতে। মনিপুরগী এপ্লিক ৱাক নীংশিংলকই – জগোয় রাসকী পোৎলোয় থিনবা, বোসবাল শেম্বা, লাইগী চুরা, অঙন্বগী নিংখম শমজিন, খোই লোনবা, লৈমা নিংথৌগী ফম্বাল ফিজিননচিংবা মথং মথং। মনিপুরগী ফি লিবদদি অমেংবা মচুতা শীজিন্নৈ। য়াম্না খুৎচংনা নুপীশিংতনা পাঙথোকই। অদুগা পিপলীগী পোৎথোকতি নুপাশিংতনা পুথোকই। পুথোকলিবা মওংসু ইপৌ পৌ, তচাও তচাওই।

কোর্নাক নকশিল্পকলে। লম্বীগী নাকলদা কাজু পাম্বী য়াম্না হৌই। উপালগী মরক অদুদা সমুদ্রগী ঈপাকতুনা কে কু লোৎপী শান্নবগুম অমুক অমুক উবা ফংই। কোর্নাক কীসু ফজরবা সমুদ্র তোর্ব্বান লৈ। কোর্নাক্কী সুয্য মন্দিরগা য়াম্না নক্লনা চন্দ্রভাঙ্গা তুরেল চেল্লি। মফম অসিসু অশেংবা তীর্থ মফমনি। মাঘস্নান তৌবা চৎনৈ হায়।

কোর্নাক্কী ফেষ্টিভেল তৌরিবা মফমদু য়ৌবদা পুং ১০ তারে। নিংথিনা শারবা গেট, ফিরাল, ফেষ্টুনশিংনা অরাকপশিংবু তরাম্না ওকপগী ৱারোল ইংরাজী অমসুং উরিয়া ময়েকনা থারি।

কোর্নাককী সুর্য্য মন্দির য়েংবা অহানবদা চংলে। সনথোং অদুদা নুংনা হকতুনা শাবা লালগী শগোল অমনা য়েক্লবগী লানমী অমবু মখোঙনা নেৎশিনবা মুর্ত্তি অমা



**কোর্নাক সুয্যা মন্দির**

থমই। মুর্ত্তি অসিমক উরিষাগী ষ্টেট এমব্লেম ওই। মথংদা চাউরবা নোংশা অনীগী অহকপা মুর্ত্তি।

আরকিওলোজিকেল সরভে অফ ইন্দিয়ানা য়েংশিন্দুনা শেমজিন শাজিন্দুনা থম্লবা সুর্য্যমন্দিরনি। চংফম অদুগী মক্তদা ইদুনা থেৎলি মন্দিরদুগী ইতিহাস – মন্দির অদু গঙ্গা দাইনেষ্টীগী নিংথৌ নরসিংহ দেব I না (১২৩৮-১২৬৪) খ: গী ১৩ শুবা সতাব্দীদা শারম্বনি। মসিগী অৱাংবা ফুট ২২৭ নি। আরকিটেক ১২০০ না চহি ১৬ চংনা শাবনি। শাবদা লুপা ক্রোর নিফু চঙখি।"

মন্দিরগী মপুং ওইবা শরুকতুদি তেক কায়রে। চংফমগী হোল, মুখশালা অদুদি মওং কায়দনা লৈরি।

নুংনা হকতুনা মন্দির অদুদা ফোংদোকলিবসি কবিতাগী মশকনি। ফোংদোকলিবা কল্পনানা – সুর্য্যাদেবনা নুমিৎ খুদিং অতিয়াদা দোলাই থৌদুনা চৎলি। দোলাইদুগী চাকা জুরা ১২ দু চাউরবা শগোল ৭ না চিংই। সম্বগী অপসারানা, ঈশৈশকপা যন্ত্র খোংবশিংনা সুর্য্যদেবগী খোঙচৎ অদুবু নীংশিংদুনা শৈথায়, জগোয় শাই। নিংথৌ, লোয়ননা শানমী, লানমী, ফজরবী নুপীশিং, অঙাং, শামু, শা-উচেক, অমসুং থরায় পানবা জীব পুম্নমক্কা পুনশিন্দুনা সুর্য্যদেবগী মতিক মগুণ শক্তি অদুগী মখাদা হিংজরি হায়বসিনি উৎলিবা। পুন্সিগী করিগুম্বা থৌদোক্কী শরুক অমতা চিংথদনা মন্দির অদুদা হকতুনা, শাদুনা থেৎলি, থমলি।



সুর্য্য মন্দিরগী গেৎতা লৈরিবা নোংশা

মীওইবগী নুংশী নুংওল ফোংদোক্লবগী মওং, নুপা নুপী কোন্নবা, হকথেংনবা, চুপ্পবা, শা তানবা চৎপগী, ললোল ইতিক তৌবগী, মুনি ঋষি, ওজানা লাইরিক তাকপী তম্বীবা, জগোয় শাবী, যন্ত্র খোংবী, করতাল খিংবী, মফি শেৎতবী, ইরাং পোকহনবা মুর্ত্তিশিং শুনা য়াওরে। মন্দিরগী অৱাংবা শরুক্তা মফম চানা চানা কাখল শেমদুনা থম্লিবশিংদি মুর্ত্তি শাবগী, কলাগী মায়কৈদগী য়েংলবদি য়াম্না অৱাংবা থাককীনি। রিসার্চ তৌবশিংনা কৃপ্না য়েংশিন্দুনা অনৌবা ৱাহনথোক কয়া পুথোকনিংঙাইহনি।



**সুর্য্য মন্দিরগী গেৎতা লৈরিবা শগোল**

মন্দিরগী কাংখোঙগী চাকা ২৪ দু নোংমগী মতমবু ২৪ থোকনা খায়দোক্লুনা ওরিষাদা শীজিন্নরম্বগী মওং তাকপনিসু হায়নৈ। খোরাদা হকখোৎলিবদু ওরিষাগী থায়নগী চাওখৎলম্বা, মতিক মগুনদু শৈথাবনিসু হায়। সুর্য্য মন্দিরগী নিংথিজবা মগুণদি ৱাহৈনা ফোংদোকপনা ৱাৎকনি। হন্না হন্না য়েংলগা ইশাদা মদুগী ফজবনা নুংঙাইবা পোকহনবা ঙমই। নীংশিংনবা হায়দুনা অঙাং অনীগা লোয়ননা সুর্য্য মন্দিরগী বেকগ্রাউন্দা ফোটো অম্না নমলকই।



**সুর্য্য মন্দিরগী কাংখোঙ**

সূর্য্য মন্দির য়েংলুরগা ঐখোয়না ফেষ্টিভেল পাঙথোকফম ওপন এয়ার ওদিটোরিম তম্না চংশিল্লি। মনিপুর জগোয়গী কলাকারশিংদু মফমদুদা রিহারসেল তৌদুনা লৈরমই। ঐখোয়বু উবমক্তদা কলাকার রাজকুমারী থম্বালশ্নানা হায়রকই।

"লমদম অসিদা মৈতৈ ফনেক শেৎতুনা নুপী অমা লাক্লিবসি কনা ওইরমগদবনো হায়না ঐখোয়না য়েংদুনা লৈরমলিবনি। ঐখোয়গী ভাবোক ওইবিনবা ওজানা য়ৌবীরকপসি ওনথোকনা নুংঙাইরে।"



**সূর্য্য মন্দিরগী বেকগ্রাউন্দা গুনীজা, যামিনী, তুলেস্বরী**

ফেষ্টিভেল অদুগীদমক উরিযা সরকারনা থৱায় য়াওনা হোংনবগী মমিদু ওপন এয়ার ওদিটোরিয়ম চংলকপদগী মমি তারে। ওদিটোরিয়মগী গেট অমসুং অকোয়বদুদা অয়েকপা চফুশিং অমসুং পিপলীগী এপ্লিক ৱাককী হেঙ্গাংশিংগা, এলেকত্রিক বলবশিংগা লোয়ননা লৈতেংই। চফুদা য়েকখোং তৌদুনা লৈতেং ওইনা শীজিন্নবগী মরমদি ওরিষাদা চফু শাবগী

থবক য়াম্না চাওখৎপননি। চাওখৎহন্দবা য়াদবনি মরমদি জগবন্ধু দা কৎলিবা মথেল লুকোই পূম্নমক চফুদতা থোংথাক তৌরিবনি। নোংমদা জগবন্ধুগী লুক হৌনবা মনগাড়ী মপোৎ ৪–৫ দা চফু হোল্লকলিবনি ক্ষেত্র তম্না।

জগোয়গী কলাকারশিংদু মনিপুরদা হান্নবা ঐগা খঙনখিবা ভাকনি। নুপা ৩ নুপী ৯ না শেন্বা টীমনি। কলাকার কেঐচ লোকেন্দ্রানা টিমগী লুচিংবা ওইদুনা লাকপনি হায়। রিহারসেল লোয়রগা থোরক্তুনা ফেষ্টিভেলগী শরুক অমা ওইরিবা ক্রাফট মেলাদু মখোয়গা লোয়ননা য়েংমিন্নে।

মেলা কমপ্লেক্স অদু কোর্নাক যাত্রী নিভাসকী অকোয়বদা লৈতেংদুনা লৈরিবা ফজরবা মফম অদুদা ওরিষাগী খুঙ্গংগী শক্তম অমগুম শেমলগা পাঙথোকই। শিলপগ্রাম হায়না মিংথোনবা মেলা কমপ্লেক্স অদুদি ওরিষাগী কলা সংস্কৃতি শক্তম উৎথোকপনি। ষ্টোলশিংদা হেন্দিক্রাফটকী পোৎ মখল মখল-পাটাপেনটিং, টাসার পেনটিং, নুংদা হকপা, খুৎনা শাবা চে, হেন্দলুমগী ফি মখল মখল, অতকপা চেংগী মখল, মচু শংবা শাড়ী, এপ্লিক, টেরা কোটা, শেংনবা ফিরোল কয়া উৎলি, য়োল্লি।

শিলপ গ্রাম অদুদা রঘুরাজপুরদগী, চান্দপুরদগী, পুরীদগী, ভুবনেশ্বর অমসুং ললিতাগীরিদগী নুংদা হকতুনা মুর্ত্তি শাবা কলাকারশিং, কটক অমসুং ধেংকনালদগী খুৎশা হৈবশিং, নুৱাপাটনা, রোমকৈ, বারাপল্লি অমসুং সোনপুরদগী ফিশাবশিং উন্নবগী খুদোংচাবদু ফংলকই।



শিল্পগ্রামদা থেন্দুনা থমলম্বা পোৎচৈথর

ফেষ্টিভেলদা মনিপুরী জগোয় শাগদবদুদি অখেংবদনি। মদু ঙাইবা ওইনা শিল্পগ্রামদু কোয়না চৎতুনা ফম কুইনা লৈ। থা কয়া চুপ্পা ওরিষাদা লৈদুনসু কোর্নাক ফেষ্টিভেলদুদা নোংমতং চৎলুবদা থেংনরকপা এক্সপিরিয়েন্স অদুগুম্বদি পাক ফংবা ভমলোই খল্লি। গেট ময়ায়দা লৈরিবা হোটেলদগী ওরিষাগী ইনশাং মখেলগা লোয়ননা চাক চারবগা যাত্রী নিৱাসতা লৈরিবা কলাকার শিংগী নাক্তা পোৎথাদুনা জগোয় উৎপা ঙাইদুনা লৈ।

ওরিষা সরকারনা চহি খুদিংগী কোর্নাক্কী সুর্য্য মন্দিরদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎতুনা ফেষ্টিভেল পাঙথোকপনি। ফেষ্টিভেলদা চহি খুদিংগী ক্লাসিকেল দান্সশিং মনিপুরী, ওদিসি, কথাকলি, কুচুপুরী, ভারতনাট্যম নচিংবা উৎলিবনি। ১৯৯৩ গী ওইনদি টামিলনাদুগী করগম, ইন্দোনেসিয়াগী বেলিনিজ দান্সসু উৎকনি হায়না প্রোগ্রামদা য়াওই। মদুদি য়েংলক্তরে।

ফেষ্টিভেল অদুনা ঐখোয়দা খোংজিগী, তবলাগী, বাঁশিগী নুংশিরবা শুর তাহনবগা লোয়ননা জগোয় অমসুং সুর্য্য মন্দিরগী নিংথিবা শক্তম উহন্দুনা কাউঙমদ্রবা নীংশিং মুর্ত্তি অমা পুক্লিংদা পুদুনা হল্লকই। কোর্নাক্কী সুর্য্য মন্দিরগী বেগ্রাইন্দুদা সংবান্নবা মৈঙালদুনা য়ৈবা, রাধাকৃষ্ণ অমসুং গোপীগী অরংবা পোলোয়, বাঁশিগী সুর, সুত্রবারীগী নুংশিরবা ঈশৈগা লোয়ননা শান্নবা বসন্ত রাস অদু মী লিশিং অনী হেনবনা চেক মোক লাওদনা য়েংখি। কলাকারশিং গী হৈশিংবা, জগোয়গী শাথেক, অভিনয়দা চংখোনবা লৈরগসু পেন্দবা অমদি ফাওরকখি ঐগী পুক্লিংদা।

কলাকারগীদি জগোয় ফজনা শারগা লোয়রে হায়বা য়ারক্রুবা মতমদু লাক্লে হায়নিংই। কোর্নাক ফেষ্টিভেলগী ভাবোককুম্বদদি ব্রা ঙাংদুনা শারিবা জগোয়দু গী মরমদা ভাব তাহনবা চুমই খল্লকই। মরমদি ভাবোক শিংদুগী মরক্তা মনিপুরগী জগোয়বু খণ্ডবা মী পংয়াও য়াওরমগদবা মান্দে। মনিপুরী জগোয়না য়াম্না মেংবা তালদা শাবা, গোপীশিংনা মাইখুম শীজিন্নরিবা অসিনচিংবসি ময়ামদা শন্দোকনা তাকপা দরকারনি খল্লি।

ফেষ্টিভেলদুদা মনিপুরী জগোয়গী মমাংদা রাজারেদ্দী অমসুং রাধা রেদ্দীনা কুচুপুরী জগোয় শাই। জগোয়দু হৌরমদাইদা কলাকার ওইরিবা রাজানা মখোয়গী জগোয় হৌরমদাইদা মখোয় শাগদবা শিবগী তাণ্ডপ জগোয়দুগী, শিবগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন, গুণ, শীজিন্নগদৌরিবা তাল নচিংবদু ইংরাজী লোন্না মাইকতা চংশিন্দুনা মুদ্রাগা কোন্ননা ফোংদোকই। একোমপেনিষ্ট নুপী অমনা ইংরাজী লোলদা কালাকার শিংবু মশক তাকই। জগোয়গী কলাকার শিংগী খোংজি মখোল, পুংগী পুংলোল, তালগী, মুখবোল, ঈশৈগী

চুনবা সুরগা লোয়ননা শাবা কুচুপুরী জগোয়দু হেক লোইরগা ইংতপখ্রবা মনিপুরী জগোয় শাবদু ইমপ্রেস ইতৌ তৌদে। মফমদুগী আকাশবানীগী এনাউন্সর নুপী অমনা দেকোরেটেট ওইবা ইংরাজীদা এনাউসমেন্ট পী মনিপুরী জগোয়দুগী মতাংদা। অদুবু কলাকারগী মিং লাউথোকপদা ইবেমুবী, নয়নসখি হায়বফাওবা চুন্না হায়রক্তে। রাসপু বসন্ত রোস হায়রকই। জগোয়দুগী থব্বায় হাপ্লিবী সুত্রধারী ওইরিবী য়াইমবীগী মিং লাউথোকরক্তে।

মনিপুরী জগোয়গীদি পব্লিসিটিসু য়াম্না ৱাৎলি। ফেষ্টিভেলদুগী ফোংবা ব্রোচরদসু মনিপুরী জগোয়গী ৱাহৈ অমদগী হেন্না য়াওদে। অতৈ জগোয়গীদি ফোটোনে করিনে মহানি। মনিপুরী জগোয়সু ভারতকী ক্লাসিকেল জগোয়গী মরক্তা শিংথাদুনা কলাকারশিংনা ভারতকী মফমশিংদা নত্তনা পৃথীবীগী মফম কয়াদা জগোয় উৎপা চৎলিবনি। অদুবু কলাকারশিংনা ইংরাজী অমসুং হিন্দি লোন্দা ফোংদোকপা ঙম্বদি পংয়াও য়াওদে। মনিপুরগী জগোয়, ঈশৈ তম্বা মহৈরোইশিংদা স্পোকন ইংলিস অমসুং হিন্দি নচিংবগী ট্রেনিংসু ফংবা তাবনি। অসুন্না তৌরবদি মনিপুরী জগোয়গী তোপ তোপ্পা শক্তম, অধ্যাত্মিক্কী ৱাখলগা লোয়ননা শাবা, কন্ত্যামনচিংবগী মরমদা নীংথিনা অতৈদা শন্দোকনা তাকপগা লোয়ননা মনিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিবু মপালগী লমদা নীংথিনা শক তাকপা ঙমগনি হায়না কোর্নাক ফেষ্টিভেলদা মণিপুরী জগোয় উরুবদা ঐঙোন্দা ফাওরকই।



মণিপুরগী জগোয় রাস






# অইবীগী ফোংলবা লাইরিকশিং

**(ক) তম্নবা লাইরিকশিং - টেক্সবুক ওইনা ঃ**

(১) *ফিজিকেল এডুকেশন ঃ* ক্লাস থ্রানগী - ১৯৬১; ক্লাস থ্রীগী - ১৯৮১; ক্লাস ফোরগী - ১৯৮২; ক্লাস ফাইবগী - ১৯৮৩; ক্লাস আইটগী - ১৯৮৩; ক্লাস আইটগী (ইংলিস) - ১৯৮৪; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী - ১৯৯১।

(২) অঙাংগী বিজ্ঞান - ১৯৬৭; ভূগোল অনৌবা - ১৯৬৮।

**(খ) রীশার্শ পব্লিকেশন ওইনা ঃ**

ফিজিকেল এডুকেশন ইন দি স্কুলস অফ মণিপুর (ইংলিস) - ১৯৮১, ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড এডজসমেন্ট (ইংলিস) - ১৯৯১, ফিজেকেল এডুকেশন এণ্ড স্পোর্ট (ইংলিস) - ১৯৯২।

**(গ) সাহিত্যগী মচাক ওইনা ঃ**

খোমজিনবা ৱারেং (বেডিওদা ভাঙখিবশিং) - ১৯৭৩, ফিজিকেল এডুকেশন (নুপীশিংগী) (ৱারেং) - ১৯৭৫; ঐ অমসুং সমাজগী য়াইফবা (ৱারেং) - ১৯৭৮; অঙাংগী লৈকোল - ১৯৮৩; খঙনিংবশিংদো (অঙাংগী লাইরিক তান্নবদা অনীশুবা মনা ফঙখ্রবা) - ১৯৮৩; স্বর্গগী লৈবাক্কুদা (লমকোই ৱারী) - ১৯৯৪। কোম্মীং অপরেসন (ৱারী মচা) - ১৯৯৬; নুপীগী য়াকায়রোল (ৱারেং) - ১৯৯৭; কোরৌহনবনা ইরোন্নুংদগী খোংদোয়রকপা লনদমদুদা - ১৯৯৮।